# POKNAPHAM

a collection of Manipuri Short Stories

*by Haobam Satyabati*

Imphal, 1995.



অহানবা ফোঙবা : ১৯৯৫

অকৌফাঙবা : রাজকুমার দাতু সিংহ

থৌরিপোক বাসম্পতি লৈকাইদা লৈবনা

রাইটর্স ফোরম ইম্ফালগীদমক ফোংবা।

মমল : লুপা ৪০/-

নম্ফম : পি, এস, প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরী

সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক।

মখুম : বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম অমসুং গনেশলাল শর্মা

নম্ফম : আইসোমনি স্ক্রীন, প্রিন্টিং

লাইফম খুনৌ মমাং লৈকাই।

ফংফম থোকপা : অইবী

সগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফাল।

অইবীগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং :

১। মল্লবা ডাইরী ১৯৭৯ ( রারীমচা )

২। শকথঙ্গবী ১৯৮৪ ( নোভেল )

# ৱাহৈ খরদং

হন্দক পুথোকচরিবা অসিনা ঐগী অহুমশুবা লাইরিক ওইজরবস্থ ৱারী মচাগী ওইনদি অনীশুবনি। লাইরিক অসিদা হাপচরিবা ৱারী নচা অহুমদি মমাংডৈদা আকাশবানি ইম্ফালদা পাথোকপ্রবা অমদি 'মচা লৈমা' 'ঋতুদা' ফোঙজখ্রে। খরা শেমদোক শেমজিন তৌজখিবগীদমক ঙাকপীগনি। লোয়ননা ৱ'রী মচাশিংসিবু অমুক হন্না ফোঙবা য়াহনবীবগীদমক মরি লৈনবা অথোরিতিবু থাগৎচরি। লাইরিক অসি ফোঙনবগী অয়াবা অমদি শেন্থং রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা পীবীবনি।

ৱারী কয়াদা পুক্লিংদা ফাওবা ৱাখলগী মমিনা মাঙদা শঙ-শঙ উথিবনা হেনমনখিহনা নাক-য়েং উহৌদবা কয়া য়াওরমগনি হায়বসি ঐগী থাজবনি। মরমদি ফোঙবগী তাঞ্জা নকশিল-নকশিল্লগা পুক্লিংদা মীপাইবা, লুংনাংবা অমা কন্না ফাওরকই। মসিমক ইশাগী অসোয়বা লৈরে হায়বসিগী প্রমানদি ফংজরবনি। বনানগী মতাংদা অসোয়বা কয়া থেংনবিরবস্থ ঙাকপীগনি।

লাইরিক অসি ওইনবা হোৎনবদা অমদি প্রুফনচিংবদা ইপা পুথ্রম্বম শরতনা অচৌবা থৌদাং লৌবিবা অমদি প্রেসকী ইচিলইনাওশিংনা অঙম্বা মতেং পীবীখিবা পুন্সিদা কাউবা ঙমজররোই।

অইবী

# ফোরমগী মায়কৈদগী

খৃঃ চহী ১৯৮৮ দগী হৌজিক ফাওবদা ফোরমনা থমলকপা পান্দম মথংদা পুন্না লাইরিক ৩৫ ফোঙজখ্রে। অতোপ্পা ৯ অমদসু ফোঙনবা শেন্থুং পীজখ্রে। মগুণ লৈবা সাহিত্যগী পোৎথোকশিং মণিপুরী সাহিত্যগী পুকৈদা হাপচিঞ্জবগী পান্দমদা ৩৬ সুবা লাইরিকসি খুদোল তমজরি।

মণিপুরগী অয়াম্বা অইবশিংনা য়াওরবা, অমগা অমগা মতেং পাংনরগা লাইরিক ফোঙনবা হোৎনজরিবা অইবশিংগী মরূপ অসিনা অইবা/অইবী ৩৫ গী শৈরেং লাইরিক ১৮ ৱারীমচা ১০, ৱারেং ৩, ড্রামা ১ অমদি উপন্যাস ৩ পুথোকচখ্রে। হন্দক পুথোকচরিবা হাওবম সত্যবতীগী "পোক্লফম" কৌবা ৱারীমচা অসিনা ঐথোয়গী ৩৬ সুবা খুদোলনি।

অইবনা ফোঙবা ঙমদবসি কোকহল্লবা মরূপনি, শেন্দোং তান্নবা নত্তে; সাহিত্যগী পোৎথোক পুথোকমিন্নবনি। অদুনা লাইরিক অসি ফোরমগী মায়কৈদগী চাউথোকচবগা লোয়ননা মীয়ামদা লাম্থোকচরি।

বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম
জেনেরেল সেক্রেটরী
ৱাইটর্স ফোরম ইম্ফাল।

ইম্ফাল
৩।৮।৯৫

# য়াওরিবশিং

## ঙাইরকপা

যুমজাওরৈমা চহি হুমফু হেলরবি হন্নবীনি। মুপী অসি মশা নোয়, থাইনগী নাপু হায়রপ শাবি মৈতৈগী কুচুহ্নি। মমায়দু হন্নরকপগী পেৎথরকপা, খুইথরকপা নত্তনা থোইদোকপা য়াওদে। কুইরকপগী মুংশিৎ-নুংশাদা খুনাং চাবগী অহোংবদুতনি মায়থোংদুদা মমি তারিবা। চহি কুনমঙাতমক শুবদা যুমজাওরৈমা মচানুপী অমতমক পোক্লগা লুখ্রা ওইহৌই। মরাইবক থিবদগী মচানুপী অদুস্থ নুহোংলবা মতুং চহি অনী লৈরগা মশুন্নুপা অমা পোক্লগা মপাগী মতুং ইনখ্রে। কনাগা লৈতবনে যুমজাওরৈমনা মশুন্নুপা অসিবু মনাক্তা পুররুগা থম্মী। থবক পুম্নমক মশুন্নুপা অসিগী আশাদা চৎথরকই। হৌজিক্তী মশুন্নুপা অসিস্থ চাওরে পাখং ফারে। মশুন্নুপানা বি. এ. লোইরবা মতুং এম.এ. চহি অনী অসিদি মীরৈবাক্তা তমলুগে হায়বদগী তমলুই, হৌজিক্তী লোইরদুনা থোরকপা থা ৫/৬ লোম অসি থবক ফংদবা মী ওইদুনা লৈরক্লি।

ইবেতোম্বী, যুমজাওরৈমগী মনাওন্নুপীনা পোকপনি। মহাক অসি লৈশাবী নত্তে মৌনি। ময়ুমদা হল্লকতুনা লৈবা চহী অনীরোম ফারক্লে। ইবেতোম্বীগী মুপা অদু সরকারগী থবক তৌবা মীনি। মরাইবক

থীবদগী ওনথোকপা মুপা অমদা ৱাইথুংলুই হায়বত্নুনি। মহাক্কী মুপা অসি পাখং ওইরিবগদগী কয়াদি ওকলকত্রবা জাংনি। মসি মানা লুহোংবা নৌরিবগী পুসিদা অতুমক খঙবা হৌখ্রবনি। থাগী ফংলকপা তলব পুন্নমক ফুরিংখাউদা হাপতুনা পুখি। ইবেতোম্বীগীদমক পৈশা মরি পীবিদবা জাংনি অতুগা ইবেতোম্বীনসু মাগী মুপাগী মতৌ অতুদা পৈশা পীযুক্কা হায়জবা ঙমপোৎ নত্তে। মাগী মুপানা নোংঙানবদগী কেগদবগী জমাত হোৎনতুনা লৈ। নোংমতা ওফিস কাবদা পাওদর, থাও মনমনুংশিবা শিজিন্নদবা য়াওদে অতুগা চৎলমদাইদা মঙোন্দা য়েংতুনা লেপচরিবি ইবেতোম্বীদা শুননবা ফি লংশিলম্বা নগুনা অতৈ ইরৈ লৈতে, খঙদে মানা ইবেতোম্বীদা থমলিবা মরীসি অতুগা হুপ্লিল-লকপনা হুপ্লিল্লক্লিংবা মতমদা অমম-অথেং, নোংয়াই-ইতু নাইদে। তশেংবগীদি ইবেতোম্বীগী মুপা অসি য়ুমগী মুপীদগী লমগী মুপীনা হেন্না থরায য়াওবগুম তৌই। থবক তৌমিন্নবী ওফিসকী মুপীশিংদা খরচ চাওই, অতোপ্পা মুপীগা মরী লৈনবদা চিংনবা ফাওদে। মসিমক্তা মানা য়ুমগী মুপীবু মীরায়বনি। মাগী ৱাখল মওং মতৌ অসি ইবে-তোম্বীসু খঙদবা নত্তে অতুবু খিল্লং হায়জরুবদা লাওহৎপনা হাল্লী। ইবেতোম্বী তুমিন্না খাংজৈ।

ইবেতোম্বীনা মপামদা হল্লকতুনা লৈরবসি ফনা কুইনা লৈরবা ফাওবা মী ইখঙ খঙনদে। লৈকাইগী মী ফাওবা খঙনদবা য়াওই মরমদি মহাক মপান থোকতে, ইকাইজৈ। মানা লৈশারিবগদা তৌরম্বা কোল্লীক-ৱাইরম, ফিস্নু-ফিজ্ঞাম, ইমুংগী থবক অসিগী মথক্তা মনিংথোং-লোমদা ইয়োং শাই, মীগী খুনেক্তা ফনেক মচা হৌই। লাইরজবগী ৱানি ময়ুমদা মমা মপাগী মনাক্তা লৈবনিনা মপুক্লীং অতুক মুংশিবদি নত্তে অতুবু ইবেতোম্বীগী মায়থোংতু মকা ইরাম লামদে। মহাক্লা ময়ুমদা লৈরবসি চহি অনী হেল্লরুফাওবদা মাগী মুপানা নোংমতা মনাক্তা লাকপা লৈতে, ৱা অমত্তা হায়রকপা তৌদে অতুবু মমা মপানা মাগীদমক ফমুং অমা উপু অমা তম্বিখিবতুদি ঙসি ফাওবদা

য়োহল্লকত্রি। মসিমক্কা ইবেতোম্বীদা আশা অমদি লৈহল্লী, ঙাইজৈ।

য়ুমজাওরৈমগী মশুন্নুপানা মীরৈবাক্তা লৈথিঙৈ মরকতুদা য়ুমজাও-রৈমনা ইবেতোম্বীবু মাগী মনাক্তা পুরকতুনা থম্মী। থোইদোক্না মশাগী কান্নবা য়েংতুনা থমখিবা নত্তে, মরাইবক খিবী নুপীমচা অসিগী মতৌদু মরাইবক থিবা নংথ্রবি মানা খনবদা ইঙান ঙাম্না উই। মাগীদা লৈজবনা খিংস্র নুংঙাইবা য়াইনা খন্দুনা পুরকখিবনি অদুগা ইবেতোম্বীগী মোং-হাদবা তপচবা মতৌ অসিদা মনাও নুপীনা পোকপা মচাশিং ময়ামদগীদি মানা ইহেন হেন্না নুংশিজৈ লুনা তৌজৈ। মাগীদা হেক লাকপগা থা ফাদে মীনা বন্ধান থম্বদগী হন্দোকখিদবা লৈ মচাতুমা য়ানশিনবি লিক অমা চিংবা ঙন্নবা মচাবু থৌগৎপি।

মমাবোক্কী য়ুম অসিদসু ফি শাবা লেপ্পে। মাঙ্গোলগী য়েৎথংবা মায়কৈদা মানা ফি শাই, ওইথংবা নাকন্দা মমাবোক্কা লংচাক চাকই। মচাগী মুংঙাইনবা য়েংতুনা বারী শায়, হৌগৎলকতুনা লং শম্বিরৈ। তৌবগীদি লৈবমদগী চাবমদগী ময়ুমদগীদি মমাবোক্কী য়ুম অসিনা খর-খিংতি নুংঙাইবা হেল্লী।

চীংখৈ, য়ুমজাওরৈমগী মশুন্নুপা তোমপোক্কী মমান্নবনি। মখোয় অনীমক লম অমত্তদা এম. এ. তম্মিনরুবনি পাস তৌরগা থবক ফংদবগী লম্বীদা চপ মান্নবা লৈরি। চীংখৈ অয়াম্বা মতমদা তোমপোক-খোয়দা লাকই মখোয়দা লৈ। ইবেতোম্বীনা চাক থোংলগা তোমপোক্কা চীংখৈগা চাবা হায়বসি নিতিগীমক নত্রবসু নিনি-হুমনি খুদোংগী তৌবা। থৌদোক্কী অদুবু অসুক তোইনা থোকথ্রবা থৌদোক অসি তোমপোক্কা নত্তনা ইকোই কোইনবগুম তৌই, নোংমতা মা ঙাংনদে ইবেতোম্বীনা মৌনি মখোয়না পাখংনি তৌবগীদি মখোয় লেঙ্গানি। নোংমদি চীংখৈনা তোমপোকতা য়াম্না লোম্না হংখি

- মহাক অসিবু কনানো ?
- ঐখোয় অবোকমচাগী মচানুপীনি।
- মৌরা লৈশাবিরা ?

- মৌনি।

- অদুগা করিগী সিদা লৈরিবা ?

- মাগী মুপাগা খায়নরে।

অতৈ থোইদোকপা মখা তাম্নদে অনীমক তুমিন তুমিন লৈনখি।

ঙসি থা অমরোম ফারে তোমপোক থবক কাবা। মখোয় অনীমক তুংথ-মাংথ ইশুরভিয়ু অমমম য়াওমিন্নবনি। তোমপোক্কীদি হায়-দোরক্লে, খল্লকতুনা কারে। চীংখৈগীদি হায়দোরকত্রী। তোমপোক লৈতে ওফিস কাখি। চীংখৈনা তোমপোক্কী ফমুংদা হিপতুনা লাইরিক পাতুনা মা হল্লকপা ঙাইরি। কালেন থানি ওখাক্লা শাবা নুংথিলনি। নাকলগী থোংতু তপ্না পর্দা হায়গৎলক্লগা তপ্না হায়রকই।

- মঙ্গে মহিসে থকপা হৈনগদ্রা

খঙপ্রেক খঙঙী য়েংথোকখিবদা ইবেতোম্বীনা কয়া হৈনদবা মওংদা লিক্লি গ্লাসতু পায়দুনা লেপ্লম্মী। ইথা থাজরুদে মরমদি চহিমুক ফারক্কদৌরবা মতমসি মশক ইশক উন্নবতনি নোংমতা বা ঙাংনরুদে, চাক চামিন্নবদা 'চাক খরা হাপ্লকখিগে, এনশাং খরা হাপ্লকখিগে' হায়বদা তোমপোকনা 'ওক্লে, য়ারে' খুমখিবা নত্তনা অতৈ থোই-দোকপা মরী লৈনদে। তোমপোকদি ঙাংনরমগনি ইমুং মন্নুংনি অদুবু চীংখৈগদি ঙসি মানা হৌরকপা অসিনা অহানবা হায়বদু ওইরে। চীংখৈসু ফুক হৌগৎলি 'য়াই' হায়দুনা গ্লাসতু লৌরে। য়ুম অসিদা নিতিগী লাকপা মী অমগা য়ুমসিদা লৈবা মী অমগা অসুক কুইনা রা অমত্তা করিগী ঙাংনরমদ্রীবনো হায়বসি কনানসু খঙনাদ খল্লুবসু তৌদে মশা মশাসু নীংশিংনদে অদুগা ঙাংননিংবগী খৌরাংবা অমা পোক্লরমগদরা হায়বদি থম্মোই অনীতুতনা খঙনরমগনি।

চীংখৈ হে মহিদু থকপা লোইরগা অমুক হন্না হিপতুনা লাই-রিকতু পাথরি। ঙসাইমখৈদি মরক্কী থোংদু পর্দাদুনা থিংদুনা লৈরম্বনি হৌজিক মিংক মিংক য়েংনখ্রবা, রা ঙাংনখ্রবা মতুং অসিদগীদি পর্দা অদসু খজিকতং হাংদুনা লৈহৌরে। মদদা মানা হঙ্গৎ-হন্দা

চৎপন্থ খরা খরা উবা যংই। মনিংথোংলোমদা থোকখিবহু সোইদনা হল্লকখিগনি হায়বগী খাজবদা খোয়াংবা য়াওনা ঙাই অহাংবা পর্দা মচিন্থুদা।

তশেংবমক্তি চীংখৈনা ঙসি ইবেতোম্বীবু অয়েংননা য়েংবসি ঙসিনা অহানবা নত্তে মমাংদা কনা খঙহন্দনা য়েংবা খরদি য়াওগ্রবনি। মুমিৎ অসিগী মুমিদাং চাক চামিন্নবদা অওক-ওক্তগী পাউখুমদা তোমপোক্কী মতুংতা মানা পিখি হায়খি 'য়াম্না হাওই' ইবেতোম্বী নোকপতনক নোকখি, রাত্থুগী খুনোক অতুদা চীংখৈসু য়াওনা নোকমিন্নখি।

মুমিৎ অসিমন্তগী মখোয় তোরো-খোন্দানবা খরা খরা হৌখি। ময়াম মমাংদা হায়বা য়াবা রাত্থ নাইতোম তারকপা ঙাই, অচিকপা মতমদা হায়রকই। থা খরগী মতুংনি চীংখৈগীসু ইন্তরভিয়ু হায়-দোরক্লে মহাক খল্লকলে। থবক কারে। তলব অহানবা ফংবদা তোমপাক্কীদা চাক চানি। চাত্থনতা লৈরিবা চাকতু মুমিৎসিগী চাক্কদি ইতোপ তোম্পী অমাংবা থম্মোই য়াওনবগুম মরকতা লোংনৈ। নিত্তিগী থোংত্থুনতা লৈরিবা ইবেতোম্বীদা অমুক হন্না পুজারী নেকশিল্লী।

মুংথিলনি। ইবেতোম্বী চাকখুম চঙী। চীংখৈগা তোমপোক্কা লফু মখোংত্থুদা ঙা শেম্মী চিংখৈ ইরাং লাংবগুম তৌই। মনুং মপাল হঙ্গৎ হন্দা চৎপত্থু ইবেতোম্বীনা থোংলিবা চাকখুম কাগী থোংত্থু ফাওত্থুনা চৎলি, তৎতনা মিৎচান্নৈ, মরকতা চীংখৈনা রা ঙাংলম্মী। ফুরিৎ লৌথোকই মোজাফুরিৎ নিমাইত্থুতমক লিংলি, খোংগ্রাওদি হোং-দোকতে মতোন খরা থেক্কৎলগা মনীং ইচাও চাওরত্থুনা মানা নোমজেন চেনবত্থু ইবেতোম্বী উই, মুংশি নুপা অসিবু।

মুমিদাংত্থ থেংন্দ্রি ইবেতোম্বীগী কাদা চীংখৈ লৈ অনীমক ক্ষমদে লেপ্পী, মিৎচান্নদে রাহৈ অমা হায়নগ্রবা মতুং তুমিন তুমিন থম্নত্থুনা লৈবা মওং মাল্লি। চীংখৈনা

- হায়য়ু করিনো অপাম্বা অমত্তদি ঐ থম্নায় য়াম্না য়াওনা লৈগদৌরিবনি

- লৈতেদা অমত্তা

- ফরে অদু ওইরবদি ঐনা লৈনিংবা অমা হেক্তা লৈরক্লগে অদুগা লৌদি সোয়দনা লৌগনিকো।

ইবেতোম্বী হান্না নোকলম্বসু নোকতনা অরাবা শক্লোনসু পুদনা

- ঐসে লুহোংতুনা নুপা ময়ুমদা লৈরুরবনি ......

মাহৈত্থু হায়বা লোইফাৎত্রিডেদা চীংখৈনা

- মরমদু ঐ লোইনা খঙডে মদু অমুক নৌহৌনা পনবগী দরকার লৈতে, ঐনা হংলিবা অসিদা খুম্মু।

- করিনো ঐনা খুমগদৌরিবসিবো

- ঐবু হুংশিবরা ?

ইবেতোম্বী শোন্থখি। চীংখৈ তপথদনা হায়রকই

- চৎশি ঐগা লৈরুরসি

অনীমক তুমিন লৈনৈ। ইবেতোম্বী মখোল ওল্লকই মমিংতা ঈরা হৌরকই

- লাইবক থিবীনি ঐসে মফম অমদগী মফম অমদা কোয়পু পুবা য়ারবিনি।

মাহৈ অসিমক্তী চীংখৈত্থু লৈবা য়াদ্রমালে লৈশিলক্লগা মনাক তান্না চঙশিল্লকই, নকনা লেপ্লে মথুং পায়

- করিনো নঙনা হায়রিবসিবো ঐবু ইকায়বা পিরিবরা, ঐনা নঙোন্দা হায়রিবসে ফাগি নত্তে থম্মোইগী মানি, নশা পায়তুনা মাশক্লী ঐ নঙোন্দা ফাগি তৌদে।

অনীমক চপ লেপ্পী ইবেতোম্বীনা মথুংতু তপ্পা লৌথোকই। চীংখৈনা হন্না

- চৎশি ঐখোয় অনী পুন্না লৈমিন্নরুরসি

ইবেতোম্বীনা শোম্বাংননা হৌজিকপু ঐবু চেনবা'কাইত্থু ইকাইজখ্রেদা

ঙহাক তুমিন লৈরুরগা মথা অমুক তারকই

- চৎলো ইমাবোকখোয় খঙনরক্লবদি ফজররোই

- ফরে ঐ হয়েং ওন্না লাককে। অমুকসু ওনশিল্লপী হয়েং......।
মহাক চংখি।

মুমিদাংতু ইবেতোম্বী ওমচাক্লে, তুম্বা য়াদে ফমুংদা ওয়া-থোইনা থাংই। মুংশা শাবগী মৈচাক নত্তে মৈশা লাংঙৱগী মনিলসু নত্তে, থম্মোই মনুংদা লাংবগী বানি। চীংথৈগা শকথঙনরকপা চহি অমদি বা ওাংনদনা লেনগ্রবনি মতুংদগী থরা থরা ওাংনরকপনা হুন্দক থা অনী অহুমসিদি মরৌ অমা থাংনবনি। মতুংগী য়াহনথোক ওসি মুমিদাং শেংনগ্রবনি। মুপা অত্তুসু ইরাং লাংনা ময়ুম চংগ্রে।

ফনা থেংলমললগনি মতু ফাওবদা ইবেতোম্বী তুম্বা য়াদে। অম-রোমদা কপনিংই অত্তুগা অমরোমদনা মতুগী ওয়া-তৈনবদা ওইনা তৌই।

মপান্দগী থোং থিল্লকই, য়াম্না তপ্না 'ইবেতোম্বী' হায়না কৌব-গুমসু তাই ফনা কুইরবা মতুংদা মমাবোক্লা থোং হাংদোকই। থাংমৈবন্দগী ইবেতোম্বীগী মুপাতু ওইরম্মী। ফনা কুইনা মপান্দা মমাবোক্লা বারী শানরবা মতুংদা মমাবোক্লা তপ্না কৌরকই

- তোম্বী, তোম্বী থোং অমুক্তা হাংঙসে ইবোচাওবা লাকই

ফনা কুইনা লৈরবা মতুংদা ইবেতোম্বী থোং হাংদোরকই, ইল্লমদ্রবা ফি তপ্না ইনশিল্লকই মকোকমক্তি খুমলকতে। ইবোচাওবা কাতুদা চঙলকই। মোরা অমা লৈবক্তুদা ফম্মী। লুহোংতুনা লৈমিন-নরম্নবা মুপা অতু ইবেতোম্বী ইকোই কোইবগুম তৌই। মতাই ওইরপ্না লেপতুনা লৈ। ইবোচাওবনা

- করিনো অতুদা লেপতুনা লৈরিতুবো ফম্মো লাওনে।
করিসু খুমলকতে, ওহাক লৈরগা অমুক

ঐ নঙোন্দা য়াম্না লানগ্রে হায়বসে থঙলবনি। মথা তাঁরকই অতুবু থোকগ্রবা থৌদোকশিংতু অমুক হুম্না থোকলক্লনি হায়বদি নও থাজরুরনু ঐ ওসিদি তশেংনা থঙলবনি ঐনা তৌরুবা ফত্তবশিং পুম্নমক অতুগা ঐনা ওসি হায়রিবশিংসে নঙনা থাজনবা হায়তুনা পংহায় হায়জিনবসু নত্তে।

ইবেতোম্বীনা খুমলকত্রবদা লৈশিল্লক্লগা হংজিল্লকই

- নঙ তাদ্রবে হন্দক থা মঙা তরুকসি ঐবু করম তৌগে হায়বা

ইবেতোম্বী খুমনিংবা য়াওদনা খুমললকই

- ঐ করিমত্তা খঙদে

পাউখুম তাবদা ইবোচাওবদু খজিকতং লেংই। খোন্দু মকা লান্না মচীনমক্তী নোকতনা ইবেতোম্বীদা য়েংলগা

- ফরেনে অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ চৎশিনে, হৌজিক্তী ঐ নফমদা লাল্লে হায়জগে লাক্লবনি।

ইবেতোম্বী চহি মঙা চুপ্পা মহাক্কী মুপাবু ঙাইজরকই। নোংমতদি মনাক্তা লেপ্পীরগদরা খন্দুনা লেনজরকই। নোংমতা কৌবিরদবগী লৈকাই মমাংদা তুশোন্নরকপনি অদুবু ঙসি মনাক্তা লেপ্পরবা কৌররবা অসিদদি মমি শাম্বগুম তৌরে। থোকখিবতা মঙায়রবা নোংমতস্থ নীংশিংলুদ্রবা, অহিং কয়া মিংশেল থাংতুনা ঙাইখিবা, চরা কয়া হেনখিবা, দাগফম কয়া লৈখিবা নৌহৌননা নীংশিংলকই, মাংদা পুল্লরে। মায়পাক্লবা থোদোক অমগী ইবেতোম্বী পজেং ফিরাল পায়গদরা নত্রগা মপুরোইবগী মফমদা ওইনগদ্রা, ইনৎ নত্রে হায়রগা মপুরোইববু তানথোক্কদরা মহাক খঙদে। ইবোচাওবনা তকশিল্লবই

- চৎশি, ঐদী নঙ সিদা লৈ হায়বা খঙদতুনা অসে.মদস্থ য়ৌরুরে।

- ঐ ঙসিদি চৎলরোই

- কৈদৌরগে ?

- করিস্থ তৌদে

- ফরেনে, হৌজিক থেংলে মুংঙাইতে হায়রগা হয়েং ঙন্তা লাক্লগে। ইবোচাওবা ঙহাক লৈরম্নগা চৎখ্রে।

মহাক্লা চৎখ্রবা মতুং ইবেতোম্বী পি তাররে। মতু করিগী দমকতনো হায়বদি মহাক খঙদে, অদুগা পিদু লেপ্পস্থ তৌদে। ★

# থম্মোই করপসন

সন্ধ্যানি, নোংস্থ থিংলি থিংলি তাই। য়ুম খুদীংমক মৈ চুখৎনগ্রবা মতুংনি। মতম অসিদা হীরা ছাতিনস্থ য়াওদে সাইকল অমনবা অমা তোংলগা তপ্লী তপ্লী থৌজিল্লকই। সাইকলদু মাঙ্গোলদা থাঙ্গৎলগা ষ্টেন হায়থৈ, ফুরিৎখাউদগী শো লৌথোক্লগা থোং হাংদোকই। ইমুংদু পুংমম মশ্মী অতুবু নিত্তিগী তৌবনিনা মঙোন্দা পঙলু লুনা থোক্কে। মহৌশা থমফমদু তান্না ইনশিল্লগা সাইকলদু ঙাশিল্লি, তপ্পা চংলকতুনা মোন মখাদগী মৈখেৎ লৌরগা ফল্লাংদা য়াল্লিবা লালটেনদু মাদুনা লৌরগা চুখৎলি। চোৎলি চোৎলিবা মফিদু হোংদোক্লগা ইমুংগী মতাই ওইরপ্পা নোং য়ুরিবা মফমদুদা বালতিন য়াশিল্লগা ফমুং চঙদুনা হিপথরকই শ্বর শাংনা হোল্লগা মথন্ত খল্লকই-

অস! ঙসিগী অসিগা থারবদি ঐনা য়াওক্লরিবা ইন্টরভিয়ু অসি তরানিথোই শুরে হু প্রাইভেট ময়ামদুগা থারবদি হেল্লে, —প্রাইভেটকী মাপল সেমি গভর্নমেন্টগী মঙাদুগা পুন্না কুনতরুক শুরে, খল্লক্লে ফরে খল্লক্লে ফরে পুন্সিদা ঙসিগী অসিনা লোইরগে। পোষ্ট অমগীদমকপু মী হুমফুত্তরেৎ, ঙরাংদগী ঙসিগী পুং ৬॥ ফাওবা লৈমিন্নরুবা কেন্দ্রিদেত ময়াম অতুদগী রা য়ান্না খঙলকই। লিশিং অহুমনা অতোনবা লিশিং

নিপাল ফাওবা য়োৎবা, ইহান হানবা তাবা মুপাদুদগী লিশিং মঙা য়োখ্রে, খাই লাওই, মুপাতুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা লোন্না হায়রুই 'মতুবু লৈরবদি করিগী মফমসিদা লাক্লি নখোয়গুম্বসি লৈবদগী ঐখোয়গী মমল লৈত্রবনিদাকো'।

ফমুংদা হিপ্না হিপ্না মানা তৌখিবা ময়াম অদু নীংশিংলকই। থা অমরোমগী মমাংদগী কম্পিটিসন মাগ্গির, কম্পিটিসন সকসেস, রিভিয়ু, নিউজ পেপর কয়া লৈত লৈত লৈতুনা মুক অঙাংবনা অমুবনা খোং-চিল্লবা কয়া পুক্লিং চঙনা পারকপা ঙসি মিনিট মঙাদা লোইশিনখ্রে। মমল লুন্নরুবদা ফংহৌদবা, শীংনরুবদা পোহৌবা, খৎনবদা লালহৌবা তাবগুম হীরাগী থম্মোইদু খোয়শাওনৈ। নাকলগী টেবল মচাতুগী মথকতা লৈরিবা চেয়াম অদু খোমজিল্লগা পুল্লপ লোইশিল্লে অদুগা ফুরিৎখাওদা য়াওরিবা মাগী শিদহিদাক ওইনা থমজরিবা ইন্টরভিয়ু য়াওরুবগী নম্বর য়াওবা কার্দ অদু মচেৎ মচেৎ কুপ্পা শেগায়রগা লংথোকখ্রে। লিশিং নিপাল য়োথ্রবা পোষ্ট অমগী কেন্দিদেত ওইরুবা অসি মঙোন্দা নামুংবগুম থোকখ্রে।

ঙসাই অয়ুকসু ইন্টরভিয়ুগী মীপাইরিঙৈদা চাক থোংতুনা চাবা নংহৌদতুনা হোটেলদগী তল অনীদং চেপ্পা চাখিবা পুক অদুগী নাচুং-লুবা করিসু তৌদনা ফুরিৎখাওদগী কলমদু মুক পিক থল্লা হাপ্পিল্লগা মাগী ঙহাক লৈতনা থাংদোক থাংজিন তৌনরবা বোই অচৌবদু থাংদোকতুনা ইবা হৌখ্রে।

মথংগী নুমিৎনি, ঙরাং চাক চাদবদগী ঙসিদি ঙন্তানা চাথোক্লগা ফমুংদা হিপ্পী। মপান্দা শুমাংদগী পোষ্টমেননা মন্দিলা খিংলকই। থোপ অদু শাতুনা লৈরম্বনে করিসু য়াওদ্রবা পুক অদুদা চাক চখোম অনীদংগা তাখিবনে হীরা রাখল য়াংনা মোল্ড্রং চুদুনা লৈ। মন্দিলা মখোলকা তাদে। মপান্দগী হন্না হন্না খিংলকই। হীরানা ইখুম খুমলকত্রবদা পোষ্টমেননা থোংনাও ময়াদা চঙশিল্লগা লাওরকই

- য়ুমসিবু মী লৈতবরা ?

হীরা খংপ্রেক খংনা হৌগংলকই। চিঠি লৌরগা ফমুংদা অমুক চংতুনা ফমী। হৈনিংবা হায়বতু মচেং অমত্তা য়াওবনা চিঠি খাওহ্ তপ্পা তপ্পা হাংদোরকই — খাই লাওই অরাবগীদি নত্তে প্রিজ্যার সরপ্রাইজনি। হন্দক মানা ফোংবা লাইরিক অতু লৈবাক অপুনবগী তান্নবদা খ্বাইদগী হেনবা মনা ফংলে লুপা লিশিং তরা চংলিবা থা অসিগী তাং কুনতরেং নংনবা লাকউ হায়বা ওইরমলে। হীরা ঙকচান্নবা মসিবু অশেংবরনে ফাগিদী ওইরম্মরোইনা, থাজবগা থাজদবগা কন্না মুক্সরিংদো মপান্দগী কৌরকই

- হীরা ভাই লৈত্রা

হীরা ফুক হৌগংতুনা মপান্দা থোরকই। লাক্লিবা মীওইশিংতু ওই-রমগনি নীংলুদবা মীয়ান্না মশক মুন্না খঙনরবা মীওই ঙাক্তনি, ফমফম ফংদ্রিবা মাগুম্বা নত্তে।

নুপী-নহা লৈতুনা রাই তৈবা ইমুং নত্তে অতুগীসু মথকতা নোং য়ুবগী ইপোপ পোপথোক্লা চোংলি। হায়ফম তৌফম খঙদনা ভাব ইতা তাদনা মোমোন নোকতুনা

- ইথা থাজদনা ময়ান্না লেঙবিররুপবু করি থবক্কী ওইরবনো ?

তঙাইফদনা মাগী ফমুংতু তান্না পুশিন্দুনা ফমহনবা তাখি শকনাই-রবশিংতু। লাক্লিবা কাংবু অতুসু অতৈ করিগীসু নত্তে। ঙসাই লাকখিবা চিঠি পাউ অতুগী মরমদা হায়বদি এরার্ড দিক্লার তৌরিবতু কনফার্ম তৌবা লাকপনি। মীশকশিংতু সাহিত্যকার ঙাক্তনি।

হীরা মনা লৌবা চংনবা প্লেন টিকেৎ ককপা এয়ার ওফিসতা লাক্লে। টিকেৎ লৌনবগী মী য়ান্না কীউদা লেপতুনা লৈরম্মী। মাসু তরেং শুবতুদা লেপলে অতুবু মানা লেপলবা মতুং ফনা কুইরবা ফাওবদা য়ৌরক্তে মতুঙসু মী ফনা য়ান্না লেপ্পী। ঙহাক মরাং মরাং তৌনরগা টিকেৎ লোইরে হায়রক্লে। হান্নবা পাউ তারম্বরা করিনো তুং হন্না য়েংথোকখিবদা মী অমত্তা লৈরমদ্রে, ভাব তাদে, করম তৌগনি খল্লুবদা কোকচাওবী কায়। লুপা লিশিং তরা নানথোকপা তারবরা !! প্রেমগী

মথক্তা অমুক্তংদি হায়জত্না য়েংগে হায়তুনা চঙশিল্লে তত্বু চান্স ফংদ্রে। উপায় লৈতে অতুম হল্লকপা তারে। তুংদা লেপলম্বা মীনা মাংদা লেপলম্বা মীগা চিবোন চিবোন তৌনরগা হরাও হরাও চৎনখিবস্ু য়াওই। ইরাং ময়ামত্ত্ উবদা খোইদৌ শাওগৎলি অসিগুম্না খুজু-মুজু ময়াম অসি পামদবদগী মমান্নবা কৎাস্ু থাদোক্লরবনি, মীরক শিন্দ্রবনি। তৌজিক কালগী অয়াম্বনা চিন্দনী অচুম্বা পামই হায়রগা অচুম্বদ তৌদবা, মশাগী ওইজবতা তানবা, অকনবনা অশোনবব্ তুহৎপিবা, অশিংবনা অপংবব্ খুৎলাই ওইনা শিজিন্নবা, হায়রুরগা ঐদো কায়দেনা নীংজবগী রাখল মওং অসি হীরানা খাংবা ঙমদে, যেংবা হৈনদে। মুংঙাইত্রবা মথম্মোইতু মথন্ত থেমজিন্দনা 'থম্মোই মুংনাংগনু ফংফম তান্নবগীদমক পৈশা তিংলুবা তৌথ্ররোই মী অমগা নিংথাই শাংদানথ্ররোই কনাগস্ু পাম্মোম ঙান্নরোই ঙসিস্ু ঐহাক লিশিং তরাগীদমক সিকি অমা তিংলোই' খন্দুনা মতোমতা লু-লুকথনা হল্লকই। ইরাং মখোয় ময়ান্না টিকেৎকা ফংদ্রবদি মখোয়দা পাও পিরকউ হায়রগত্ত নীংশিংতুনা লিত্যারেরী ব্লবতা পাও অমতংদি পিরমগে খন্দুনা চঙলকই। মখোয় কনাস্ু লৈরমদে, নুপামচা অমা লৈরম্মী। মঙোন্দা টিকেৎ ফংদ্রে হায়রম্লগা মযুম তান্না চুমদ্রিং লাক্লে। মথংগী অযুক নোংঙানবদা মখোয় লাকই, টিকেৎ ফংলে হায়তুনা পিররে। লৈহৌদ্রবা টিকেৎ অত্বু করম্না ফংলক্লিবনো খল্লুবদা ইঙক ঙক্লী, অয়াবা টিকেৎতি ওইরমগনিকো।

তারিক কুনতরেৎ নংনবা পাইক্লরে। সার্তিফিকেত অমগী মথকতা লুপা লিশিং তরাগী চ্যেক অমগা পুতুনা হলক্লে। লাকপা নুমিৎতু ময়াম ওক্লম্মী। নহারোল অহনলোন থায়দনা সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগী মুপা নুপী ময়াম্না লৈ পরেং হুকপিরৈ। নুংথিল অতুমকতদা অপুনবা রিসেপসন অমস্ত তৌই মত্তুগী লোইবদা বিল অমস্ু পীরকই চৎখিবদগীনা হল্লকপা ফাওবগী খরচ। ইঙক ঙকই নুমিৎ তরেৎ-নিপানিদা অসুক য়াম্বা পৈশা লোইশিনথ্রবা, করিনো রিসেপসন কাসিবু ইথম্ভ পীজ্ররবরা ??

হীরা ফমুংদা লোংথাক লোংনা হিংপলগা লিশিং তরাগী চ্যেক অহু য়েংলগা হিশাব কন্না শুরি। লিশিং অনী চানিপালনা চৎপগী খরচ, লিশিং মঙানা সাহিত্যগী সংস্থান অমদি লৈত-লাইরদা দান তৌথোক্কে, নহান খুরাতোনগী মচানুপীনা কোলেজ কাবগী ফি অমত্তা লৈবিয়ু হায়রম্বতুনগা লৈথোকপিগ্রগে, লিশিং অনীদী লাইরিক নন্নবা খাক্লবা য়াদে, ফৌত্ত খরা রান্নীংই। কোন্নবা কোন্নদবগী হিশাব কন্না তৌরিঙৈদা মপান্দগী কৌরকই

- ওজা, ওজা লৈত্রা

হীরা মপান থোরকই। অতৈ কনাসু ওইরমদ্রে মেমী ওইরমলে, মহাক্কা প্রাইভেত তম্বিরম্বা মমাংঙৈগী ছাত্রিনি। হৌজিক্কী তম্বিদ্রে তোকপা য়াম্না কুইরে।

- এ! মেমী করিগীনো উদবা কুইরেদা চঙলকউ।

মেমী তফিং তফিং চঙলকই মায়থোং অহু শাওবা মাল্লী খুমলকই

- ওজা ঐ য়ুমগা খৎনহুনা লাক্লিবনি ওজাগীদা খরা লৈগে।

হীরানা নোক্লগা লৈয়ুনে বেরা লৈতে।

মেমীনা পন্থদনা মখা তারকই অওইবনি ওজা ঐনা ঙসি লাক্লিবসি অরেপ্পা অমা খঙগে লাক্লিবনি।

- মেমী নঙনা হায়রিবসিবো করিনো ঐ ভাব তাদ্রে।

- ওজানা প্রাইভেত তম্বিরিঙৈদো ঐগী বোইদা 'আই লভ ইয়ু' ইশিনবিরম্বহু কাওরবরা, অহুদগী ঐনা নোংমা লৈহাও অমা পুরক্লগা ওজানা ঐবু ন্নংশিরবদি লৈহাও অসি লৌ হায়বদা ওজানা লৌখিবা নত্রা।

ঙসাইমখৈ মমহুনা লৈরম্গা হৈজ হৌজিক স্ক্রীন হায়দোকখ্রে, পুমঙাল ঙাল্লে, ময়ায়দা মেমী যম্লী। অনীমক ফনা কুইনা তুমিন লৈনরুরগা হীরানা তপ্পা

- মেমী ঐদী য়াম্না পাংদবা মীনী নঙগী ওইবা মতিক চাদে

- ওজা নুংশিবদা মতিক চাবা চাদবা লৈতে হায়বদাইনে

- অদুবু ঐদী য়াম্না লাইরবা মীনী।

- ওজা মুংশিবদা লাইর-ইনাকখুনবা খায়দে হায়বদাইনে হীরা শ্বর চাওনা হোল্লগা ঐখোয় অনী লুহোংনবা পৈশা অমত্তা লৈতেনে।

হান্ননা খবরদস্থ ফোংহুনা ব্রা-ব্রা লাওনখ্রবনি। অহুগা টেবল মথক্তা তারিবা চ্যেক মনা অহুস্থ মেমীনা খঙই হায়রকই

- টেবল মথকতগী লিশিং তরাগী চ্যেক অহুদি?

- মসিনা কোন্নদ্রে লুহোংবগী পৈশা য়াওদ্রে

মেমী তপ্পা ওজা লুহোংবসিবু পৈশা চঙদ্রবদি ইয়া য়াদ্রবরা?

- ঐস্থ খঙদে, মেমী অহুবু ঐনা শাগৎচবা আশাদি য়াম্না চীংলেন্না নীংথিজ্জ অহুবু মহু য়োদ্রফাওবদা লুহোংদ্রিতৈ মমাংদা নোং য়ুব্রিবা য়ুম অসিদদি নোং য়ুহনবা পামদেনে।

- ওজা শেংকে চাগে হায়জরোই ওজানা নীংলিবহু অহুম পাঙ-থোক্লবা তৌবিয়ু।

- নঙনা শেংকে চাগে হায়গনি হায়বগী ব্রা নত্তে, খঙদে মেমী নঙ উবসিদা ঐগী লিশিং তরাগী ক্ষিম অমা শাগৎলম্বহু পুমকায় কায়বগী ঈঙ্গিৎ অমা ঐঙোন্দা পোকপগুম তৌই।

মেমী কপ্লি কপ্লি তৌরগা অহুদি ওজা লুহোংঙরোই ঐবু চৎখ্রো হায়বরা?

- খঙদে মহুস্থ থম্মোইনা য়ানিংদে, নঙনা চৎখ্রবস্থ থম্মোইদদি নীংঙমদবা ওমচাক্লবা অমদি লৈহৌরনি মহুস্থ পামদে।

তুমিন্না ঙইহাক লৈরুব্নগা ফরে অহুমঙাইরে থম্মোইগী নীংঙমদবা ওমচাক্লবা অসি লৈহৌদনবা ঐন। তৌগে খল্লধা পুন্নমকতু ওনথোকতুনা ঐনা পামদ্রে হায়রিবা করপসন হায়বহু তৌবা তারে। নঙ ঙহাক্তা ফমলম্মু ঐ বেঙ্কতা চ্যেক অসি অমুক্তা কায়থোকলুখিগে অহুগা অমুক মখাগী ব্রা খন্নসি।

- ওজা ঐবু তৌবা ঙথী তাহনবিগনু বেঙ্কতা চৎপহু ওজাগা পুন্না চৎমিন্নব্রসি মহুনা মীয়াম্না ঐখোয়বু চেনবা ওইনা উহৌব্রসনু

- ফরেনে লাকও।

মখোয় অনী থোকমিন্নখ্রে। ★

## দাগ

লৈরিকমচা মাগী নুপাগা কায়নখিবদগী মচেগী ময়ুমদা লৈখি। মচেসি মচা য়াম্মী নাওরোল খুই। অতোমবসি পোকপদা য়াম্না কন্না নাখি। মতমদু মনাওনুপী লাক্লে মানা লাংকপগা লোয়ননা থাদক্লী অঙাং অসিমদি মনাওনুপীগা লৈমিন্নবা তাখি। হান্নগা কৌনরম্বা মমিংকা নাথৈরমলগা লৈরিক্লা নুংশিনা মখুৎ তিংথোক্লগা কৌখি-

'লাকও লাকও নিংথেম ঐঙোন্দা লাকও পোরগে'

মতুমক্লা লৈরিক্লা মাগী মমা হায়বদু ওইখি অদুগা মমাগী মনাওনুপীগী মন্দোমচাস্নু মাংখিদে অনীতুমক লৌরগা ওইখি নিংথেমগী—দোমাঅ!

মথক মখা শুনা শারবা পুন্না কা তরামাথোই লৈবা মীথুংশঙ অদু শঙ্গাবা নুমিংনি। মী কয়ানা হুরাও নুংঙাইনা বারী শানরি মখেল লাংলি। মীওই কয়ানা ফিজেৎ লৈতেং তৌদুনা লাক্লরি, নিংথেমদা নুংঙাইবা ফোংদোকলৈ। মরুপ-মপাংশিংনা অসুক চাওবা দান অমা তৌবা ঙমলিবসি খ্যান্ননি হায়নৈ। মীপুম খুদীংমক্লা মহাকপু য়েংনৈ, ঙাংনৈ, থাগৎলি।

লোইরবদা ঙন্নমক চৎনগ্রে। মীয়ামদা কৎথোক্লবা মীথুংশঙ অদু পুলিসকী মখুৎতা তাহোরে। চৌক্রি পরেং থারিবদুদা নিংথেম

ফমদুনা মীথুংশঙ অদুদা থুংলবা শাদুনা লৈরি। চুরুট অমা লৌথোক-তুনা থকই মৈখুনা লিরি লিরি নুংশিৎতা লংগী শেমলী।

ঙসিদি ইম্ফাল সহর ময়োনলম অসিমকতদা স্কার ফুট ৪০০০ পাকপা অসিমতংদি থমলে দোমাঅ নংগীদমক -

দোমাঅ! নঙসে ওনথোক্লা নুংশিখরেদকো, নঙগীনি হায়রবদি ঐসে সুকপেন পেন্দে করি তৌরগা সিমদি পেনগনি হায়বদু লৈতে-দকো…… দোমাঅ নঙনা ঐবু নুংশিখিবদুবু ঐনা ঙসি কাওঙমদনা নীংশিংলিবসিমুক নুংশিখিবরনে— চুম্মী, নঙগীদি মতম চানা ফোংদোকখি তাঞ্জা পুন্নমক নানথোকহনখিদে অদুবু ঐগীদি কদায়? লঙজবগুম থোক্রবা থৌদোক নত্তনা ঐগীদি অমত্তসু লৈরমদ্রে। ঐনা নঙবু য়াম্না লক্লখি অদুবু দোমাঅ নঙনা থম্বিরম্বা ৎকশমগী দাগ অসিমত্তদি ঐগোন্দা লৈজরি। মতম অমদদি ঐনা কয়াদা কপখিবা, রাখিবা অদুবু হৌজিক্কী মসিনা ঐঙোন্দা কয়াদা শাফরবা, মসিনা ঐবু ইংহল্লী, নুংঙাইহল্লী নঙমক্কী খন্না চেৎনা থমজরি।

নোংমা,

নোংমা তল চানিংই হায়দুনা হৌখিবনি, হায়বা ইন্দনা ঐনা মনাক অদুদা ইয়াও য়াওখিবনি। দোমাঅনা হায়

- ইবুংঙো নীংথিনা ফম্মু ঐ লোইরগা পিরক্কে।

ইচিন-ইনাও পুন্নমক মানা হাযবা ইনখিবনি ঐদনি ইনখিদবদি মরমদি ঐ মাবু কিদে। মাগী থবকতু ঐসু ইয়াও য়াওই, য়েৎলি। অমুক হন্না দোমাঅনা

- নিংথেম নঙসে দোমাঅনা হায়বা ইনখিদ্রেদকো চৎলো ময়ামগা লৈরুরো।

মানা চৎলো হায়রকপদা শাওনিংগুম করিগুম মনঙন্দা খঙকোন কোনশিল্লুই। দোমাঅদো খঙহৌদ্রমালে উপথুননা মৈহুমদা তুশিনখি, মৈহুমদু হায়গৎলকতুনা খাংদু হৈদোকতুনা ঘি অশাবদু ইচাই চাইখি, মপুং ওইনা ঐঙোন্দা হৈজিনখি, ঙকশম তংখায় য়ৌনা মায় মচেৎ

য়ৌনিংচিৎ শোকখি। ঐনা কয়াদা কপখিবা, হ্নাখিবা দোমাঅনা ঐবু খুদকতা পমখৎখি। মহাকস্নু কপখি অদুবু মাগী মরাইবক্তা শীংনা থিন্দুনা ঈ থোকলিবদুদি মাদি খঙদ্রেমাদে ভাংশং ভাংনা চেন্থরকই, ঐস্নু তৈথোকপিরুদে ঈদু পায়নিংলুদে।

পুন্নমক ফরগা অদুমক লোইখ্রে কপ্লস্নু লোইগ্রে নাবস্নু ফখ্রে দোমাঅস্নু ঐস্নু অদুবু অমদি লৈহৌরে মহাকস্নু পোকখিবনি অদুবু কদাইদা পোকবনো হায়বদু ফাওবা ঐদী খঙহৌদ্রেদো, কদাইদা লৈখিবনোনে মহাক্কী দাগ—ইমানা হায়খি 'নন্দোমচাস্নু নঙগুম ঈশিং চাওনা হাল্লা অদুবু পুন্সি তন্সিমগীদি উহৌদ্রেদো ময়ম ফাওবা খঙহৌদ্রে, থিংঙমদ্রবা ঈদুতনি মহাক্না লোৎখিদবদি।

মহাক্তী অস্নুমনদা তৌখিবনিকো অরাবা পুন্নমক লোৎখিবনি। ঐনা বয়ারক নাবদা মা চাক চাখিদবনি, অহিং মিংশেল খাংনা ঐবু শঙখিবনি। করিনো মানা ঐভোন্দা থমলিবা, থাবল ফরবা অহিং কয়াদা নাওশুম ঈশৈ শকহুনা ঐবু পোখিবা, হৈনখিবনা ফনা চাওরবা ফাওবদা মনগন্দা নত্রবদি তুমথবা ঙমখিদবনি। ঐনা ঙসি সি য়ৌরক্লিবসিস্নু নঙনা লনজিংবনিকো দোমাঅ। ঐনা মেত্রিক পাস তৌবদা নঙনা কয়াদা হরাওখিবা। কোলেজ কাবা অহানবা চহিদুমদি ইশাসে পুমৈাও শুওখি, শঙ্গা ময়াম অমা উবদা লম্বী চৎফম খঙখিদে। চহিচুপ্পা মহাক থবক য়ান্না চিনখিবনি ঐগী সেবাদা। ঐনা থেংনা হুঙ্গিলবপদা দাড়ী মচিন্দা লালটেন মরুমদা ফমদুনা করিগী ভাইরমলিবা?

মথংগী চহিদা ঐহাক ফেল ওইখি। ইকাই নুংশি য়ানখি শিরসিরা যৌই অদুবু ঐহাক শিবা ফাওবদি শিনিংদে মরমদি দোমাঅনা হায়রক্লিবসে কুইরবনি

- 'ইবুংঙো নহাক নহানমথৈগা মান্নদ্রে, লাইরিক ইপা পাদ্রিবসিবু কৈদৌরবগে, নঙ ভাওশিন্নবা হেনমল্লে'

হ্নারকপিনবা লৈতহুনা শোয়রবদি অনুতাপনা শিবস্নু ঙমলমগদবনি অদুবু ঐগীদি মহু নত্তে ঐনা হায়বা ইন্দবনি ইশাগী অশোয়বনি

অতুনা ঐ শিবা পামদে।

ঐনা পরিক্ষা সোয়বসি ঐনা ইকায়বদগী দোমাঅনা হেন্না ইকাই-বগুম তৌখি। মহাক য়ান্না কপখি, মশাহু অনাবগুম শোকচিনখি অতুবু ইনাক্তা লেপ্পদি তোকতে ঐগী করি ৱাৎলিবগে হংই। ঐসু য়াম্না নুংঙাইতে মথংদদি কন্না হোৎনগে খল্লী।

মমাংঙৈগুম দোনাঅসে নোংমতা হি-হি নোক্না লৈরম্বা থেংনদে। নোংমদি ঐনা হায়খি

- দোমাঅ নং করিনো অপাম্বা অমত্তদি হায়য়ুদনা

মহাক্না ঈরা হৌনা

- ইবুংঙো দোমাঅদি নঙনা মায়থিবা উনিংদে মায়পাকপতনিনে উনিংলিবসে।

থাজরুদবা ৱাহৈ পরেং অমা হায়রকপহুদা পুক্নিং তুজংখি খুদকতুদা থৌনা অমা লাকই হায়

- দোমাঅ মথং চহিদা য়েংঙ

ঐগী ৱাহৈহু তাবদা ঈরা হৌরম্বহু চেম্বরকই তৈথোক্লগা

- ইবুংঙো নঙনা খুাইদগী অহেনবা ওইয়ুকো।

ঐহাক ৱাশক লৌরে।

ঐ মীরৈবাক্তা মথা তমথবা চৎলে। চৎলমদায়দা দোমাঅনা হায়খি

- মথং পরিক্ষাদা মকোক তারবদি দোমাঅনা নঙগী কোট অমা তুবিগনি।

- নঙদি কদাইদগী পৈশানা তুগদৌরিবা ?

- ঐগীসু পৈশা য়ামনা লৈনা

- কদাইদগী লৈরিবা ?

- নঙ তাদ্রো নহান থানিলজাওনা ফৌ পুরক্লিবদো দোমাঅগীনে মহু তাইথোক্লগা তুগদৌরিবনি।

ঐনা মাবু নোংমতা খল্লুদে, নোংমতা নীংশিংলুদে মরমদি ইহৈ তম্বদা ঐহাক পুক্নিং লুপখি, ঐ মায়পাকপা অমদি ওইনিংই, নুংঙাইবা অমদি পুনিংই অতুবু নোংমদি চিঠি অমা লাকই দোমাঅ লৈত্রে।

ঐ নুংঙাইখিদে অতুবু পি তানা কপ্পদি ওইখিদে। মরমদি মহাক শি হায়বা ঐ থাজদে। ঐ মগোন্দা শীংনখিবনি, ঐ মাগী পাখোন পুরী।

পরিক্ষা লোইতুনা য়ুমদা থোরকপা নুমিৎনি। দোমাঅনা কোম্থোংদা মৈ পায়তুনা ওকলমগদবোই নীংই তত্তুবু ওকলমদ্রে, মাঙ্গোলদা পরেং লেপলিবত্তুসু য়াওরমদ্রে ইমুংদা সোয়দনা লৈরমগদবোই খল্লী মতুসু ওইদ্রে। মহাক্না মায়োক্লনা থাবা ফমুংতু ফাওবা লৈরমদ্রে ঐগীতা ঙায়রমলে মতু ফাওবদি ঐহাক পুবা ঙমলকত্রে খঙহৌদনা থোকখি 'দোমাঅ' থিংবা ঙমদনা পি চেন্তরকই, থাজরুদে চেজেৎ অমনা অসুম্না লোইশিনগনি হায়বদি। হন্দকতদি মহাক্কী পোৎ তমা তমজরকপনি কনাগীসু ঐহাক লৈরকতে। নুমিৎ অতুদগীনি ঐগোন্দা ফাওরল্লিবা চৈনা।

ইমানা হায় শিরমদায় ফাওবা নংবুতা শোল্লী মথুৎ অতুনা নঙবুতা থিখি। ঐনা হায় দোমাঅনা শিরমদায়দা করিগী তাকলক-ত্রিবনো, ঐগোন্দা হায়নিংবা ব্রা লৈরমগনি। নুংশিবা হায়বসিদি পুন্সি অসি পীথোক্ত ফাওবা ফংনদ্রিবনী অতুগা করিসু লৈতবা পরিক্ষা অমগা করিগী চাংদন্নরিবা। মানা শিরমদায় মীকুপতা ঐবুতনী উনাংলমগ-দৌবা নখোয় কনা অমত্তা নত্তে মতু নখোয়না খঙদ্রবসু ঐদি খঙই অতুবু মসি পুন্নমক অসিবু ঐনা কনাদনোনে ব্রাকৎকদৌবসিবু চৎকদৌবা মানা চৎখ্রবদা।

ঐনা য়ুম অসিদা দোমাঅনা তৌরম্বা মানা হৈনরম্বা, মাগী ওইবা পোৎ অমতংদি পাম্মী, উনীংই অতুবু পুন্নমক ইহোং হোংলে থনফম খঙদ্রে, য়েৎ-ওই মাং-তুং অমত্তুসু লাকশিনবা ঙমদ্রে। নীংঙমদবনা ইশা অসে পোত্থাফম খঙদে।

নোংমা, তশেং তশেংলবা নুংথিল অমা নুংশিৎনা লিরি হুম-লকপগা লোয়ননা তপ্পা ইংনা ব্রাথল অমা ফাওরকই। ঐগী ঙকশমগী দাগ। ইশাগী ওইজরিবা নিতিগী উজুনতা লৈরিবা মফমদো থুন্নমক মিংশেল মমাংদা চেনশিন্দুনা য়েংই— মান্নী দোমাঅনা থমখিবা দাগ পুন্সিগী থাম্নরোইদবা, ইবানিতগী ওইবা মরীম্নি। দোমাঅ!

পিনা ঙকশম য়ৌনা চেম্থরকই। ★

# মুংঙাইবা

য়ুমদু জিংঘনদি কুপ্পী হায়ববু ঝলুর-কা হাপতুনা লৈতেং য়াওরব' নত্তে। চহি মরি মঙাগী মমাংদা শুমু হায়খিবত্ত অমুক হন্দ্রা। ইংখোলদু পংচাও চাওদে পংপিক পিকপস্থু নত্তে ময়ায় ঙইরপ তৌই। ময়ায়দগী খরা হন্থনা শঙ্গোই-লুকোই অমত্তা য়াওদনা য়ুমদুতনি লৈরিবা ইংখোলদুদা।

রাধামনি অয়ুক্তগী ইংখোল শুরুবনি। মাগী নুপানা লাই য়েক্লিবনি হায়দুনা মতম চুপ্পদা ক্যেনবস মমাংদা লৈ। ইমুংগী অরাৎ-রাত্তকাদি করিস্থ খঙবিবা নত্তে। নোংমতা করি কমদোবা তাম্নবা লৈতে মতুমক্না চাবা-থকপদস্থু চীলহাওদি থিদে নোংমগী রাধামনিনা থম্লগা চাক এঙ্খাংদু হাউরবস্থু হাউত্রবস্থু বা ঙাংদে।

ঙসিস্থু রাধামনি ইংখোল শুরুরগা নুংশা খরা হায়গৎলকপদুদা বারমালে চঙলক্লগা চাকখুম মাংদুদা ফম্মী। ফনেক ফিজিনা হুমাং হন্দোকই। মায়থোংদু মায়হিং কাদুনা অরাবনা কুপ্পদি নত্তে হায়ববু মতম পুম্বদা রাধামনি মকা ইরাম লামদে, নোক-খেদুনা নোংমতা লৈরম্বা থেংনদে। ঙসিস্থু অয়ুক ইঙন ঙম্না হুমাং তৈথোক তৈথোক্না থল্লি করি থোংসিগে। ঙহাক থল্লবা মতুংদা ইংখোলদগী চঙলকপদু

ইংখোলদা অমুক থোবলকই মরোই, য়েনদেম হেক্লে হায়না। মাক্লোলদগী য়েংশিনখিবদা ভুই মৈ-ঈশিং চঙদনা ক্যেনবস মমাংদা লেপ্লী-মহাক্না মুপাহ্ন।

মথং নোংমা অমসু ভয়ুক্লী। পুং ৯ লোম তারমগনি। মচা অনীগী স্কুলে কাননবগী চাক পিজবা লোইরবতুনা মফি-মরোল কন্না শেৎচিনবিরি। লাইরিক খাউনা কদাইদা পেন্সিল য়াওরবরা য়েংলি। মরক অসিদা মচানিপা অতোম্বগী ফুরিৎ কুদাম অমা য়াওরমদবগী খোইদৌ শাওগৎনা য়েতুম লং থিরিঙৈ ভাঙ্গাসিদা মাগী মুপানা তপ্না চঙলক্লগা

- য়াম্না চিল্লিবরা চা গ্লাস অনীদা লোল্লকউবা।

মাগী মুপাদা খঙয়েং ঙ্গেংখোরক্লগা য়ৌ য়ৌ খুমগে তৌই। মহাক্না মুপানা মখুদোম্বীনা মচীন্দা থমলতুনা

- হৈস, মী তাখিনি চাক্তম ওইরবসু য়াই।

করি থোকএ হায়তুনা তৌজশারিনো, খারেহৈ। ফনা কন্না খানা য়েংবা মিৎয়েং ওইতুনসু নরেন্দ্র নাথৈতুনা অতুমক চৎখ্রে।

মুমিদাংনি নরেন্দ্র চাক চারী। রাধামনিনা

- অঙাং অনীগী ফী (fee) সিবু করম তৌগদৌরিবনো ?

নরেন্দ্র চাক অতুম চারী।

- মখোয় অনীমক ফী পীদ্রবদি পরিক্ষা থাবা য়ারোই হায়রিবসে। মতু ফাওবা নরেন্দ্র লেপত্রী। রাধামনি খনকন কল্লকই

- ঐনা হায়রিবসিবু ফল্লাংদরো ?

নরেন্দ্র খঙপ্রেক খংই মতুমক্তী থাজরুদ্রে চাক হাগে তৌই।

রাধামনি মথা ভারকই

- মীনা নহান্না ঐখোয়দি পৈশা থোক্তে সরকারগী স্কুলদা তমহনসি হায়বা কান্দদি — এঃ অঙাং অনীদনি ফজনা শেমসি হায়তুনা য়াদেদো, হৌজিক্তী করি থোক্রে।

নরেন্দ্র চাক চাবা লোইতুনা মখুৎ হাপ্না হৌৎলকই মঙোনলোমদা

ওনশিল্লগা হায়রকই

- ঐবু অরাকপমখেদি নঙোন্দা পীবনিকো ফুরিংখাওদা হাপ্পবা পৈশা কয়াম লৌহৌরদনা ঐনা।

রাধামনি য়েংখৎলক্লগা শাউনা

- হো অদুনবু হায়মী লাই য়েকপসে তোকপিরো মীগী চুকান্দ ফম্বা য়াওবদো অদুনা হেল্লী ইংনা পানবা।

নরেন্দ্র মখুৎনা মচীনবান্দু নান-নান্দুনা মাগী কারোমদা তপ্পা চণ্ডখ্রে। রাধামনি লুখাক শেংজিন শেংজিন্না মপুরোইববু খোইদৌ থিংনা য়েংহৌই। হুম মসিগী নুপাসিদা লৈজরমদ্রবদিনে ……। ও-খোংনা কপনিংঙি। থবক লোইশিন লোইশিন্না থল্লী হয়েংদি কমদৌসিগে, মানা ফি শাবগী পৈশা খরা লৈখিবদু হয়েংদি অয়ুক ঙন্সা লৌরুবা তারিবরা মদুনসু কোন্নদ্রি থন্না থন্না তুমথৈ।

মচা অনী কাখিদুনা খজিক্তুং কোমলকপদা ঙায়রি। চাক চাগদবসু ঙহাক ব্রাৎলি থন্না ইয়োংদু ঙহাক ফমগে হায়দুনা ফমথবদা ঙায়রি। নরেন্দ্র মাগী লাইয়েকফমদা নুপা অনীগা বারী শানদুনা লৈরী। মহাক মপান থোরকঅম্মী অদুগা অমুক চণ্ডখি। রাধামনিদি পাখৎলুরে চা হায়রক্কদৌরিবরা, তান কায়থ্রপোৎনি অদুবু মদুমক্তী ওইখিদ্রে। কুইদে ফম্মগা নুপা অনীদু তুংথ-মাংথ থোরকতুনা চৎখ্রে। নরেন্দ্রনা কৌশিল্লকই

- অমুক্তা লাও।

রাধামনি কয়া নাচুংলুদে তাগুম-তাদগুম কোন্দু অদুম শাথৈ। নরেন্দ্র ঙহাক লৈরগা অমুকসু

- তারিবরা অমুক্তা লাও হায়বনে।

রাধামনি চঙলকই লুপা ৫০০ গী নোট চবুলদু পীরগা

- সে।

নোকফেৎ য়েংদুনা লৈ। রাধামনি লৌশিল্লী

- লুপা অমুক য়াম্না পীববু খজিক্তা ফাওবা নোক্তেনহে।

- কদাইদগী নোদা নোকপকা চঙজদ্রে ইবুংঙো। উপু হাংদোকখি।

রাধামনিসে অঙাং ওইরিঙৈদগী খঙনরকপনি য়াম্না ঙাওবনি অদুবু হৌজিক্তী মাগী অঙাওবদো অশাওবরোমদা চৎথ্রমালে। নরেন্দ্র মতুং-লোমদা ঙহাক মহাক্কী নুপীবু য়েংদুনা লৈহৌই।

নুমিদাংনি পুং ৯/১০ তারম্লগদরা কালেন থানী। মী পুম্নমক তুন্ন-হিপ্লখিবগী মতমদি নত্রী অঙাংনুবীগী মখোলদি তাদ্রে। নরেন্দ্র মাগী লাইয়েকফম কাদা লৈ। রাধামনিস্থু বলপ মচা অমগী মখাদা ফি শারী। নরেন্দ্র পর্দা খজিক্তুং হায়দোরকতুনা রাধামনিবু য়েংই নুমিদাং ওইবনরা মতু মাগী নুপীদি উহৌদে। ঙহাক লৈরগা নরেন্দ্র অপাকপা লাই অমা মখুৎ অনী চঙনা পুরকতুনা রাধামনিগী ফিশা ফান্দুদা তপ্পা থমলগা হায়রকই

- সে...... অমুকতা য়েংউ

রাধামনি লৈথোরকতুনা য়েংই ক্যোনবস থুম্না পাক-চাওরবা নুপী অমগী মমায়নী। মপুরোইবদা অমুক য়েং অয়েকপা লাইদা অমুক য়েং, নরেন্দ্র তপ্পা

- ভাব তাদ্রবরা ?

রাধামনি খুমদে। লাকও ইমুং চঙলগা য়েংলু'সি। নরেন্দ্র লাইদু পুরগা ইমুং চঙলকই রাধামনিস্থু মতুং ইন্নরকই। নরেন্দ্র ক্যোনবস অদু ইজেলদা তপ্পা থমলগা মানা হেক হেক ফম্বা চৌক্রিদু খরা লাপ্পা চীংথোক্লগা রাধামনিবু ফমহল্লে। রাধামনি হৌজিক ফাওবা জ্ঞান তাদ্রী। নুপী অমবু মঙোন্দা য়েংহল্লীবদু মিহুন তিং তিং চোংবগুম তৌই, মসিদা ঐহাক ঙাওরুরেকো হায়রক্কদরা খন্না রা ঙাংদে। নরেন্দ্র

- হৌজিক ফাওবা খঙদ্রিবরা ?

রাধামনি তুমিন লৈ। নরেন্দ্র তপ্পা

- নশাবু নশক খঙজদ্রবরা।

রাধামনি শ্বর শাংনা হোন্দোরকই মখুৎ অনী চৌক্রিদা কন্না পায়শিল্লগদু তপ্পা থাদোরকই "অসুক ফজবসিবু ঐরনে" হংনিংঙি অদুবু মহুমক্তি

থোরকখিদ্রে। মসিবু ঐরনে-তমক হৌংলকই। নরেন্দ্রনা মমিৎতু মুংশিনা মান্নী ঐগী রাধামনিনী খুমলকই

- মশমসিদি করিগী তাহল্লিবা ?

নরেন্দ্র নোকফেৎ মুংশিনা নোংমা তাখিয়ে ঐনা উখিবদো। কুইরে মসি য়েকলক্লিবসে লোইশিনবা ইণ্ডম ঙমদবনি। ওর্দর মনুংদা তপ্পা তপ্পা য়েকলক্লিবনি।

রাধামনি অমুক্তা হুনখিদ্রীবা মিঙ্গন হুল্লী মশাদু মুংঙাইবনা পুমথ্রুম থ্রুম্মী মফম মরাং খঙদে। নহানমখৈ মপুরোইববু শাওনিংলম্ন্দু লংজ-রুবগুম পুক্লিংদা নিংঙমমকতে মপাপকুম কিরকই। মশাগী মশকতু য়েংলিবমখৈ পেন্দে মরমদি মতু মপুরোইবগী খুৎনি। চহিচুপ্পা নরেন্দ্রনা ঙাওবদু রাধামনি মিকুপ খরা অসিতদা ফংলক্লি। মপুক্লীংদা হায় য়েকউ নঙগী লাইসে পৈশা ফংনিংলগা ফংসনু ফংনিংদ্রগা তোকসনু ঐনা চাবা পুনী। নরেন্দ্র তপ্পা মরেংবান্দা শোক্লগা

- ফজদরা ?

রাধামনি পাউখুম পিফম খঙদে। ঙসিসে নরেন্দ্র য়াম্না মুংঙাইবা নুমিৎনি মরমদী মাগী মতম কুইনগী আশা মপুং ফাবা নুমিৎনি। তপ্পা হায়রকই

- চাক চাক্লরসিরা তপ্পা মুংশিনা কোল্লকই।

রাধামনি লাইদু য়েংবা পেন্দ্রী অদুবু য়েংনা য়েংনা হৌগৎলকই। ঙসিসিবু করি এঙ্গাং থোংলম্বনো, নীংশিংবা থোক্তে। নীংশিংলিবা হায়ববু কলাগী মহাওদুতনি। ★

# বস লাক্লবরা

চহিগী মশিংদগী হকচাংগী ফিবমনা হেক্তিলবা তুম্বুরেন ফমুংদা হিপভুনা লৈ। মশা ঙমদতুনা মপান-ইপান থোকলকতবা থামুক ফারক্লে। মাঙ্গোলদা খরা খরা ফমলম্বতুস্থ ঙসি নিনি শুরে ফমুংদগী হেন্দ্রীবা। মাগী নুপী মনাক্তা লৈ।

- লেঙমানবী বস লাক্লবরা ?

মাগী নুপীনা খুমলকই

- নঙ বসকী ম্রাখলতমক তৌতুনা লৈরমালে, লাকতেসে, চাক খরা চানবা তৌসিই।

- ঙসি হায়েং খংদ্রবনি থবক পুম্নমক লোইতুনা লৈহোরবনি, য়ৌরক্কদবদা মঙায়রবনিদা।

গাড়ী মখোল তাই, তুম্বুরেন মঙকতু থাংগৎতুনা

- লেঙমানবী বস লাক্লে অমুক্তা য়েংঙু।

- হেরা নঙসিমা মী টেক্টরা লাক্লগা, ফৌ চিংখগী।

- ও! কনাগী ফৌ তাইরিই ?

- মখারোম তুনাখোয়গী, মাগী মমৌ নুপীগী ওইরমালে।

গাড়ী মখোল নকশিল্লকই

- লেঙমানবী সোইদ্রে ঐ অমুক্তা হৌগৎকে, ঐ য়েংগে বস লাকপদু ঐ ইমিংসিনা উনিংঙিই

- সে অতুম লৈরম্মু ঐ য়েংঙ্গে। মাগী নুপী থোকখি মপান্দগী হায়রকই নচানুপা লাকইয়ে

তুম্বুরেন মমিৎতু তুকথখি। শাফারেন জিপতগী চোংথরক্লগা খোংকাপ লাওনা ইমুংদা চঙশিল্লকই। পুলিসকী পোসাৎনি, টুপিদু লৌথোক্লগা মপাগী মনাক্তা ফমথরকই।

- পাজি পাজি।

- হুম ।

- মিৎ পাংথোবউসে ঐ লাকএ।

- নঙদি কবিদা লাকই

- ওফিসকী জিপতা লাকই ।

মতাং অসিদা ড্রাইভরনা বোরা খাও অচৌবা অমা পুশিল্লকই মমাদা

- ইমা চান্ন-থক্লবনি কৈথেলদগী এনা হেক্তা লৈরকপনি, নমৌসু লৈতে মাসু দিল্লী চৎখি।

তুম্বুরেননা মাদি কৈদৌবা চৎখিবনো ?

- ওফিসকী কোর্স মচা অমা তৌথোকপনি, কুইরোই থা অমতনি।

- ফৈ ফৈ। মমিৎতু য়েংলম্লগা নঙদি চাকতি চারক্লবরা ?

- চারক্লে, অদুউ চাকপু লৈরিবরনে ? মমাদা ওনশিল্লকই । মপা মচা মমা মখোয় অহুম চাক চামিন-চামিন্ননা মমানা

- হন্দক থামুকসিদি নপাসে য়াম রায়ইয়ে বস-সা য়োৗরক্লবগী হোৎনবদা চরা হেনবা নুমিৎসু য়াম য়াওখিবনিই।

- পাজি আদা চৎশি ডাঃ অমা য়েংথোকহনসি।

- নহান্দো চৎলুবনে লায়েংফমদা ( ডিস্পেন্সরি ) অদুগদি কনাসু লৈরমদরে ডাঃসু নরসসু য়াদুনতা তোক্কে। নুপা অমথক লৈরম্মী থোংহাংনবা ওইরমালেই

মমানা মরক থৎলকই মতুগী হল্লকপদগীনি নপানা হেঞ্জিনগ্রিবসিসু য়াম

ৱাখিবনি মুমিংতুউ। চাকসু চাদে।

- খঙদ্রে আ-গাড়ী থাকমদগী মখোশিনা মাইল ৩/৪ চংলকপসিদা তল্লমালে। ডাঃসু নরসসু ইরাকপু লাকতে হায়দা মুপাতুনা হায়রকপবুউ। মচানা খুমলকই হোইনে সিদ্দ খুদোংচোবা অমত্তা ফংলোইনে আদা চংলগা ডাঃ অফবা অমা য়েংথোকহনসি, হুমনি কারোইসে হেক্তা কনখৎকনি। অদদি ডাঃ কাসে মরাং কায়থ্রপোংনি।

- লাক্কনি ঐ সুকসোই সোইদনা নমাগা ঐগা লৈররগদবনি অ···তু··দা·····

- অতুদা কৈদোরবা ? করম কান্দা লাক্কদোরিবনো ? হয়েং শিরগা লাক্কে হায়রিবরা— করিগীনো পাজিনা আদা লৈশি হায়বা শুকয়া য়াদ্রিবসিবো হৌজিকমক চংলসি।

- ঙাইখো ঙাইখো, নয়াম্বদসু হায়খিবনি ঐগী অনিংবা অমত্তং লৈরি মতু থুংলবদি য়ারে।

মচান্নুপানা খোন খরা হৌনা করি অনিংবনো হৌজিকপো, করম্বা অপাম্বা অমমুক লৈরিবগে ?

মপানা মচ'বু য়েংলগা চৌংলেম্না তপ্পা

- নাপোম অসে মপুং ফাদ্রীই—

সহরদগীসু লাপথোরক্লবা খুঙংদগীসু মচি ওইরপ্পা সাইগাং তুরেলনা শোকলম্লগা, চৌং অনানা চৌল্লোক্লতুনা শেমবা নাইতোম তাবা নাপোম অমনি। নাপোম অসিদা খুল মচা অমত্তং লৈ লমথা-খুন। খুন অসি য়ুম পঙয়াম য়াম্না তাদে লনতক লনতক য়ুম ৪/৫, ৪/৫ পুন্না অশংবা উপাম্বীশিংগী মরুমদা ওনশিন ওনশিন লৈমিন্নৈ। লাপতক্লা য়েংবদা য়ুমশিংনা চোমলপ চোমলপ লৈবতু উশাদা উচেক্লা চৌল্লোক্ল-বগুম নাপোম অতু ওনথোক্লা মুংশি। মীদি পংয়াম য়াম্না তাদ্রগসু মফমতুগী মীওই খুদীংমক শুবা নোম্বা কল্লী মতুমক্লা মফমতু পোথোক চাথোক মরাং কায়না ইংনা তপ্পা মুংঙাইনা পাল্লী। নোং ঙানবদগী মাগী মাগী শিন্থা পায়নখিবদগী মুমিদাংৱাইরম য়োৱক্লফাওবা মায়পুনৈ।

মমা-মপাগুম ওনশিন্না চীং অনীতুনা নাপোম অতুবু কোল্লিবদু থোই-দোক্না থোইজংই। নুমিৎচুপ্পা অমা শুজ-নোমজরিবা মরোই মনাওশিং অতুগীদমক খনবদা ৱাদবা ওমদে। নুমিৎপু লৈরবদি পোত্থাবা হৈত্রবা মীওইশিং অতুগীদমক থেমতুনা নৌতুনা থাদোরকই কোরৌহনববু মপু ওইরিবা চীং অনীতুনা। কোরৌগী বিদাই ফংবদা লৌবুক লমহাংদা লৈরম্বা, থোঙনুংদা লৈরম্বা মীওই খুদীংমক ময়ুম মায়কৈ পাংলকই। পাকতক্লনা লৈবা লৌবুকতুদগী লোইরোই লোইরোই ৱাংখৎলক্লিবা মায়কৈদু তম্মা ওন্নরকই মরী মরী। মশাদগী ৱাংবা হেনবা চৈ অমা পায়তুনা অমম্ব ইল্লক্লি পুন্নমক্কী মতুংতুদা। তারমদাইগী সনা মচুগী ঙাঙ্ঝবনা শিল্লবা মতমতুদা মুবৈনবা পরেং চৎলিবা মহৌশাদু নাপোম অসিগী লৈত্তেংনি। ময়ুম ময়ুমদা মচা মনাও মায়োক্করুরনি মুংশি চান্ন ৱারী শানী ফাগী-জুগাই লক্রনি। ময়ামসিগী মরক্তা তুম্বুরেনসু অমনি।

মশেক মণ্ডাল নিংথিজরবা শেংলবা অয়ুক অমদা তুম্বুরেন লৌবক্তা পরিং তম্মী মরনদি মাগী লৌফমদগী মচেৎ খরা সরকারদা দান তৌথোকখ্রে স্কুল মচা অমা লিংখৎনবা। মতাং অসিমক্তদা নুপামচা অমা চেল্লকতুনা কৌরে 'তা তুম্বু নঙ নচা অমা পোক্লে য়ুম্নদা লাবউ হায়রে'। তুম্বুরেন পরিং তমলিবা থৌরিদু য়ুংলিবা ৱাচেৎতুদা য়েৎ-শিন্দুনা থনম্লে। পুসিগী অহানবা অততাই ওইবা মী অমা ফাওরকে তাবদা নুংঙাইবনা থুমহৎথিতুনা অঙাং অতুগী মমাং থাতুনা চেল্লকই। মাইবিনা ইরুজবদা ঙায়রিবা অঙাং অতুবু তনপায় পায়রগা মমিৎ পাঙদ্রিবা জিবতুদা পুক্লিংগী ৱা খরা ফোংদোকলুই 'নঙনা তমনবা স্কুল হয়েং উরেপ উয়ুং তমলনি'।

চহি খরগী মতুংনি তুম্বুরেন মচা অমত্তা নত্তে অনী ফংজখি মুপা ঙাক্তা। মখোয় মফম অসিদা লাইরিক তম্বা হৌখিবনি। মচাদা নত্তে নাপোম অসিগী অঙাং পুম্নমক স্কুল অসিদগী হৌখিবনি। ঙসিদি মখা তমথবা সহর চৎনখ্রে মতুদগীসু লোয়তুনা মথাগীদমক মণিপুরগী ৱাংমা লানখ্রে।

ঙসিদি পুরক্কে সার্টিফিকেট কয়া তমগা লোয়ননা, মহৈ ওইনা তোংলরে পুম্নমকতুগী মথকতা সরকারগী কর্ম্মচারী। তুম্বারেন মতৈ-মনাওগীসু নুংঙাইবগী পান্দাম লোমখ্রে। মখোয়গী আশা ময়োন চোংলে। মচা তহন্দু থবক ফংলে। তুম্বারেন খঙ্গে

য়েংউ নাপোম অসে মপুং ফারগদবনি, অরাপ্পদগী বসনা নোকমি নোকমি চেনশিল্লক্কনি মফমসিদা পোথারগনি। মচা মনাও ময়াম পুবক্কনি কয়া অমসু পুখিগনি খল্লুবদা তুম্বারেন খোইরুম তৌজে।

নুমিৎ ৪/৫ নিগী মতুংনি। মহৌশাগুম নুমিদাংদু মপা মচা মখোয় মরিমক চাক চামিন্নরি। তুম্বারেন চাংলুক্তু মচি ইরেং লেংদে হায়রকই

- মসোমদা লৈবদি ইয়ামক য়াম্রবরা ?

- পাজি কনাদনো ঐনা হায়রুগদৌরিসিবো, হায়বম খঙদে।

ঙল্লি য়ান্না ঙল্লি, কোরোইনবগা নাপোম অসিগা খাম্বাং মায়োক্কবা হৌরকপদমক ঙাযরি। মচা অনিমক মফি শেৎপা লোইরে। মচা অতোম্বনা ময়াম্বু গাড়ী থাকম ফাওবা থিল্লগনি। মমানা থোংবা চাকতু খরা খরা য়োংলে চৎলমদাইগী মতমদা মপানা নুংশিনা পাওমেল্লী

- চৎলো নঙনা লৈরুগদৌরিবা মফমদুগী মীওইশিংবু লুনা নিংঙু মখোয়দা নংগী নহৈগী মহৈ পিরক্মুকো।

চৎখ্রে মখোয় অনীমক মমা মপানা য়েংহৌই। খোংকাপ লাওনা লাওনা নুপা খোাঙ্গাংদা লোইরোই লৈবা মফমদু হেন্দোকখ্রে। ই হৌবা মফমদুসু লানথোকখ্রে উরোকথোং অমা লৈবদু য়োৗখ্রে। তামলবা মিৎয়েংগী মায়কৈদা লম্বী উবা ফংদবা মরকতুদা মুরৈনবা অনী লেংবদু মঙায়রে। তুম্বারেন হান্না লৈরম্বা মফমদগী খুনিং খজিক হায়গৎনা য়েংই, উখিদ্রে নহা মচা অনীদু অশংবা ফোনাগী মতোন্না খনজিনখ্রে।

চহি ওনদ্রি মচামুপা অতোম্বদুসু তমলরে মহাক পুলিসকা থবকতা খল্লে। মপানা মচাবু য়েংলগা তপ্না হংলকই

- নঙসু মফমসি থাদোকলগদরা ?

চৎখ্রে মখোয় লোইনমক মথৌ মখোগীদমক বনানো মপাগী মচা

অমত্তা মফম অসিদা লাক্কদবসিবু কয়াম ব্লাৎলিবগে করি নুনিৎ বস মখোল তাগদগে নুমিৎচুপ্পা তুম্বুরেন্না ঙাইরি।

ঙসিস্থ মচানুপা চৎবদোৱে মপাদা ওনশিল্লক্লগা

- ঐ ঙসি নিনি হুমনিসিগী মমুংদা অমুক লাক্কে ওফিসকী তাঞ্জা য়েংলগা, ডাঃ অফবা অমস্থ পুরক্কে।

তুম্বুরেন তাবদমক তায় করিস্থ খুংলুদে ঙহাক লৈবগা

- নঙনা হন্দক লাকপদা ঐখোয়না পিখিবা চেদো মরোল অমত্তা খঙলকউ

- পাজিনা হায়রিবসিবু করিগী মতাংনো?

- বস লাকপগী বাহুনিনেই

- ও! বস যৌরকপগী ব্লাহু নত্রা

- হোইনে-ই

- বসতি সে'মদা লাক্রবোই তুরেল র'ংমা অসোমদা তাথ্রে তুম্বুরেন ইঙক ঙক্লা

- করিনোনে নঙনা হায়রিবসিবো, সোমদা লাকপগী ব্রা, চে লোইহৌরবনিই।

- হোই অহুদা নহান মিটিং ফম্বদা মমাং খুলদা তাথ্রে।

তুম্বুরেন তুমিন্না মচ'বু যে'ঙ্গুনা লৈ

- নুঙবু পৈবা উবম্মী কোয়লাস থানবা কন্না তৌগৌবি কুই-ব্ররোই বস য়ৌরক্লনি। পাজি চৎব্রগে।

তপ্পা খুমখি

- উম। চংখি।

তুম্বুরেন তপ্পা হিপথৈ উরোকথোং অসিনা লোইরবা— লোংখাক লোংনা য়াতাফম নুংঙাইনবা লেঙই কৌরকই

- লেঙমানবী ফৈজুপ খরা হাপ্পকউ। ★

# ঐবু-নে — ।

রীজনেল মেডিকেল কোলেজ হোস্পিটালগী স্পেশল ৱার্ড নম্বর ৮ শুবা কানি। মখাদা নত্তে মথকতনি। মফম অসিদা লৈরিবসে ফনা কুইরক্লে, কয়াম কুইনা লৈখিগদৌরিবনো খঙদে হয়েং চংলো হায়রক্কদরাস্থ খঙদে মরমদি ঐগী অনাবসে ঐ খঙজদে ঐনা খঙবদি য়াম্মী কোক চাকই, ঙাওই, চাবা য়াদে, তুম্বা য়াদে, পোত্থাফম খঙদে, অরাম্বা ফাওদে পুন্নমক অসিনি ঐঙোন্দা নারিবা মখোয়গী হিদাক্কা ফহনবা ঙমদ্রিবসে।

অরাংলোম থংবা অতুদা মায় মনিং ওন্না মাঙোল মচেং অমা ইনথোকলিবত্নদা ফমলবদি মনিং মায়কৈদা শাগৎলক্লিবা কটর ময়াম, তুকান ময়াম অচৌবা বিলদীং কয়া পুন্নমক অতুগী শুবা নোম্বা শাগৎপগী সংসার অমনি। ইঞ্জিন অচৌ অচৌবা খিল্লী মুঙ তক্লবা, লৈবাক কোৎনবা, থাদোকখিনবা শুরে। কৌব্রু লাইজি ওইরপ্পা জিংঘ অমনবা ময়াম্না নেমতক্লা শাংনা লৈখ্রিবত্নু মতুনা পোৎচৈ থন্নবা ওইরমালে। মতুদা থবক শুবা মখোয় খরস্থ লৈমাল্লে, তৌবগীদি মতুদদী মুপা মখোয় খরত লৈবা মাল্লি। মুপীশিংদি মতুদা লৈতে নোংঙাল্লগা লাকই। মখোয় ময়ামশিং অতুগী কুম্মৈনা হেন্না ঐঙোন্দা

লুংঙাইহল্লি। মতম লেনবদা রারবা ঐসে বেলকোনি মতেক অসিদা ফমলবদি নুমিৎ তাশিনখিবা খঙহৌদে। ময়ামশিং অতুনা ঙাংনশক্করিবতু মফম অসিদা থোইনা তাদে অতুবু সোমগী মতাই য়ান্না নকশিন্না শুররবা অতুগা খরা হৌনা ঙাংনরবদি হায়ফেৎ তাবা শুম্মী।

ময়ামশিং অতুসু শুরে অহললোন নহারোল নুপী নুপা, নিতিগী শুম ফমজিনকপনা ঐসু মখোয়বু মমিংমক খঙদ্রবসু মশক্কী খঙলে। কোকশেৎ চাওনা শেৎকনবী, মপাননাইবা মপান তৎপী শেৎপী, য়োংটুপী উপ্পা, মরু কোকপা মিৎকী মথৈদি লোয়না খঙলে। ময়াম অতুগী মরক্তা নহা মচা অমসু য়াওরি। রাংদি ফনা রাংজরবসু চহিদি পংয়াম য়ামখিরোইদবা মাল্লি। বুচুহু মুশিন মুই মুবা হায়ববু কযামুক মুগে হায়বদা মচিনবান্দ তোঙান তাই। মাবু হেক উবদা অতুইগী শেকম্পিঅরগী ওথেল্লোতুদি ভাব তাদ্রে ওথেল্লো সিনেমাগী ওথেল্লো শাবতু হেকতা নীংশিংই মাগুন্না মুই মশকসু মাল্লী। মখোয়না মাজাও মীশাং ওইবতনি, মহাকসু মপুং ফারকখিনি।

ওথেল্লোনা হেরো ওইবগুম মহাকসু মফমসিদা হেরোনি। মমিংবু করি কৌবনো খঙদে খরা লাপ্পনা শেংনা অমুক্তা তাহৌদে। জোরা হায়বগুমসু ভৌই, জর', দোরা নত্রগা বোনরা-রা খঙদে মাগী মমিংতু হৌদগা লোইশিনবনা হেক্তা হাল্লী, ময়েক অমুক্তা শেংহৌদে। নুপীশিং অতুসু মহাকপুদা কৌই মতুদা মহাক্না চোং চোংতুনা নুঙ লৈরম্মে কাতুনা য়োৎ লৈরম্মে চোংতুনা, ফন ফন গোপী ময়াম মরক্তা মহাক কুঞ্চনি। মফম পুন্নমক থুংনবা হোৎনৈ তোপ তোপ্পা মচেন অমনি। লুংঙাইবা কুম্মৈ অমসু ওইহল্লী কুচু মুবতুগী মফমতু কুঞ্জবোনগুনী।

- নেনে ডাঃ লাকএ।

মেমচৌবীনা কৌরকই। বিমলা তপ্পা হৌগৎলকই মপুক্নীংদা খল্লী নখোয়গী ডাঃনা ফহনবা ঙমদবা 'সিদা ফম্বনা হেন্না বান্নহল্লী

নুমিদাংরাইরমনি। কাং কাং য়ৈরকই মখোল অতু মিৎনা থিবদা অমনবা য়ুমশাং অতুদগী অহল তামনা য়ৈবা ওইরম্মী। মখোল অতু

তাবদা শিনমীশিং অদু মাগী মাগী তৌরম্বা থবকশিং অদু শৎ-শৎ লোইশিল্লি। নুপীশিং অদু ট্রক অমা চৎখিবদুদা য়াওখিবসু য়াওই থরনা লৈরকতা চেখিবসু য়াওই, ঙহাকতুগী মতুংদা মফমদু পুমচিক চীকই, অদুবু বিমলাদি ফমলি মফমদুবু য়েংলি করিনো অমা ঙাইবগুম তৌরি। হায়গুম তৌগুম রাখলগী ওথেল্লোদো কেরদুনা থোরক্লে। মুমিদাংবাইরমসে মখোয় বাকিং চৎপরা নত্রগা অরাৎ-অপা লৈবরা থঙদে মখোয় হেক হেক থোরকই। মখোয় মী থরদী পুন্না লৈমিন্নবা মাল্লি, মদুনি বিমলানা ঙসিসু ঙাইরমলিবসে।

সেকেন্দ হেন্দগী ফুরিৎ অঙৌবা অমা লিংলদুনা খোংগ্রাও অমুবদুগা মুমিদাংবাইরম চৎথোকপসিদদি মহাক শউন খোংঙপ অমসু তোংই, লাপ্পসু থঙই মশমদু থাও নম্না তৈ বুচুদুগা কয়াদা নোকনিংঙবা। মহাক করম্বা মতমদা হল্লকপগে হায়বদুদি থঙবা ঙমদ্রে, ঙসিগীদি লোইরে।

নিতিগী মতৌগুম বিমলা ফমলি অদুবু ঙসিদি মহাক মশাদু ইতন তন্না উই। মখদাং অদুনা রেলিং মথকতুদা থমলগা ইচোক চোকথনা লৈরি। ঙসিদি ওথেল্লোদুবু কদাইদা চৎখ্রবনো উদে, মিৎনদি কন্না থিরী মহাকপু খা-বাং নোংপোক-নোংচুপ, য়াওদে। দেশরালি মুপীরা করিনো শারী অমনবা অমা শেৎলগা মচা পিকত্র অমা ইন্নরদুনা করিনো থি-থিদুনা খুল্লি শিংতেক-শিংনাং ওইরমালে। নিতিগী মতৌগুম ময়াম পুন্নমক অদু শুদবা নত্তে থবক অদুম তৌই অদুবু ইহাং হাংই করিমগা পেন্দে মশা ঙাক্তনি মউ য়াওদে।

ক'দামদগী লাকখিবনো থংহৌদে, ঙাইরিবা মী অদু ময়ায় অদুদা চৎতুনা লৈরম্মী। মখারোমদগী চঙলকপরা অৱাংলোমদগী চঙলকপরা থঙহৌদ্রে। মহাকপু হেক উবদা ময়াম অদুসু লাংবা হেনগৎলি, করিনো হায়বগুম হংবগুম তৌই। মতাই ওইরম্বা কোকশেৎ শেৎপী নুং চামলিবিদুনা পোৎথারগা লাওরকই

- নঙবু থিকাদারগা প্রোজেক্ট চৎলুবদুবু করি কমদৌরক্কে?

মানা খুম্বত্ন করিনো লৌশিনবা ওমদে। ময়াম পুং:মক থবক লৈগে অত্নবু মাদি ওসিদি শুদ্রে। ফুরিৎ খোংগ্রাওত্নগা ওসিদি মখুদাংদা ঘড়া অমকা নপ্পী। নাকন্দগী থবক শুবী অমনা অমুক্ত লাওরকই

- ইবুংঙো শক ফজবা পুং কয়া তারবগে?

মহাক্না নোক্লত্মনা মখুদাংত্ন থাংগৎলত্মনা খুমখি, ময়াত্নদি ঙৌই। মতাইদা লৈঙোই চামলিবী অহলত্মনা দ্রমত্ন ইনথুবা ওমদবত্ন উবদা খঙহৌদনা চেনশিনখি দ্রমত্ন ইনথুবিরুই। অহন্দুনা হায়

- নঙ মঙাইরেহে ঐঙোন্দা নুংশিবিরিবসে—

মহাক্না মংক নোনথত্মনা অহলত্নদা নমস্কার তৌশিল্লি অইন্দু নোকচৈ। কয়াদা য়েংনিংগ্রবনো মহাক্কী মতৌসে য়েংলিবমখৈ নুংঙাইবা লৈ। ময়াম মরক অত্নদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎত্মনা লৈ। মমিৎত্ন ফলপ ফলপ বেলকোনি অসিদা য়েংলকই। মহাকন্ন নিঙিগী মফমসিদা লেংদবা মী অমা লৈ হায়বসি খঙলমালে, লাপ্পা মালংদা মীৎচান্নৈ। বিমলা খঙহৌদনা মোমোন তৌরুই মমীৎ কুপতে।

অনিনবা মখোল অমা তাই য়েংথোকখিবদা মখোয়গী দিপার্টমেন্টগী ওজাশিং ওইরম্মী। ওজা পুষ্পা, মেমী, নিরমালা, খোইবী।

পুষ্পা— হায়মা হিংচাবী নঙদি সিদা লৈরী ঐখোয়দি নঙ লৈরমদবদা জাৎ জাৎ খল্লুরে।

বেলকোনি মচেৎত্ন মখোয় লোইনমক চঙলকত্মনা পুমথন থল্লী।

মেমীনা - হুংশিংকাসিদি হুংঙাইখরেদা—

নিরমালা - গুলিকা চান্দ্রবত্ন অনাবা ফদৌ মাল্লিহৈ।

মখোয় মিচি খৎনৈ।

পুষ্পা - নঙবো সিদা কৈদৌরমলিবনো?

খোইবী - মাই ওথেল্লো য়েংই ওইরমগনি

হায় মাই ওথেল্লোদো অমুক্তা তাকউ কদাইনো কদাইনো, ময়াম ইন্নাং লাংই। মাঙান্দা ওনশিলক্লগা চাম্লনা

বিমলা অমুক্তা তাকউনৈ নঙগী ওথেল্লোদো।

বিমলা হৌগৎলকতুনা লাকও কাদা ফমলুশি হায়রগা চৎখ্রে। মখোয় অনীসু ইন্নখ্রে। অনী অমা লৈহৌরি অতুবু উপায় লৈতে মখোয়সু ল.ক্লে।

নুমিৎ থরনিগী মমাংদা থোইবীগা নিরমলাগা মফমসিদা লাক্লম্মী। নুমিৎতুদা ৱারী শান্নবদা য়াওখি ললাই ওথেল্লো অসিগী ৱারী—

- য়েংঙো, থবক শুরিবা ময়াম অসিদা য়োং ককলিবা নুপা অসে ওথেল্লো মাল্লা ?

- করম্বনো নঙনা হায়রিবসিবো ?

- তু হিগোক মচুগী মোজাফ্ফুরিৎ নিমাই লিৎপ'সে

- হোই হোই ফনতুম মাল্লা। মখোয়সু য়াখিবনি।

নুংথিলতু নুংশাসু ফনা লৈরি। কোমলা অমা চাতুনা বিমলা বেলকোনি ওতুদা লৈরি। মহাক্লা মহাকসু চাগে হায়তুনা সাইন তৌরকখি। বিমলা পনথাদ পরপ পরপ চেল্লকতুনা মাগী কাদগী কোমলা লৌরৈ, অমত্তা নত্তে অনী পুরকই। মহাকসু ঙাইরমলি চেকপন ময়াতুদা নকশিল্লকই। বিমলা অহাংবতুদা মথক ৎগী মনাক তান্না লংথরকই। মানা লেপলম্বতুদগী খিত্তং চেনথোকই। কোমলাতু মখুবাক্তা পাইশিনখি হৈরবজাৎনি। ৱাদি ঙাংদে লাপ্পা চুপ্পকই বিমলা থম্মোইদা নোকই।

মসিমক মতম লেনবোইনা মখোয়দা তমখিবনি মতুমক্করা মখোয়না ঙসি মোংলরিবা।

ৱারী শান্নবা য়াবা ফনা শাক্লরে কান্নবা য়াবা ৱাদি ইয়াও য়াওদে। ছুটি মতম খিত্তগা একচেন তৌথবিরকউ হায়বদি ইপন পল্লকতে। বারীগী থেংথাং খুদীংগী ওথেল্লো হাম্না হেক্তা ফমলকই, অপংবতুবু কোয়চিং চিংই, লক্লবগুম থোকলকই। মতৌ য়েংবা লাকপা থৌদোক ওইনা তৌরকই। মখোয় মশেল চৎকদবগী হৌগৎনরকই। পুস্পানা হায়রকই

- ফরে ইবেম্মা লৈহৌরো ছূটি শাংদোকপিরকখিগে নওগী ওথেল্লো য়েংনবা।

মখোয় পুম্নমক বা লাওনা নোকই। ভাব ইতা তাদে। বিমলা মখোয়না হায়রিবত্থু য়াম্না ইকাইহল্লে, শোকহাল্ল হায়বগীদি থোইনা নত্তে অদুবু পেন্দবা অমদি ফাওই। মখোয় থোকখ্রে। বিমলা খঙ-হৌদনা লাওরকখি

- ঙাইখো, ঙাইখোও— য়েংঙোই য়েংঙোই ওথেল্লো অদুগী দিস-দেমোনাদি—দিসদেমোনাদি ঐ নত্তেকো।

মখোয় তারমগদরা তারমলোইদরা - ? ★

# ঈচেল অমগী তোববান অনী

- থোইম্নু

- হাও

- মীশিংনা ঐবু করি হ.য়না ঙাংনৈ

- বোকতোন নও নশক য়াম্না ফজে হায়নৈ

- অদু নত্তবা—

- পুরোকসে নও লৌবদা পৈশা য়াম তিংঙে হায়য়ে, নওসে পৈশা য়াম য়াম্মী ছায়-ঙো।

- অতৈদি ?

- নও য়াম ফত্তে হায়নৈ, ছায়নদেদা ফৈ ছায়…

- অতৈদি ?

- অতৈদি খঙদে।

পুম্বিগী থোংগ্রা মথকতা ইরু-লুক-লুজনা শামিন্নবা বারীনি। চহি ৬/৭ তা ঙাইরিবা থোইম্নুগা লৈরাংবীগা। লৈরাংবী মিঙ্গোগা চহিগা চাম্নদে নহানি অদুবু পুন্নমক্কীদি ইচে, ইন্দোন, অবোকনি।

ইবোমচানা লৈরাংবীবু লৌবসি থা ৫/৬ সি মিল্লক্কবনি হন্দক্তা পাওবনি। মসি ওইনবা হোৎনবদা ইবোমচাগী মরল-মথুম কয়া'মা

লোইশ্রবনি। ড়ুকান্দ অমা লৈবত্রু হন্দক্কী মতাং অসিদা য়েনথোক-শ্রবনি অসিদসু নত্তে মকোৎতগী ফৌ কয়া তাইশ্রবনি নুপী অসিবু পুরক্লবা হোৎনবদা।

লৈরাংবীবু লৌবা হায়বসি লৈকাইনা হৌদোকপিরম্বনি মরমদি ইবোমচাগা তোন্নুলৈমগনা য়ুমবান্নবা অসি মচা পোকতে, অঙাং অমা য়োকপা-খোৎপসু ভৌদে। মরল-মথুম ময়াম অসিবু কনানা লৌহৌ-গদৌরিবনো, লৈকাইনা ঙাংনবা রাফমনি। ধারা লৈত্রবসু করিসু নাচুংলুদনা অহল অনীত্রু ইংনা পাল্লকপনি অত্রুবু হন্দক চহি ২/৩ অসি মাগী নুপীনা মমিৎ উরকতবদগী ইমুং অসি মথক মখা ওন্নবগুম তৌরে। কুমসি অসিনা অমুক্কা হেন্না শাথিখরে। মঙাল অমা উজৈ হায়বতা মঙাইরে পোৎ মশক খঙদ্রে। ফমমেন্দা ফমত্রুনা লৈরম্বা ইবোমচানা চাক-ঈশিং হোৎনরে।

ফিবম অসিমক্তদা লৈকাইনা কায়হৌখিবনি নুপী অমা থিম্লু। ইবোমচা য়াজখিবা নত্তে মশাগী চহি মশাসু খঙখিদবা নত্তে অত্রুবু মরি-মতাশিংনা অথোমনশিল্লি 'নশাগী খনত্রবসু নঙগী নুপী তোন্নুলৈমগীসু খরা মখল্লু'। তোন্নুলৈমসু খল্লি মপুরোইবগা মহুৎতা মাগী সেবাবু মা অমনা তৌবিরবদি য়ারে।

মতাং অসিমকতদনি লৈরাংবীগী ইমুংগা ইবোমচাগী মীগা থেংন-রুরিবসি। মতমত্র লৈরাংবী খাইনরকতুনা ময়ুমদা লৈ মচা অনীসু য়াওনা। ইমুংত্রু নংবা হায়ববু অসুক্কী মতিক নংঙী। মপানা কুমলায়না ওইনা ফমুংদগী হেন্দে, মৌপা অশোনবা অমগা লৈ। মমানা তেক-তেক গুরগা পানবনি।

মচানুপীনা মশু অনী পুরগা ময়ুমদা হল্লকখিবত্রু মমা মপাগী থম্মোই কায়খি। চাওবা লেপত্রিঙৈ চহি ১৫ গুরকপদা লৈরাংবী মথন্তগী রাখলনা ময়ুমদগী অরোইবা ওইনা থোকখিবনি অত্রুবু লোইদে চৈফম নাইনা মপামদা হল্লকপসি মশিং য়াম্মে। কনাসু লৈতবা ইমুং অসি ময়ানা খরা য়েংবিগদরা হায়রগা থোইনা হেন্না ওৎশিল্লি। মচাগী

মতৌদা মমাগী থম্মোইদা খুৎতুল্লা শুই নংদদিকো ··· ময়াম্নুপাবু শীংই।
নোংমদি মপা লাকতুনা মচা অনীদু পুখ্রে। লৈরাংবীবুস্থ চৎনবা হায় অতুবু মমা মপানা মহাকপু চৎহনখিদে, ময়াবু থীনা চৈখি। মতমসিদা ইমুংসি ইবোমচাগী মরল চাবা হৌরে। ফিবমসি খঙলক-পদগী নোংমা লৈরাংবী লোম্না মাগী মুপাগী মনাকতা চৎনবা হোৎনৈ অতুবু ফংখিদে মমা মপা খঙবনা হানখি। মসিগী মতুংদি কুইদ্রে সন্ধ্যা অমদা মহাকপু জিপ অমদা নমতুনা পুখৎখি।
লাক্লে লৈরাংবী ইবোমচাগী ইমুংদা মৌ ওইনা। চহি ২৬ মপুং ফাখিতুনা ২৭ হায়গৎলকপদা মচা অনীগী মমাতু মমা-মপানা নৌন্না অমুক থাজরক্লে।
লৈরাংবী ফনেক অহনবা অমা শেৎ ফি মতেক অহনবা অমা ইল্লী, সনাস্থ রাৎত্রে লিক অমা লৈ অমা মতুদগী হেন্দোকতুনা ওইগী খুনিংথৌদা খুদোপ। মসি পুম্নমক অসি রাৎতনবা মানা য়ুম অসিদা য়ৌরকত্রিঙৈদা লিশিং কয়ানি থাখিবা পুম্নমক্কী মথক্তা। চীংলেম্নবা য়ুমজাও অতুদা মৌ-নহা অমা কোইচেন চেন্না থবক তৌবতু পকচৈ য়েংবা মুংঙাই। ইবোমচাগী মুপা-মুপী পুল্লস্থা থবক্কী মতুৎতা হান্নগুম ফমমেন্দা ফম্বা ফংজরে। মমিৎ উদ্রবী তোম্নুলৈমাগী সেবা তৌবিরে। কল্লক-য়েংথিনবা য়াওদে মুপী অনীতু তুরোন্নবগী মতুৎতা মনেমগুম খন্নরবরা করিনো। পুম্নমক অসি ইবোমচানা উই খল্লী 'ইংশিলক্লে ফৌবোৎ অনীদং তাইথোক্লগা শামতুগী ফুরিৎ অনানবত্ত অমত্তং লৈবিগে'।
লৈরাংবী মনীংলোমদা লৈ ইবোমচা চঙলক্লগা হংলকই
- নঙদি চাক চারব্রা ?
- চাদ্রী
- থেংলে চোথোকলোদনা, নচেদি চাগ্রবরা ?
- চাগ্রে
অহন্দু ঙহাক নৈশিন্দুনা লৈ। লৈরাংবীনা

- কোন অমত্তা লৈবিয়ুবা -

- কৈদৌনবা ?

- ফি শাগে।

- হেরা কৈকান্নবা মখোল-কা তানিংদে।

লৈরাংবী তুমিন লৈ। করি খল্লরবনো খঙদে অমুক ওনশিল্লকই

- করি ফিনোনে নঙনা শানিংলিবো।

লৈরাংবী খুমদে।

- শ্বাইসিদদি বদাইদগী কোননোনে অমত্তস্থ লৈতে, লৈবা তারবদি কদাইদগী লৈগদৌরিবা ?

- ঐখোয় অসোমদদি ফংই।

- কয়ামুক পিবগেনে ?

- ৩০০/৪০০ কা পিববদি য়াম্না ফজরে।

- হোই হোই অমা হেক হাযখ্রো।

ইমুং মন্নুং চানবগীদমক লৈরাংবী লমজাও শোবোক্কা থোকতে, ইবোমচানা লোইনা তৌই অদুবু ঙসিদি মহাক কৈথেন চৎকনি মরমদি ফি শানবা লং লৌবা মদুমদি ইবোমচানা হৈত্রে। মফি শেৎলগা ইবোমচাগী মনাক্তা চঙলকই। ইবোমচা লোংতে পাকসি হাংদোকই পৈশা ময়ামত্থু উজসনু নীংই।

- কয়া পুগে হায়রিবা ?

- খঙদে খরা হেক্তা পিরকও

- নঙনা খংদ্রবদি ঐনা করম্না খঙগদৌরিবনো ?

- চামা খরা হেন্না পিরকও, চৎলিডৈদা মফেলস্থ কৈস্থ লৌরব্রগে

- ১৫০ সিনা য়ারদরা ?

- য়ারনি।

লৈরাংবী তবী তবী লংম্নোনফম তান্না লাকই। শামু মথোংদা নিলচন্দ্র হেক উই, খলম্না রাখল পুমাং মাংখি, লন্নাই ওইবা রাখল অমা খঙহৌ হৌরকই। মপাও অমত্তং হংনিংই মঙোন্দা অদুবু হংবা

নঙহৌদে, নিলচন্দ্রনদি মাবু উদে হেন্দোকখি।

লৈরাংবী লংগোন্দু মখুৎনা কোন্দুনা লাকই, ইহিক হিকথৈ কাও-ঙমদ্রবা রাখল অমনা মাংদা চীংতুনা য়োরকই। থোঙ্গালদা ইবোমচা ঙাইতুনা লৈরম্মী

- রিক্সা অমদা লাকপা য়াদ্রা ......।

রাহং অতুগী পাউখুম লৈরাংবী পীদ্রে, চঙমিন্নরকই।

মুমিদাংতু থেংলবফাওবা লৈরাংবী লংচাক চাকই মুংগী পেন্দবনা মশাপুম্বা মকা লামদে, হংনিংঙ্গবা রাহং অমা হংহৌদবগী মুংঙাইতবা পেন্দবনা অহিংগী অথেংবা খঙদে। কনাদসু হংফম লৈতে শ্বাইসিদা-। থেংলক্রবদা লৈরাংবী পি তারকই। মপুক মমুংদা মরোল লোল্লী 'নঙনা ফংমন্দবদগী ঐসে সি য়োবনিদকো ............... ইপোক্কী ফংলকত্রবা সনা লুপা খরসি শিতুনা য়েংবদা মুংঙাইবা মাল্লিবতু মতু ওইতুনা লৈরিবনি ......... ঐদি'।

চহি খরা লৈরগা ইবোমচা মচা অমা ফংজখি। হরাওবা হায়ববু পন্দোম লোমখি মঙফাওনরে লৈরাংবীবু মগুন লৈবা হেনগৎলি।

অতুবু মচাম্মুপানা চহি ৭ শুরকপদা ইবোমচা ঈশ্বরগী খুয়া তানখ্রে। তোম্মুলৈমদি মাংজোননা তানগ্রবনি। চাওরবা য়ুম ইংখোলতু লৈরাংবীগী মথক্তা ত'হৌই। কনাসু লৈতে মচাম্মুপা পিক্লী। মমাং শঙ্গোয়দা থারিবা ফিশাকোন্দুনা মাগী পাম্বৈ ওইখি।

ঙসিসু লৈরাংবী পুঙৌ ফনেক ফি অঙৌবা শেৎতুনা লং লৌবা কৈথেন্দা লাকই। তুকান চঙগে হায়না হেক কাখৎখিবদা নিলচন্দ্রনা মহাকপু উই কৌরকই

- লৈরাংবী!

লৈরাংবী খঙয়েং য়েংলকই। ঙসিদি মহাকপু উক্লদ্রে মহাক্লা মাবু উরমলে। ঙহাক শকয়েংনতুনা লৈ, কনাদসু হংঙমদ্রবা মপাও, তানিংতুনতা লৈরবা থম্মোইগী লাইমন অমা কাংলকই

- 'অঙাং অনীতু কমদৌরি.........'?

লোইবদা পি চেম্বরকই অত্বু থুনা তৈথোকখি।

নিলচন্দ্র মহাকপু মুন্না য়েংদুনা লৈ করিস্ব খুমলকতে তপ্পা থোরকই

- নঙ ঐ লৈনা লৈনা লুপ্না ওইরবনিকো ...............।

মুথংপ্রবা মমিদা অমুক হন্না পি তারকই। লেপতনা মরি-মরি লাকপা মীশিংনা মখোয় অনীগী মরক্তা চৎনখি। ★

# লুহোংবসে হন্দক্কা হোংলবদি জ্ঞান তারনি

উরিপোক হায়থরকপগী নাওরেমথোংদি য়ৌদ্রি হোটেল অমনি। মখোয় মুপা মঙানি ফমলিবত্থু। মতম অমদা কাংজৈবুংদা বোল পুত্থনা শান্নবদা থেংনবা, স্কুল তম্মিন্নখিবা, মেট্রিক পরিক্ষাদা ফম্মিন্নখিবা মখোয় পুল্লে মঙামক। হোটেলদু লোনশিননিংলবা জাৎনি অদুবু কাবক কাবকসু খঙনবগুম তৌ হায়বা ঙমদত্থুনা উপাক পুন্নমক হাপচিল্লগা অমতমক হাংত্থুনা লৈরে। পুং ১১ য়ৈথ্রবনি। থাইনগী মরূপশিং অদুদি হিদাক্কা খরা খরা তাশিল্লে অতোপ্পা মীগা য়াওদ্রে হাপপেন শেৎলিঙৈগী মতমদু ওইনরকই।

শামজাই - ভাই পরিক্ষা লোইবা মুমিৎতা নখোয়দা চরা ৱাল্লগা সিনেমা য়েংখিবদো মুংঙাইথ্রবনিদা।

তোনম্বা - মদুগী মুমিৎতা চাখিবা আলু ইরোনবদো হাওথ্রবনিদা, ঐনা নহান চানিংত্থুনা ঐখোয় মুপীবু লোলহনববু চঙঙ্ যাদে।

শামজাই - মুমিৎতুদা ঐখোয়না য়েংখিবা ফিলমদুবু করি হায়য়ে

নোংথোন - 'নয়া দোর'

শামজাই - 'নয়া দোর' দো নহান তৌই হায়ত্থুনা য়েংঙববু কনাই হেরো, হেরোইনকা লোইনা পুংওন ওল্লমলেদা।

হেমোনা টেবলদা তক তক থিল্লগা- মহু ফৈ মহু ফৈ।

শামজাই - ভাইখো ঐখোয়না ঙসি উন্নরিবসি মতম কয়াগী মতুংদনি কয়াদা নুংঙাইগ্রবা অহুবু ঐখোয়সে অমনা অমগী লুহোংবকাদি অমত্তা য়াওনহৌদ্রেনে। হৌজিকপু লুহোংদবকা য়াওনরিবরো অমুক্তা পুনসিদনা।

নোংথোন্না কাচিন্দগী ভাই ইচা লুহোংবদা পুনগদৌবা মঙায়রে।

তোনস্না - ভাই ঐগীদি কন্যা কৎপনি উপায় লৈখিদবনিকো ভাইখোয় ময়ামগীদা তাকপিরকত্তবগী থ্বানী।

শামজাই - অহুগী থ্বাদি ঈশিং চাওতুনা নুপী ফাওবা পোংদা পুরকই, থা অমগী মতুংদা অউনপোৎ পুরকই, লুহোংববু শগাইদা লৈনে শেন্দ্রাং শাহুনা।

হেমোনা লৈয়েং ইফাই ফাইনা চুম্মী ঐগীদি ফজনা হোংজবনি অহুবু বার্ত্তনকাদি তৌজহৌদ্রে থ্বারৌবিবা য়াদেবো। হৌগৎলগা খরা নোস্থে। থম্মোই খরা শোকলপ মখা অমুক তারকই — ঐগীদি লুহোংবগী নুমিৎতুদা কন্যাদো থ্বাম্বথোকগ্রবনিনে।

মখোয়শিং অহু চপমান্নবা ওনশিল্লকগা হংলকই— এ! অহুদি করিগী, কমদৌনা, করমহায়না - ?

হেমো - খঙদে, কোন্না হায়নরকপবু মাদি কিবা য়াদবা শারৈ হৌবা অমা লৈ হায়য়ে। ঐনদি চন্দোল-চরাকা ইমুৎ মুথৎতনা অথেংবতুদা কোয়েৎতু হাপচিল্লগা মাই'কাদা চঙখিবতুদদি ঙহাক ঐঙোন্দা মুন্না য়েংতুনা লৈরম্মী অহুদগীদি খপ খপ চিংবা হেক্তা হৌখিবনিনে। মাই মতৌতুদদি ঐস্থু পাখৎতুনা কোইলাও লাওই। ইমুংতু মীনা পিক থনখিবনি। পুন্নমক্না ঐঙোন্দা ফলপ ফলপ য়েংই, ঐ ভাব তাদে। নাকন্দগী ইতৈমনা লোন্না কোয়েৎতূদি লৌথোকলো য়ারে হায়।

মখোয় মন্নিমক্না পুন্না হংজিল্লকই

- কোয়েৎতুদি নঙদি কৈদৌবগী হাপ্পরিবা।

- কদাইদগী ঐদী খংগদগে তাইবোহলনা মানা চৎলমদাইদা ঐগী নাক্তা চংলক্লগা নাকোং ময়াদা হুরেন কন্যা মনাক চঙবদদি কোয়েৎতু অমুক হাপচিল্লকো হায়রম্বত্তুদা ঐদী অওইবা ওই-রবোই নীংঙ্গরে।

ময়াম রা দাওনা নোকই।

হেমো শমথরকই মমিৎ ৫ নিনি তাইবোহলখোয়দা চাক হাপ্পা

নোংথোন - হৌজিক ফাওবদি কিরম্মরোইদা।

হোই হৌজিক্তী ঐনা কিরে।

গ্লাস চিংলিবা থোইবরোমদা ওনশিন্নক্লগা করিনো পংহৈদা হৈবিরিবসিবে', অদোমগীনা করিনো হায়দোকপিরক্লোদনা

থোইবা - ঐহাক্কীদি ময়ামগা অমত্তা মান্নদে ফজনা হোংই অপনবা অমত্তা লৈতে অদুবু মান্দোপ ময়ায় হেক চঙখিবদগীদি জ্ঞান তাদ্রে।

নোংথোন - হেরা মান্দোপ ময়ায়গী রা নত্তেদা ঐখোয়না তানিংনিবদি পুন্সিগী অহানবা উন্নবদা কন্যাহুগা কমদৌনখিগে হায়বনি।

থোইবা - অদুবু হায়বনে করিগুম্বা অমত্তা নীংশিংবা থোকচদ্রে। গ্লাসতু ময়াদা লোইনা হৈজিল্লগা থৌনা ফনা অমুক মথা তারকই নীংশিংদবনসু হেন্না ফৈ।

নোংথোন - করিগী ?

থোইবা হৌজিক্তী মহাক লাই ওইরেদনা

হোইনে চুম্মীনে। চুম্মীনে। মহৈ মহৈ তুমিন লৈনৈ। নাকন্দগী শামজাইনা তপ্পা

- ঐদী লুহোংবসে হন্দক্কা হোংলবদি জ্ঞান তারনি।

- উম। মত্তুম খল্লী ঐসু পুয়মক্কী অমত্তা ওইবা মত ওইনৈ।

মমিৎ মনা ঙাংশং ঙাংলবা তোনম্মানা—

- হোংঙো হোংঙো অঙাং মমাশিং অত্তগনে হৌজিক অমুক হোংঙো জ্ঞান তাবরা য়েংঙু, মোইসু হৌজিক্তী কনাই

ৱাঙ্গবিবা-কা'ইয়ে।

হিদাক্লা হেনমন্দুনা মমায়দু টেবলদা উপশিল্লি।

থোইবা ময়াম মরক অদুদগী হৌগৎলকই থম্মোই শোক্লা হায়রকই হোংহৌরে হোংহৌরো নখোয় হেংহৌরোবো ঐ ৎেলে ..... তপ্পা তপ্পা থোরকপা হৌরকই।

থোইবা, মহাক্কী নুপীদু মচানুপা অমা থনম্নগা শিখিবা ফনা কুইরে। মমানা নুপী অমা খিনবা কন্না হোৎনজৈ অদুবু হায়নরু হায়নরু নুপী খুদিং-মবসে মচানুপা চংহ মরি মগা শুবা অমা লৈ হায়বা হেক খংবগা হেক্তা তোক্লাখ। মসিমক্না থোইবা ওঁাস ফাওবদা পাঞ্বা অশেংবা হায়বদু ওইদুনা লৈরি।

অদুবু হন্দকতা মমাগী হোৎনজমনসি মহৈ য়াল্লদরা খল্লা। নুপী অমা ৱা লোইনরে।

লুহোংবা নুমিৎনি। থোইবগী মচানুপাদু মশা খরা খরা ওম্মদবদগী লুহোংবগী লাংলিউদা য়েংশিনবা খরা ৱাৎহৌরমালে লুম্মু লুম্মু শারম্বদগী হায়ফেৎ শাগৎলি, ফমুংদা লৈ। বড ওইগদৌরিবা নুপাদু ওসিগী মচাগী মনাকতগী হৌগৎপা ওমদে। মমানা হায়রৈ

- ইবুংঙো যাত্রা মতম লিৎখিগদৌরে ৎেলো ইমা অমুক শংলমগে।

লুহোংবদু চাওবা নত্তে অদুবু মীগী মচা লৈশাদী অমা লৌববু হায়দুনা নমিংতা ওইরবসু শুনবদি হোংনৈ। নোংয়াই ওইশিল্লক্তে, মবো-কতু মশুগী মনাক্তা লৈ। নুংথিল চুপ্পা তুমন্নুরগা অনাবদু তুমনিংবা ফাওদে মমিৎ তরং তরং পাংই শাবদি হন্দে। অহিং ইচিক হুল্লকপগা লোইননা শাবসু অসুম অসুম হেনগৎলকই। নহানমথৈদি মপা য়াওবনিনা ৱাখল খরা চাওই। ওসিদি ইপিক পিকশিনবগুম তৌই অদুমকপু মদু তৌই হায়দুনা মচানুপাবু মাগী কাদগী কৌথোকলুবসু পামদে। মশুনুপাগী মখোঙ অমুক নোই মরাইবক অমুক নানথোক য়েৎ-ওই তুনা হোৎনৈ। অঙাংদু শাবা ইহন হন্দে অসুম হেনগৎলকই। মমিৎতু হঙ্গ হঙ্গৎনা পাংবা হৌরকই, খপ খপ চিংবা য়াওরকই। মতাংদু য়েৌরকপদদি মবোকতু ওমলকত্রমালে খোনফম কায়না মচানুপা খঙকৌ কৌরকই।

মমাগী খোঙ্জেল তাবদা মচান্নপাতু মশম মনা ইফা-ফা অফিং-অফাই চেনখোরকই।

ন্নংথিলনি, অঙাংতুম্নু ঙরাং মুমিদাং ঈশিং হৈতুনা হোৎনবদগীদি হন্নরকতুনা হেক ফৈ। থোইবনা

- ইমা ঐ অশ্বাই ফাওবদং চৎথোকলুগে।

- হোই হোই ইবুংগো মখোয় অসোমগী মীস্থ লাক্নি।

থোইবা থোরকই লৈরক মচিন য়ৌরবপদদি ভাই বোক্ষ্ম ময়াম অমুক লৈরম্মে।

শামজাইনা হৌরকই ঙরাংদি ঐখোয় ময়াম ঙাংনৈ ঐখোয় লৈকাইদা লুহোংবা অমা য়াওরিবসি কনানো হংনবদদি কনামত্তা ওইরমদ্রে বোক্ষ্ম ওইরম্লেনে।

থোইবা তুমিন লৈ।

নোংথোন - অহুবু করিগীনো? কনামত্তা তাকলকত্রিবসিবু গুরানবদৌনা

লোম্না হোংলিবত্বু —

শামজাই - মুকথাবু থাজদেনে বোক্ষ্মনা অতুম তৌরমগনি হায়বদি

থোইবা - ভাই ঐস্নু জ্ঞান ইত্তা তাহৌদে।

শামজাই - করিনো হায়রিবসিবো হান্নকা খণ্ডনদ্রনে?

থোইবা - শুকখণ্ড খণ্ডনদেবু, ইমানা তৌবনি। বজার ফাওবদং

হায়গৎলুসিরা?

- য়াই

মখোয় বজার মায়কৈ তমলকই। লম্বী চৎনা চৎনা শামজাইনা নাকল ওইরপ য়েংথোরক্লগা নোকফেৎ

- করম করম তৌবা ঙরাংগী মৌ অনৌবিহুবো—

থোইবা নোকখেবা করিমত্তা তৌদনা মমিৎতু সোরোক মথক-তুদা য়েংলহুনা থম্মোই শেংনা হায়রকই

- ভাই লুহোংবসে হন্দক্তা হোংলবদি জ্ঞান তারনি।

ইঙক ঙক্নৈ পুন্নমক জ্ঞান তাদনা মাবু য়েংই। ★

# কৈদগী শওম

নোংয়াই য়েথ্রবা মতুংনি। ইম্ফাল জেলগী লম্নী তসি য়াইস্কুলগা থা-ৱাং লিশাং শিংনা ফাওনরিবৈ মতমনি। নোংস্থু চুই ফাঁসিগী হুকুম ফংলবা মনাওবী জেল মনুংদগী চেঙ্গোরকই মতুংদা মী অমত্তা তান্নরক্রি তোর্চ লাইট পায়দুনা। ট্রক অমা মথাদরামদগী মমায় অৱাং ওন্দুনা থোরকই মপা চান্নরুদুনা মমাংমত্তদা লাকই। মনাওবী কন্না চেন্দুনা তান্নে, উচিন-নাচিন্না ৱানা য়ান্নদুনা কাদি কাখৎলে, মনুংদা চোংশিল্লি, শ্বব মপুং ফাদে মশাদু পুমলাং লাংই। গাড়ী চৎপগী হাইবগা ৱাখলগী লাংবগা অনী চপ মান্নে। অসিগী মথক্তা বাগিন অকোপ্পা অমনা য়েৎলোম-মায়রোম হাইদুনা কন্না মেন থারী।

খরদি লাপথোরক্লে অদুবু তং তাদে কোকচাওবী কারি। ট্রক অসিবু নম্বরকা উরমগদরা— খওলমলবদি ইরাই শাইনা উন্নখিনিদকো মখাদি ... ... ... ... থোরি কোকচাওবী কায় লোইশিনবা ঙমদে, অমুক হৌরকই ঐনা চোংখৎলকপদুবু উরমগদরা ... ... গাড়া নম্বর খওলমগদরা, খওলমলবদি ... ... ... ... থোরি লোইশিনবা ঙমদে। অমুক হৌরকই ... ... ... ... অমুক হৌরকই।

নোংঙাল্লমদাই য়োরে মুমিৎকী মঙাল খরা লাকপগুম তোরে।

উ-ন্নাগী মশক খরা খরা উরক্লে। ট্রকতু কন্না থৌরক্লি মতুদগী হেন্না কন্না থৌহন্নিংই মরমদি নোংঙাল্লকপগা মখোয় লোইনা মায়কৈ মরি শিনথুংনা থিরক্লনি। গাড়ীতু অৱাং পাংনা থৌবা মাল্লি নুমিংকী মায়কৈ য়েংলুরগা, হৌগৎতুনা য়েংলবদি মফমতু বদাই য়ৌরবগে মখঙবস্তু য়াবনি অতুবু য়েংনিংলুদে খিত্ত ফাওবা কাংখৎলুদে লেঙদনা লৈ। থেক-কোই য়াম্না তৌখ্রেদা কোনা য়াম্না লৈমাল্লে ফম্বতু হেক হেক ছিপকে তৌই ডিমাপুর লাইন ওইরমালে— কৈ মতুনতুম হেন্না কৈ য়ারবদি বোম্বে ফাওবা য়ৌনিংলবজাৎনি।

ঘড়ী অমা য়াওতুনা পুং খঙগদবা নত্তে মতমসি কদাই য়ৌরবনো খংদে। গাড়ী থাম্মী। পুলিসনা থামলবরা মনাওবী কোকচাওবা কায়, মম্মিৎ উইশিন্দুনা থাংই। পুক্লিংনা য়ৌখি হা গোবিন্দা, হা কৃষ্ণ, তু শিদবা, সনামহি, মহাদেব, য়াইবিরেল, হে গুরু, লাইরেম্বী লাইরেম্বা, হো ইবুধৌ ………। ড্রাইভরতু কুমথখি হেন্দলমেন ওইরমালে অমস্তু চোংথখি। মনাওবী মম্মিৎ ফাওবদং থিনগৎতুনা য়েংই। ও! মাওনি চাক চাবা ওইরমালে।

ডিমাপুর য়ৌরে মফমতু য়ৌরগা মখোয় অনি গাড়ীতু থনম্নগা চৎখ্রে। মনাওবীস্তু অসি য়ৌরবদি য়ারেদা খন্দুনা ফন্ন চোংথৈ, নাক-য়েৎ কোইয়েং য়েংই পনথদে ট্রেন ষ্টেসন অদোমলোমদা চঙশিল্লকই।

লম্বীগী দলাম্না শাংনা লৈ। মথক মখা তুনা মীশিংনা অমত্তা তুমিন্না লৈনদে মহৈ মহৈ তহা তহানা পংচৎতা চৎনৈ, চেল্লপ তৌবস্তু য়াওই। মফি নান্দবা নুপী খরস্তু প্লেটফোর্মগী মচিদা মশাগী ফিগোন মথক্তা ফমতুনা লৈবা উই। শারীতু চবৎনরে অতুবু মমায়দি হন্দে মমিৎতু মুশিন মুনা য়েকই, চীনবান ঙাংই, নাতোম্দা য়াম্থৈ। মতম-বাক্তা লৈরিবা পিক্লিবা অঙাংতু ফাওবা মমিংতু কাথি শানা য়েকশিল্লী তুপারা তুপীরা খঙদে। ঐখোয়গী অঙাংদকা ওইরুরবদি মতু তানবা হোৎনবদা মম্মিৎতু হল্লুরনি।

মনাওবী নুপানি পুক্কী অরান্বা কোক্লবা মফমদুদা পোৎ হোন্দোক হোনজিন তৌদুনা পৈশা খরা ফংনবা হোৎনৈ। করিনো খরা চাক্লগা ঙৈসনগী চৌক্রি পরেং থারিবদুদা ঙহাক ফমদুনা লৈ, খবেৎ তৌরুর-মালে মমিৎ পাংথোরকপদা দারুগা অনী মমাংমক্তদা লৈরম্মী। শাই লাওই জেলগীদুরা, কোকতগী তোন ফাওবা হকচাং পুম্বা চাইথোকখি, মিহুন হুন্দে মশাদু উফুল মরিবমুক ফাহৌদে। দারুগা অনীদু মৈথেৎ পুথোকতুনা চুরুট চম্নগা চৎখি ফনা শাংনা চৎপ্রবা মতুংদা মনাওবী জ্ঞান লাকই। চাইথোকলুরবা হকচাং বয়াৎশিং তপ্না তপ্না চিংশিল-লকই কোক লৈরকই মিহুন হুল্লকই। মনাওবী মফমদু তমথিরকই, মহাক হৈনরকত্রে হৌগৎলকই। তপ্না তপ্না থাবা হৌরক্লিবা ট্রেন অদুদা ফন চোংখৎলকই মফমদু অদুমক থাদোরক্লে।

খোংনাং অচৌবা অমা হৌবদুগী মখোংদা মনাওবী ফম্মী। নুপীমচা খরা লাকই মৈতৈ ওইরমলে মৈতৈলোন ঙাংনবগুম ওৌই ফিজেৎতী ফনেক মথকতা সারী মচা অমা শেৎলী। মনাওবী হৌগৎ-তুনা হংলকই

- ইবেমা হোজাই হায়বদু কয়াম রাৎলিবগে ?

নুপীমচা অমনা

- মসি হোজাইনি।

য়ুমশিংদু থোইদোক হেন্দোক্লা ইনাক-কৈরাক খুনবা পংয়াও য়াওবা মানদে, ময়ায় ওইরপ লৈবা নাল্লি। লমদি লমজাও ওইনা ওৌই। য়ুবী পাম্বী ক্বা পাম্বীনা মরাং কায়না হৌই। মখোয়শিংদুবু উবদা বুশ্নে ওইখি মুংঙাইবা ফাওই।

মনাওবী মফমসিদা থবক অমত্তা শুজগে হায়দুনা কোইহং হংবদা খুদোংচাবা অমত্তা ফংদ্রে। মীওই কয়ানা মাগী মাগী মথৌ শুদুনা তং তাবা পুন্সি অমা লেল্লিবদু উবদা মহাক কল্লকতবা ঙমদে। কাইনথংদা পংচাও চাওদবা উ-শুবা নুপা অমগী মথাদা চাবদা থাকপিয়ু পৈশাকা লৌজরোই হায়বদগী য়ানরে। মদুদা 'মহাক ক্লাওরে।

শোরোক মপান্দনি উশঙ্গ, থবক শুনা শুনা লম্বীগী চৎথোক চৎশিন কুম্মৈ লোইনা উবা ফংই। নেনা হায়বী চুপীমচা অমা মনাক্কী হোটেল অমা লৈবক্তুদা শঙ্গোম পিবা হেক হেক চৎলি। করিগুম্বা মতমদস্তু উশঙগী মপুক্তুনা মঙোন্দগী শঙ্গোম লৌবস্তু য়াওই অক্তুগা মরক মরকতা নেনা থুমোক অমা পায়ক্তুনা আরামদার, উচেৎ খুনবা লাকই। মক্তুনা ভৌবক্তুনা নেনাগা মনাওবীগস্তু খরা খরা খঙনবা হৌই।

মপুক্তুগা চুপীমচাক্তুগা শঙ্গোম লৌবগী পৈশা পিথোক-পিশিন ভৌনরি। নেনানা

- ঙরাংস্তু পীদে মামা। নহান নোংমা অমস্তু পীখিদবনি ঙসিগী-সিগা পরা মঙা পুরা ফারবনি।

মপুক্তুনা পৈশা পী। নেনানা মনাওবীদা হায়ক্কেৎ য়েংলম্মগা 'নঙদি করিমক্তা খায়ত্রা' হায়রম্মী মনাওবী করিস্তু খুমহৌদে।

চুমিদাংবাইরম অমা নেনা আরামদার খুল্লী। মপুক্তু লৈতে। মনাওবী মথক্তমক লৈ, মমিৎতু ফলপ ফলপ য়েংঙকই।

খঙহৌদনা হায়দোরকখি

- নেনা নঙ খাইদা লাক্কনু

- কৈদোরে ?

- ঐ নবেবু চুংশি।

- আয়া !

মরৈ শৎ তিংথোকলম্মগা য়াওবা য়াওদবা থুমোকতু পুরক্তুনা চেনখ্রে।

মথংগী চুমিৎতুস্তু নেনা মফমসিদা লাকই। নিতিগীদগী ঙসিনা খরা হেন্না কেবা মাল্লী। মশমক্তু থাও নন্না তৈরগা বেনী অনী হায়দোকই। মরাইবক্তা সিন্দুর অমা কল্লকপেম্মা নম্মী। মনাওবী মানা লাকপক্তু লাপ্পীডৈদগী উই। অঙাং গুইরবস্তু ঙরাং ফানশিন-খিবক্তুদগী ইকায়গুম করিগুম অমা ফাওই, উশিন্নদনা পাঙ্গল থেক্লা আরামদার নাল্লী। নেনা ঙহাক অক্তুরাইদা লৈ। মনাওবী করিস্তু ঙাংলকতে। ফনা কুইরবা মতুংদা নেনানা

- মামা নঙোন্দা পৈশা খরদি লৈরমগনি।

- নোই নমাতোন্না থোৌরক্লবরা ?

- থোৌরকত্তেদা, কাওগনু হায়বা।

- কাওদে কাওদে হয়েংদি সের মখায় অমা পুরকউ।

- খরত্থুম হেনবিরক্কে।

মনাওবীনা য়েংথোরকপগা মিংচান্নে লুমঃ চহি ফনা খেন্নরবসু পাখং লৈশাবী হায়বসিদি থম্মোই কিশি বিনৈ।

অনীমক খর খরদগী অরোইবী য়ৌখি নোংমদি য়ুমবানবগী লম্বীদা মখোয় অনীমক চঙমিন্নখি। য়ুম্বাল্লবা মতুংদগীদি মনাওবী উশঙদা লৈরম্বতু য়াদ্রে, মফমতু থাদোরক্লে। খরা লাপথোরক্লগা শঙ্গোয়গুম করিগুম লৈবা মচি অমদা ভারা কা অমদা মখোয় লেল্লকই। মনাওবী হান্না লৈরম্বা চাংদগী পুন্সিগী পোৎলুম তংখায় অমা হেনগৎলকই। হান্নদি লৈত্রগসু তোকথোকপা য়ারম্মী হৌজিক্তী মতু য়াদ্রে। অরাপ-অনক থিদনা কোয়চৎ চৎতুনা শেল তাল্লকই। নেনাসু অতুমঙাই ময়ুম পানদ্রিডৈদদি তোর্ব্বান্দা খরা শান্ন, শল মখোম শুম্বা খরা য়েং লেল্লম্বতু য়াদ্রে। করিবু শুশিগে থল্লী শন্থিগী শীংতু শেন্না শেন্না অত্থবু করিবু ঙমলুনি মশা লুম্নলক্লবি মানা।

নেনা মমিৎ মমায় পাংলে। মনাওবীতু নুংশানগা শাবনে চাই-রুংকা কুশিৎ কুৎশিনথ্রে মখোয় অহুমগী চেংজেল তানবদা।

নেনানা হেক হেক পোৎ লৈবা তুকান অমা লৈ। মতুগী মুপাতুনা নোংমদি থবর অমা পায়তুনা নেনাদা হায়রকই

- নেনা খম্বতু থবক অমা তৌগেরা গ্রেট ফোরগী থবক খরা কৌরি।

মনাওবী মফমসিদা খম্বা কৌই। মতু হায়রুবা নুমিৎতগী পোৎ লৈবা লৈদবা নেনা নিতিগী তুকান্দা লাকই। থবকতুগী মরমদা হংলৈ ওইননবা হোৎনবিয়ু হায়রৈ। হায়গুম ভোগুম তুকান্দারতুনা হোৎন-বিবদগী হায়গদরা মরাইবক লৈবদগী হায়গদরা মনাওবী থবকতু য়ারে

কারো হায়রে। নেনাই মতৈ-মনাও মুংঙাইবগী হায়নিংঙাই লৈতে। খর চাওনা চাওনা হোল্লী শকফম অনী মকা সাগ্লে। মুমিদাংবাইরমতুদা পংচাও চাওদবা ঙা মচা অমা পুন্থনা লাকই। মমাংদদি খঙদে মখোয় অনীনা যুমবানবদগীদি অসিগুম্বা ঙা কাসে অমুক্তা মায়োক্নখিদ্রি অতুবু পেনখিবনা পাম্মুদনা পুরকই ফুকান্দারতুগীদমক। চেপথ-চেপথ য়েংবতদা মহাওদি মখোয়সু খরা ফংহৌই। মুমিদাংতু পুন্সিগী খাইদগী মুংঙাইবা মুমিৎ ওইখি।

মনাওবী ময়ামগুম ওফিস চৎনবা মতমদা চৎখি কুমলকপা মত্রমুদা কুমলকই। য়ারবসু পাঙ্গল লৈ, হেক হল্লকপগা মচা পম্মী শান্নমিন্নে।

নোংমদি মনাওবী মায়থোং মকশিন্না মতম কায়না হল্লকই। নেনানা হংলকই

- কৈদৌরে ঙসিদ্দি য়াম্না ঙল্লিনা। মনাওবী খুমদে। মুমিদাংঙ্গা তপ্পা

- নেনা ঐখোয় মফমসি থাদোক্লসি। নেনাহু পুমঙক ঙকই।

- ঐ থবকতু থাদোকসমল্লে। নেনা কা ঙাংদে।

- ঐনী থবকতু মী হাৎপগী থবক ওইরমনেনে, ঐ ফঁাম্নিগী খোরি চিংবা ঙমলোই, ঐ মী হাৎপা ঙমলোই, ঙমলোই ঙমলোইনে হায়রগা কপানিংঙুম লৈরম্মী।

নহান মথৌদি মহাক শাখোন-ইখোন পুন্থনা য়াম্না কোম্না লৈরবনি অতুবু ঙসিদি ফঁাম্নিনী থকুম অমনী মহাক চেমক্লে।

অহিংতুমক্তদা মখোয় মফি য়োম্মী। নোংঙানবা ঙাইঙমদনা গাড়ী থাফম তান্না লাকই। ময়োমশিংতু মপক্তা হাপ্পা য়ারম্না হাপক্লে খরনা মশাগা কোম্নরে। টিফিন-নাচিন্না ফমকমদি কংলে। গাড়ী ষ্টার্ত তৌরকই। নেনানা হংলকই

- ঐখোয়না চৎমিনবদিনু কনাইদনো ?

মনাওবী পাক থুজল্লকতে মাবু য়ুম্না য়োল্লহম্না লৈ, মিৎয়েংতু মচাদা লৈথরক্লগা

- য়াম্নী শ্নাথৈ-নাতৈনী মনাক্তা। গাড়ী খোৎলকই। ★

# অচুম্বা

ঙসিদি সি.সি.মিট কী ফুটবোল ফাইনেলনি হায়দুনা সরকারগী লোইশঙ পুন্নমক হাফ হোলিদে লাওথোকখ্রে। পুং ১১ তাদ্রিঙৈদগী মহি-মহি পংচৎতা চৎনখি। পুং অমা তারকপদদি ওফিসতা মী অমত্তা লৈত্রে। মথক থংবা থ্বাইগী মতোলগী কাদা মীওই ৫/৬তি ফম্মী। মপান্দদা দ্রাইভর ওইরমালে মী ১/২গা সেক্যুরিতিগতা ঙাওয়হৌরে। থানিলজাও ঙাহৌ ঙাহৌ চৎতুনা লৈরী, ওফিসকী থারিবা লৈশিংদু য়েংই করম্বনা শাৎকদৌরিবা করম্বনা পোমলি। তাঞ্জাসিদা চৌকিদার লাকতুনা হায়রৈ ওফিসারনা কৌরি। থানিলজাও চেনখৎলকতুনা থোংদা লেপ্পী। ওফিসারনা

- তাদা চৎখিবা য়ারনি।

থানিলজাও তপ্পা সো......সি......থমজ...

- পুখ্রো য়ারে, হয়েং অয়ুক পুং ৬ নংনবা লাকউ।

থানিলজাও মুংঙাইনা দলানগী সিড়িশিংদু কুমথরকই। সরকারগী অঙৌবা কারদু মরনাই থৌদুনা ময়ুম মায়কৈ তমলকই। অসুম্না হল্লকপসি মাগী বাখল মপুংফানা মুংঙাইবা মুমিংনি মরমদি লনাই কার থৌরকপসি মাগী থবকী মহে লোকপগুম। কৈথেলদা চঙতুনা পোৎ-চৈ থরা লৈরকই।

য়াগী কোম্থোংদু কুমথদুনা মথন্তা হাংদোকচরগা কারদু থৌজিল্লকই। মচাশিংদা হংলকই

- নমাদি ?

- হল্লকত্রি।

তুমিন লৈ, রুমাম্না য়োম্বা ময়োমদু মচানুপী অহন্দা পিশিল্লি, চাকখুম-লোমদা পুশিনখি। থানিলজাও মফি-মরোল হোংদোকপা লোইরে। দারী মচিন্দা ঙাইহাক লেপ্লী, ইংখোলসিবু করি থাজিনবা করি ফুকতোকপা পুক্লিংদা খল্লি। কোম্থোংলোমদা য়েংই হৌজিক ফাওবা মাগী নুপী হল্লকত্রি। হয়াইমতোন থারিবা শম্বলদু খরা শেমজিল্লম্লগা ইমুংলোমদা অদুম চঙলক্লে।

সন্ধ্যা ওইশিলক্লে, মপানা চাকখুম্মাংদুদা য়েঙ্খাং শেম্মী মচানুপীনা চাক থোংলি, মচাশিং মনাকতুদা ইকোয় কোয়না লৈ। থানিলজাও মচাশিংদা

- মমশিল্লক্লে নমাদুবো কৈদৌরবনো হৌজিক ফাওবা লাকত্রিব-সিবো, মৈ অমত্তং মপান্দা থাল্লুগেরা।

ইতোন তোনবগী মথকতু হৌগৎলকই, হৈবোই হেতবোই পোদোন মচাদু লৌরগা ফুঙ্গাদগী মৈ চম্মী। মখুৎ নামনা খল্লদুনা মপান্দা থোকখি, হঙ্জিলকই। মপানা

- কদাইদা থনমলে ?

- মাঙ্গোলগী খ্বাইদগী মতাইদা......

- ফরে ফরে......। থোংদি লোনশিল্লম্বরা ?

- লোনশিল্লমদে, দাদা ফমুংদা লাইরিক তৌহৌরিয়ে।

মপান থোকলুবা মচাদু ফমফম শেমদুনা ফমথবতা ঙায়রি ময়াম্বনা লাওরকই ইমা লাকএ।

চাকখুম্মাংদা লৈরম্বা অঙাংশিংদু য়া লাওনা চেনথোকখি। মচাশিংনা য়োমলদুনা লৈরিকতোম্বী চঙলকই। হন্দকতি লাইরিক তৌবা মচা অচৌবসু মতুং ইন্নরকই। মানা পুরক্লিবা থুমোক-তাইরুকতু নিতিগী

থমক্কমদা থম্নলগা হংলকই

- মেমচৌবী করি থোংলি ইমাদি ঙসিদি থেংদোকখিত্রনা করি মত্তা লৈরকত্রেবু

- ইমা বাবানা য়েলাং লৈরকএ অত্থু থোংলিয়ে

- এঃ ফরে ফরে। মখা তাইকই, চেংসু ঙসিদি ইমা খাকলকত্রেকো হ্য়েং অয়ুক্কী কোম্নখিগদবা ?

- হ্য়েং অযুক্কীদি চি ল্পাওনা কোম্নখিবসু য়াই অদো ইমা হয়েংদি খাকলকতবা য়াররোই।

- খঙে খঙে।

মপাত্থু হৌজিক ফাওবা করি অমত্তা হায়রকত্রী। য়েঙ্খাং শেমলম্বত্থু লোইশিল্লগা ফুঙ্গা মনাকত্থুদা ফিদা অমা চিংশিল্লগা খোঙ্গ্যাই চন্দুনা ফমথে, ব্রাইত্থু খরা হোৎত্থুনা মৈরি চাওহল্লি। মমাসু মনাকত্থুদা ফমলরে শেঙ্গাও মচাত্থুদগী পৈশাশিংত্থু লোইনা পুথোরক্লগা থিরকই। মত্থু ফাওবা থানিলজাও তুমিন লৈরি। লৈরিকতোম্বীনা

- সে ৬০০ তগী ১৮ তাবনি

থানিলজাও লৌরগা থি, ঙসিবু মোম কয়ানো ?

- মোন অহুমদগী কিলো ১২ তাবনি

- ছাম্নগী কয়া য়াওবা

- তরেৎ মথায়

- তরাহুমদোই ব্বংলিবসিদি ?

- নহান অচৌবগী খোংগ্রাও তুবত্থুগী অতুমন পিথোকলমলে।

- অত্থুওইরবদি চুম্মে চুম্মে।

লৈরিকতোম্বী চেংগী কারবার তৌবনি মাগী থুম্তৌ অসি তুকান্দ ফমত্থুনা তৌবা মম্তে, পোৎকম ফমত্থুনা তৌবসু নম্তে। নোংমগী মিলদগী লৌরগা থুমোক্তা পুত্থুনা ২/৩ লক ওন্দুনা থুম থুম থুদীংগী চঙ্গুনা তৌবনি। থানিলজাওগী অমবকী মথকক্তা লৈরিকতোম্বীগী প্যাঙ্গলনা হাপকৎত্থুনা শেল-য়াইগা কাঙ্গুনা ইমুং অমি পুই, অদুবুনি লৈরিকতোম্বীনা হেক্তগা থানিলজাওনা হিসাব তৌরিবা।

সরকারগী থবক তৌবা হায়বসিদি থা ১/২ তুলব ফংদবসু য়াওদবা নত্তে অতুবু মতৈ-মনাও অসিগী সোর-সিধা অসি উবদা মত্ত ফাওবা মিলনা মখোয়গী মপুক পুথ্রবনি। থানিলজাওসু খল্লি মাগী চেংগী কারবার অসি ফৈ। লৈরিকতোম্বীনা

- চেংসে শোৎপা পীরবদি মন ৫/৬ হেন্না চৎকনিদো।

- হুম শোৎপা পীবা য়াদে, মতু থোনবদা থৈ তমা ওইগদৌরিবনি অমাংবা গুনথ্রবা পৈশাসে য়াম পীনিংদবনিকো। মথা শমথরকই মতুদগী থোরুরে খৎনব-নি হেনগৎকদৌরিবা, খৎনরবদি পোংশিং রাংলকপসু য়াই মতুগী শরুকপুদি য়ামদ্রবসু য়ামদনা নাননা চৎপসিনা ফৈ।

অসুম্না পানবা ইমুংসি নোংমদি ইখঙ খঙহৌদনা দশা তাখি। থানিলজাওতু অহিং হল্লকতে অতুবু ইমুংনা খনজৈ করিগুম্বা মতমদা মহাক থেংনা হল্লকপা য়াওই মরমদি মহাক্তী অচৌবগী গাড়ী থৌবনি। নোংঙানবদগী মুনবোই মুনদবোই চাক খরা যোৎলগা খা-রাং মখোংনা চেং মোন কয়া পূরুবি লৈরিকতোম্বী মচাশিংগা চাকতি চাথোকলে অতুবু তুম্বদি য়াদে মপুরোইববু ঙাইরি, অথেংবদা নিদ্রানা ঙৈহাক্তী নমখি, কুইদে মিকপ থোকলকই মচাশিংদা হংলবই

- নপাবো কনাগী গাড়ী থৌরি হায়বগে মাগী হান্নগী ডাইরেক্টরগী থৌরিবতু থৌরিবরা ?

মচানা অতুদি কুইরেদা হোংখিবা

- হৌজিকপো কনাগী থৌরি হায়বগে ?

- খঙদে।

লৈরিকতোম্বী রাখলনা তুম্মী ওফিসতা হংলুসিরা অতুসু ওইথোকতে অহিংসিদা লাপ্পী, ওফিসনা কদাইদা.........।

নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপতুদা মচানুপাতু মফি শেৎহল্লি 'চৎশি ইমাগা থিরুসি'

চৎপমখৈ চৎলুরগা মফম খঙদনা হল্লকই মমা মচাতু। থংনবা য়ুমগী মনিতোন মখুৎতা খবর অমা পায়তুনা লাকই

- ইতেমা খবরদা য়াওরিবসিবু অচুম্বরা ?

- ইবুংঙো করি য়াওরিবগেনে.........ঐখোয়স্তু খঙদে নঙ তাদদু ঙরাংদগী হুল্লকত্রী, খবরদা করি হায়না ইরিবগে অমুকতা পারকউ। মনিতোম্না পারকই—ঙরাং নুংথিল পুং ২ রোম তাবদা সেনাপতিদগী ইম্ফাল হায়গৎলকপদা মশক খঙদবা মীওই খরনা সেক্রেটরীগী জিপতু হুরান্দ্না পুখ্রে। সেক্রেটরীবুনা নোংমৈনা কাপলমলে, মতুংদা তোংবা মীওই অনিস্তু ফুরমলে অতুগা ড্রাইভরদুদি গাড়ীদু থোহনখ্রে।

- ইতৈমা তাদবু হৌজিক হৌজিক সেক্রেটরীগী থৌরিবদাইনে।

লৈরিকতোম্বী হায়রিবশিংদু অদুক য়াম্না ভাব তাদে করিনো তৌরিবসিবো হায়না মমায় খুমখি।

থানিলজাও আর্মিনা ফংখি মচিন হংবা ২/৩লক শুরে অদুবু 'খঙদে' হায়বা নত্তনা করি অমত্তা খুমদে। মশাদু হাম্নগা খরা কংবনে, চানিংদবগী মবুকস্তু খরা হাপ্পনে, চৈনা খাংবগী খরগা শুগৎপনে হাপ সাটতুগা মীওইদু য়েংবা নুংঙাইতে। খঙদে হায়রকপদা হেন্না ফুজিল্লি তশেংবদি থানিলজাও খঙদবনি মরমদি মহাক খঙদে।

লৈরিকতোম্বী কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনৈ। লৈকাই মবুং মৌপা-শিংগা অদুবু কৈদৌনি থানিলজাও সরকারগী থবকতগী সসপেণ্ড তৌখ্রে। কনানস্তু থাজদে থানিলজাওনা অসিগুম্বা থবকতা য়াওরমগনি হায়বা লৈরিকতোম্বীস্তু থাজদে অদুবু নুপী-মুপা পুন্না অঙাং অহল খাক্তনা রারী শান্নরকই থানিলজাও আর্মিনা ফাখ্রে নহারোল য়াওরমাল্লে। লৈকাই লৈকাইদগী খুল খুল য়ৌনা খোম্থাং য়ৈখি।

লৈরিকতোম্বী মহাক্কী মুপাগা অমুক্তংদি উন্ননিংলি, করি করম তৌখিবনো হংনিংলি। অখঙ-অহৈ কয়াদা কোয়চেন চেন্না হোৎনজে অদুবু উপায় লৈতে। থামুক্কী মতুংদা পুলিসতা শিন্নরক্রে, হেক শিন্নরকপগা লৈরিকতোম্বী মনিংতানগা লোইননা চেল্লকই, মপুরোইববু উবমকতদা মপি তাখি রাদি ঙাংদে। থানিলজাওস্তু মখোয়বু উই।

ন্না ঙাংবদি হৌদ্রি লৈরিকতোম্বী কপথি।

- করিন্নো নঙনা তৌরিবসিবো ?

থানিলজাও খুমদে।

মখোয়না করি হায়রিবনো ?

- মখোয়শিংছু কনা কনানো হায়য়ে

- কনা কনানো ?

- খঙদে।

- হৌজিকপো নঙবো থোরকপা য়ারবরা ?

- য়াদ্রী, মখা তানিংদনা তাথরকই। করি করিনো য়াম্না হংগ্রেদা

- অদো নঙস্থু করি করিনো খরা হেক খুমদোকপ্রোদনা।

- লৈরিক ঐ করিমত্তা খঙদেনে, ঐনা খঙদে হায়রিবসে অচুম্বনি অচুম্বসিবু অরানবা ওইরদরা ? ঐদী অচৌবগী গাড়ী থৌবনি অচৌবগা মখোয়গা তৌনবনি।

মতম লোইরে কায়ননবা হায়রকই। মনিতোম্না জ্ঞান তানা

- তাদা ঐখোয়স্থু য়াম্না কন্না বেলদা লৌনবা হোৎনরি।

থানিলজাও তাবদমক তায়। মখোয় চৎখ্রে।

থানিলজাও ঙসি কোটতা পুথোক্কনি লৈকাই হুপ্পা হোৎনহুনা মহাকপু ঙসি বেলদা লৌথোক্কবা হোৎনরি। লৈরিকতোম্বী পুং তাবা ঙাইঙমদে।

উচিন-নাচিন্না বেলদি শৎলে। মখোয় ময়াম হরাওনা কোটকী কান্নুংদগী থোরকই। লৈরিকতোম্বী খ্বর খরা চাওরপ্পা

- ইমাইপেমা মখোয় বেলকাসিনা করি হায়রিবনো খঙদে, মপুরোইবদা য়েংজে।

থানিলজাওস্থু য়েংলক্লগা

- নঙগী বেল্লীং বেল্লাংকা খঙদে ঐনা খল্লিবদি ইংখোল-শম্বলহু কমদৌরি লৈকাইগী মরুপ অচৌবহু কমদৌখ্রে...... অঙাংশিং স্কুল কারিবরা ?

মতৈ-মনাও গেট লানথোকপদা ঙায়রি সিফাই খরনা তান্নরক্লগা থানিলজাও অমুক ফাখি। করিনো ভারতকী নিয়মসিবো, মসিনা মখোয় কায়নবা ওইখি।

থানিলজাও পেন্দবা শাওনিংবনা হুই অঙাওবগী পুবচেলংম্মী। থানাগী পরিকোরদা অমুক যৌরক্রে। মচিন হংবা বাবু খরা চঙলকই। হংই। থানিলজাও খুমদে মুংগী অশাওবতু মপান থোরকতুনা খুনিংনা থিনখি। বাবু সাহেবতু উপথুননা য়োৎকি শারংদা তুশিনখি, মকোক কাযখি, ঈ তাই। মতুদগীদি থানিলজাও শো লোনথ্রে অমম্বা কা'নুংদা কনাগস্থু উন্নহনখিদ্রে। ★

# খুৎশুমল

- রিক্সো রিক্সো, ঙাইখোও।

- কদাই য়েংগদবনো ?

- হোস্পিটাল চৎশি,

- কদোমদনো পোরোমপাৎতরা, আরঃ এমঃ সিদরা ?

- পোরোমপাৎতা ।

জন্মস্থান গাড়ৌ থাবমদগী পোরোমপাৎ তম্না থৌগৎলকই। থোঙ্গাল য়ৌরে হৎলকই

- কয়া লৌনি ?

- মঙা।

- সে, তরাচৎপী অমা লৌ।

মহাক্না মাপী ফুরিৎখাওদগী পৈশাশিংছু লৌখোব্রগা মঙা চৎপী য়াওদরা ?

- য়াওদছুন্না তৌরিবনি।

- অম ঐঙোন্দমু য়াওদ্রে, মরি য়াওব্রগা মরি পিরকওনে।

- ঐ দুকানসিদগী কায়রুখিগে ঙাইরমখো।

- খন্না থুরকউকো।

পাদ্রে, মহাকৌন্দ লুপ্পা মঙা। মমায় লৈছন্না চৎত্রে, ফুট ২০ মুক

কাদ্রী নাকন্দগী নুপা অমনা লাওরকই রিক্সো বজার হায়গৎসি।

- য়াই।

- ঙাইখো কা অমত্তা চারকখিগে

- খরা থুবিরকউ।

ঙাংনরিবত্থু নুপীমচাত্থুসু তাই, হুম খরা থুরকউ খরা থুরকউ নঙ খুপাক চাররনি, অহুক চিল্লবদি রিক্সোত্থু থৌরুরমু, মমিৎতু য়েংনিংদনা য়েংলম্মী। নোংমসু মশা নাল্লবী মশক মতৌ চঙখোল্লবী মপাননাইবা মথকতা মোইরাংফি শারী শেৎপী অমনা কৌরকই,

রিক্সো, দিঃ এমঃ কোলেজ কম্পাওন্দ চৎশি

রিক্সো ড্রাইভরনা খল্লি ফরেদা মায়কৈ চুম্নরে। থৌগৎলকই।

-রিক্সো খরা কন্না থৌ পুং তারে।

ফোর্স পী খোঙনেৎতা।

-য়ারে য়ারে খাম্মো।

রিক্সোত্থু খামদে মনুং য়ৌনা থৌজিল্লি।

-য়ারেনে খাম্মো।

শুকথাম খামদে সাইকল সেট য়ৌনবা থৌজিল্লকই। ঐনা থেংঙে হায়ত্থুনা তৌরিমালে মসি ড্রাইভরসে, খঙ্গে।

কয়া লৌনি ?

-খঙদে কয়ানো খরা হেক্তা পিরকও।

মাসু তহা-তহাই। নুপা অহুম সাবন মথক্তা থনমলগা ক্লাস-রোমদা চেনশিনখি নুপীত্থু।

ওজা তোলচৌ ইচম চম্বা স্কুল অমগী ওজানি। হন্দক চহি অসিদা গভরমেন্টগী ডিপুটেসনদা বি, এদ, ট্রেনিং সেন্টর অসিদা মহাকসু ট্রেনি অমনি।

মফম অসি মতিক চারবা ওজা কয়ানা লৈতেংলবা মফম অমনি। ওজাদগী হেন্দোকত্থুনা মফম অসি স্বদেশ ভক্ত কয়া ঈশৈ, জগোয়দা

হৈথোই শিংথোইরবা কয়া, মিষ্টর তারবা হকচাং কয়া অমদি ডাক্তরগা মান্নরবা ডাক্তরদগী হেন্দোকতুনা থৌ তৌবা মাইবা ফাওবনা পুন্নবা মফমনি।

হন্দক ওজা তোলচৌনা রিক্সা হেক হেক থৌরগা সেণ্টর অসিদা লাকই। মাগী রিক্সাতু সাইকল সেট অসিদা থম্মী। সাইকল, স্কুটর, লুনা, জিপ, কার মখোঙ অনী পানবা অমদি মরি পানবা গাড়ী মখলশিংদি হৌনশানি অতুবু হন্দক মরি-মঙানিসিদা মখোঙ অহুম পানবা অমা নিত্তিগী য়াওরকপা অসি মরিং-মরাংই। হুংনরকই কনাগীনো, কদাইদগীনো? চিনথ্রবসিদা রিক্সা অমুক থাজিল্লিবসিবো। অমনা খুমলকই হে ওজা তোলচৌগীনি। অমনা অমুক হুংলকই

- মানা তোংহুনা লাক্লিবা?

- নত্তে থৌহুনা লাক্লিবনিনে।

কাবক ঙক্লবা জাংনি ময়াম্না হুংই অওইবরনে?

- থাজদ্রগা হুরেন চংখিবদা য়েংঙু থৌরগা চংখিবরা হায়না।

থোইদোক্লদি থৌশানরুদে মাবু য়েংনবকা মতম লৈতে, করিনি হায়নদি থৌশারুনি, অতুবু ঙসিসু থৌজিল্লক্লে ওজা তোলচৌ ফাষ্ট পেরেত নঙনবা ক্লাস য়াওখ্রে পুন্নমক্কা অমত্তা ওইখ্রে।

নোংমদি ময়াম পুন্না ফমিন্নবা মতম অমদা সোরোজিনীনা

- ওজা তোলচৌ সোমদা অমুক্তা চঙবিরকউনে।

মহাক চঙলকই।

- করি তৌরগে ওজা?

থোইন্নু লৈমনা - ওজানা রিক্সা থৌরিবসিবো করিগীনো?

- পৈশা তাল্লিবনিনে ওজা।

ওজা থোইবীনা - তোলোব ময়ামহুদি কদাইদা থমথ্রবা?

- পুক য়াম্মনে ওজা।

ওজা সুমেরুনা মী কয়া চাবগেনে ওজা?

- তরেং

- ইঃ ৭ পো. মী য়াম্বরো ঐখোয়গীদি ১৫ নি, করেম্মরকই।

ওজা সুধামনি - পৈশা তানবসিবু সি নত্রবদি লৈত্রবরা ওজা ?

- ঐগীদি লৈত্রেবু.........

- নোংমদা পৈশা কয়া তারদনা, করম কান্না, থৌরিবা, লক্লরকই।

- অয়ুক পুং ৬তগী ৯ ফাওবা, অহুদগী মুংখিল পুং ৪দগী ৭/৮ ফাওবা, করিগুম্বা মতমদা থরা থেংবসু য়াওই ।

- চাকনা কদাইদা চারিবা

- হোটেলদা চায় !

- ওজাবো য়ুম কদাইদগীনো ?

- ঐদী শুগুন্নদগীনে।

- হোষ্টেলদা লৈবা ?

- হোই।

- ওজা চুকান্দ ফম্মুদনা, লোতিকা শাওনিংলপ খুমলকই।

- চাংয়েং তৌজরমল্লবনে অয়ুক পুং ৯দগী মুংখিল পুং ৪ ফাওবা খিংলগা, অয়ুক ওহাক মুংখিল ওহাক ফম্বদুদি পোৎশিং লৈতে, ইচাশিংনা চাথোকপদা লিক্লিশিং হাংলম্মনা হাল্লী।

ওজা ইবেমন্নুংশি উশিংতনা হেরা ওজা, ওজা অমা ওইরগবু ওজাগী মায় খিংত ফাওবা ডাকত্রেদা ওজাবু মুপা নত্রো করিনো অদু নত্তবা অমা তৌদনা

তোলচৌ তপ্পা ওজা মুপা ওইহুনবু থৌরিবনিনে মুপী ওইরমলবদি য়ারমলোই মথা তারকই ওজা য়াম থাইদা তলবকী মথক্তা খুংগুমল য়াওদ্রবদি কোন্নদ্রে।

ওজা লাকত্র ওজা লাকএ মখোয় ডম্না ক্লাস চংনখি।

অয়ুক পুং ৬তা পাটসোইদা নহারোল থরগা সি, আর, পি, এফ, কা কাপ্পবদা মী শিবা য়াওরে, শগোলবন্দ মায়কৈ করফিয়ু তৌরে।

ক্লুংথিলদা অমুক বজারদা কাপ্লবদা মী কয়া শোক্লে; থারা ১৪৪ চলাইব্রে। ওজা ইবেমমুংশি লাইব্রেরিদা লাইরিক অমা য়েংথোক য়েংশিন তৌরিইদা, থোরকপদা কনাসু লৈরমদ্রে। নিতিগী মাগা হেক হেক লাকমিন্নবা ওজা ইবেতোম্বীসু ওসিদি কারককতে। ভেরেন্দা পরিংদা কনা লৈরিবগে থিদুনা চংলিইদো হৌজিক্তা কৈমিহরম্বা লাইব্রেরিয়ান অদুসু উথিদ্রে কনামত্তা লৈত্রে। গেটতা থোরকই। সোরোকতু কনামত্তা চংখিদ্রে।

'ঐদী লাইব্রেরিদা লৈরিইদা কবিমত্তা খংহৌদ্রেদনা করিনো তৌরিসিবো' হনজান্নবা অমা ফাওদুনা মনুংদা অমুক চঙলকই। মুপীমচা লৈশাবিকা ওইরমলবদি পি তারক্কদোবা জাংনি অদুবু ওজা ইবেমনুংশি পি মক্তী তাদে। হোস্টেলদা মখোয় খরা লৈবনি অদুব থোং লোইনা লোনবগুম তৌই অদুনক ওইদুনসু মী অমত্তা লৈরমলবদি হায়দুনা চঙলকই। কনাসু লৈরমদ্রে কাশিংত শো পালম্মী, চংথোকখিব্রা চংশ্রব্রা খঙদে। মমশিল্লক্কদোরে মৌমক ওইরবসু ইবেমনুংশি পি তারক্কদোবা মতাং য়ৌরে। ক্রেক ক্রাক ক্রেক-ক্রাক ওজা তোলচৌ রিক্সা থৌদুনা গেট লোমদগী চঙলকই। মহাক্কপু হেক উবদা ইবেমনুংশি চেনশিল্লকই

- ওজা তোলচৌ, ওজা তোলচৌ।

তোলচৌ সাইকল সেটতুদা রিক্সে'তু থনম্নগা থোরকই।

ইবেমনুংশি নংহৌররোই মতাংগুম ওজা, ওজা ঐবু কৈশামপাৎ ফাওবদা অমুকতা থিনবিয়ু গাড়ী থাফম ফাওবা।

- লম্বীদি মী অমত্তা চৎনহৌদ্রে।

- অদো ওজা ঐদী চৎবা য়াদবনি লেপতনা হায়থরকই বস নংহৌররোইয়ে ওজা।

তোলচৌ চৎকে চৎলোই ব্যারেপ লেপ্পা নঙদ্রিইদা গাড়ী ইন-থোকপা তাখি। মখোয় অনী হায়গৎমিন্নরকই মথাপাংনা। কৈশামপাৎ য়ৌরে বস অমত্তা লৈরমদ্রে। মিনি ওটো ফাওবা মশক উদে।

তোলচৌ খাম্মী, ইবেমম্নংশি কুমথদে অতুমক তোংদুনা লৈ। চুমত্রিং চৎখ্রিবা টিদিম রোড ফনা শাংনা উই ইহাং-হাংই, করিনো তৌগদৌরিবসিবো, ইবেমম্নংশি ন্নং-পান ওন্না হায়রকই।

- ওজা খিত্তগা থৌথখিসিবা।

মুমিদাংবাইরম ওইরক্লে মী মশক লাকশিনবা ঝারক্লে। ইম্ফাল ময়োন লমদমদগী খরা হায়দোরক্লগা ইরাংতুম খরা ফবোই নীংই। মী-নুং খরা চৎথোক চৎশিন উই অদু ফাওবা তোলচৌ থৌরক্লি ইবেমম্নংশি খাম্মু হায়দে।

পুংমম মমলে মী মশক উত্রে অতিযাদা থবানমিচাক লৈতেংলক্লে। তোলচৌ থৌবা লেপ্পি, কুমথৈ। ইবেমম্নংশি পাখৎনা হুংলকই

- ওজা কৈদৌরবগে ?

- মৈসে অমুক্তা চমখৎকে তৌবনি।

ইবেমম্নংশি তুমিন লৈ। রিক্সাদু মখা থৌথরকই। থৌরিবা মীনম্নু হুংদে তোংলিবা মীনম্নু হায়দে কদায় তান্না তোংগদৌরিবনো। তশেংবদি ঙসাইনদি পন্নগ্রবনি কৈশামপাৎ অদুবু ফনদি হেন্দোরক্লেদা। তোংলিবা মীদী করিমত্তা চঙদে মচিং ফত্তবা মুপাদুগা অঙাং ময়ামদুগা মনেম অনাবদুগতনি মানা উরিবদি।

য়েৎলোম মাইরোম করিমত্তা উত্রে সোরোকতুদনি পরিং তিংলিবা, থবানমিচাক্কী মখাদা অনীদু লাক্লী। খাম্মুনা মতারকত্রবদা তোলচৌ কম্না থৌরক্লি য়াংলেন তিংখৎনা।

মালোম তুংওইনরক্লে উংলৌ য়ৌরে ফৌইজিং লাক্লনি বেড়ী অমত্তং চমনিংবনি অদুবু তাপ্পা ফংদে। লাপথোক লাপথোরক্লগা করফিয়ুকা লৈত্রে। নম্বোল বজার য়ৌরে, মহৌশাগুম মৈনা পুমডান ঙাল্লমলি। চুকানশিং থোং লোনবা খরা য়াওরবসু য়াম্না হাংলি। মঙ্কমসি য়ৌরক্লবা মতম অসিতদা ইবেমম্নংশি ঝাখল লাক্লি। ঙসাইমথৈ মিহুন চেংগুম-চেংগাম্না ঝারম্বদুদি ফঞ্জে মদুগী মহুৎতা ইকাইগুম করিগুম অমা তৌরক্লি, য়ৌরক্লবা মতম অসিতদা ওজা তোলচৌবু উরক্লি।

লম্বীদা রারী অমত্তা শারকতে, হৌজিক্লা করি শানগদৌরিবা, যোকলকউ য়াদে। ময়ুম মপা হেন্দোকখিগদৌরে খঙহৌদনা থোকলকখি 'ওজা য়ৌরে' তোলচৌ খাম্মী।

- লৈরকসিদা হায়জিনবিরো, মায়োক্লরিবা কোম্বোংসিদা চঙবিয়ু। তোলচৌ হায়রিমখৈ তৌই। ইবেমন্নুংশি ভারা পিবা ঙমদে। মাঙ্গোলতুদা অঙাংও অহলও মী ফনা লৈরম্মী। মখোয়গীদমক ব্লারম্বত্থ নাচুংলুবা তৌদনা ইবেমন্নশিং তোলচৌবু য়েংত্নুনা লৈ। মেঙনা থোরকই

- ওজা ঙহাক্তা লেঙশিনখিসিবা। তোলচৌ তপ্না চঙলকই।

- ওজা করম্না অমুক হনগদৌরিবনো?

তোলচৌ নোকফেৎ ঙসাই থোরকপদৌনা হৌজিক অমুক থোগৎখিবা... ইবেমন্নুংশি থরায় য়াওশিন্না লৈহৌরিবা ইরাংত্নুগা, ওজা হনবিগ্রনুবা ঙসিদি সিদা মেক্লসি।

তোলচৌ খুমদে।

মহাক্কী নুপানম্নু কন্না হায়বদগী তোলচৌ মফমসিদা লেকপা য়ারে। মচা অপিশককা মায়োক্লদে ইবেমন্নুংশি চাকখুমলোমদা চেনশিনখি। ঙসিদী মহাকপু মপুরোইবগী মমাংদা সেবা তৌরগে খল্লি।

মহাক্কী নুপাগা তোলচৌ চাক চামিন্নরি, শরকতা চেল্লকত্নুনা মচিনগী ত্নুকান্দা থোং থিল্লৈ খ্বাইদগী অহাওবা চুরুট উপু অমগা কা জরদা অমগা শাদা অমগা পীরকউ। মানা চানিংবা অমা চাসন্নুকো।

অহিং থেংলে মখোয় লোইনা তুম্নখ্রে। ইবেমন্নুংশিম্নু তুমললি, হিপথরক্লবনি। মমিৎ উইশিন উইশিন্না ঈশ্বরদা খুরমলকই।

- ঈশ্বর ইবুংঙো ঐ লাল্লে, ঐ লাল্লে হায়জরি মানা রিক্সো থৌরিবসে ঐ য়াই, ঐ মাবু আপ্রীশিএইট তৌরি, ঐ মাবু অপ্রীশিএইট তৌজরি মসিমতংদি নঙ খঙবিয়ুকো। ★

## ল্যাই-রা

ইনা কুপ্পা নাখন তাবী মৈতৈগী যুমজাওনি। পাকচাওনা লৈরবা হুঞ্জিল্লবা মাঙ্গোলতুদা ফমনফক অমা থাবদি ঙসি ফাওবদা কাংলকত্রি। মাঙ্গোলগী উখোং অনীতু নিংথৌ পাল্লিঙৈগী উ মাল্লী, মুরৈননা চাওনা লৈরিবতু, মতুগী মথক্তা লৈরিবতুনা অমুক্কা হেন্না নিংথিজখ্রে চৌবোর মওংদা বিম বিমমুক চাওনা ফৈরিবতু। লীগী পয়া পরেংনা কুক-কুক তাংথক নাইনা লেংখ্রিবতু তশেংনমক সেলিংনা খুমবা ইকাইজে। ফক্লাংকাদি হাকুম মচান্নুপা অহনগী য়ুম শাবদা য়েৎ থংবতুগী মচেৎ খরা শিদোকখিবতু লুম্নাং কাংনখিবনি।

নিংঙোল কাগী মথং ফমেন্দা অউন খুদা মচাতুদা অহন্দু হিপতুনা লৈ। মমিৎ পাংথোক্তে য়েৎকা ওইগগী মখুৎ অনীতু থুম্না লোন্নদে খুচাগী মতোন খরা শম্নবগুম তৌই, মচিন্দা করিনো মুরুম মুরুম শোনবগুম হায়বগুম তৌই। মশাতু হৈবী অমুনবমক ওইরবসু গুংশা য়ৈবা হৈবী নত্রে উরুমদা কুইনা লৈরুরবা পৎতবতা ঙাইরবগা অমহানি মশাতু পেত্রেৎ শারে। হন্দক্কী কালেন থা অসিদা চহি ১০০ শুগদৌরিবনি হায়।

অহনসি অনী অঙ্গমলকসু থৌরাং লোইরুরবনি। মনাক্তা মাইবা

লৈ মমিৎ পাঙথোরকই কনাসু লৈরমদে তপ্পা কৌরকই।

- তোমাল্লো

- ইন্দোন

তুমিন লৈখি। মৌ য়াইমতুনা মচিন ময়া শেংদোক্লবা ঈশিং অশাবা পুরতুনা চঙলকই। হৌজিক ফাওবা লোইরমদ্রি, মখুৎ লোয়তুনা মমিৎ উইশিন্দুনা মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লিবতু।

- ইমা ঈশিং অশাবা লৈরে চিন শেংদোক্লবা।

অহন্দু তাবরা তাদবরা খঙদে মচিন্দা শোন্দুনা অহুমক লৈ। মৌতু মিচিনা খারপ য়েংলম্লগা থোকখি।

চাকথুমাংতুদা মৌ অহুম থবক তৌরি থোংবা য়াও শেম্বা য়াও। মৌ য়াইমতু চঙলকপদা অমনা হংলকই।

- লোইহৌরবরা ?

- লোইহৌদে লোইহৌদে কন্না শোলহৌরি ঐ তন্দুনা থোরক্লবনি। এল্লাং শেমলিবী মৌতুনা

- অসুক কুইনা হিংলক্লবসিবু পেনদ্রিমাল্লে, করিগীনো মানা অসুক য়াম্না শিনিংদ্রিবসিবো ?

- খঙদে খঙদে করি লাইরানো অসুক হন্নুরক্কাওবা পোকসু হৌদে, মমিৎসু উই, মনাসু পঙদে, মাই হায়ববু হন্নুরকপগী শোনবা মঙায়রে। করি লাইরানো খিত্তা তমহৌসিবা ঐথোয়সু।

- মাই মাই অসুক য়াম্না হন্নুবা ফাওবা লৈদো শরুক ঐদি খিত্তং নারকপদা হু চাতুনা কোক শিজখিনি। ইচা ইমৌদকা অমত্তা ওৎচরমলোইকো। জো থাও ঙৌই।

মৌ মরিনি চাকথুমতুদা চিল্লোক্লরিবতু। মৌ মরিগুবা অতুদি থবকসু অমা তৌই মাদি মীয়ামতুগী অপূনবা য়ুমবান্দু ঙমজপোৎ নত্তে হায়তুনা ঙম্ভানা চাকথুম তোঙানগ্রবনি। লৈহৌরিবা মৌশিং অতুসু মাগী মতুং ইন্নিংবনা লোইরবনি অতবু হন্নুবী অসিগী য়াকা ঙাইতুনা লৈনরিবনি।

হুন্দক থা ৫/৬ কী মমাংদা লুহোংবত্তা ঙাৱরিবী মমৌগী মমৌ মৌ অনৌবিতু চঙলকই। নুপীতু মচা য়াওদ্রি কেবা-মৌবা খরা লোয়নরি অতুবু মতুংদদি পিক্লিবা অঙাং ২/৩ ইন্নরি। হান্না লৈরম্বা অমনা হায়রকই

- ঈশিং অশাবা থমলম্নবনি অবোকতু চিন-য়া অমুক্তা শেংদোক্লবা ………। মৌ অনৌবিতু চৎখি অঙাংশিংতুগা, ফনা কুইনা লৈরবা মতুংদা চৎখিবা কাংবুতু অমুক লাকই।

- লোইহৌরবরা, সে চাসে পীরুরো।

- শেংহৌদ্রিয়ে লাই শোলহৌরি।

লৈরং মায়োক্লরিবি মৌতুনা খাবৈতু উয়ান্দা গুৎলগা

- অসুক চেকশিন্না তৌরিবসিনদি পুন্সিখিদৌরি হুজিক হুরেনকা আশা লৈতে, কুইনা লৈখিনি।

চৎলুরিবি মৌ অনৌবিতুনা-করিনো শোল্লিসিবো ?

হৈত্ত্রাং পায়রিবি নুপীতুনা মকাদি ফোংদনা থম্মোই পেন্না

- হো খোইদৌবানি খোইদৌরা, খোইদৌবানা অয়ুক হুংথিল হুমিদাং, করম্বা মতমদনো মানা শিগদৌরিবসিবো। অতুক য়াম্বতু মথা অমত্তা তান্নদে।

হন্নবীতু মমিৎ তপ্না পাংথোরকই। মশকতু মুন্না য়েংদ্রবদি তুম্বা অতুম মাল্লি।

- তোমাল্লো

- ইন্দোন

- অচৌবগী নুপীতুবু অঙাং উন্নরবরা ?

- উন্নদ্রি ইন্দোন, ডাক্তরখানাদদি পুথৎখরে।

- ঐ মাগীদমক ৱাইনে, মী মপিকতুগা থাং থাগেকা হায়রক্লদরা। পোখা পোখা ঙাংলমলগা তুমিন লৈশ্রে। অহন্দুনা ঙাংবা লেপ-খিবতুদা কাতু ইচিক চিকই। তোমাল্লো মাইবদগীদি করিসু কাংলকত্রে। চিক্লবা কাতুদা মপান্দগী ঈশৈ খোংবগী অরাচবা মখোলনা কাতুদা মনিং

তমলকই। তপ্পা অমুক

- তোমাল্লো

- ইন্দোন

- কদোমদনো খোংলিসিবো ?

- নগুশিংনে, ঙরাং নচানুপা য়াইমা বিহারিনা ঈশৈ খোংনবা অচৌবা অমা লৈরকএ অত্নুনি।

এ! এ! মচাগা মগুগগী মপাউ তাবদা মপুক্লিংদা মুংঙাইবা পোকপগুম তৌই অহুবু মায়থোংহুগী খুইরবা উনশাশিংহুনদি করিস্ু উৎপা ঙমদ্রে হান্নগুম লৈ।

- তোমাল্লো

- ইন্দোন

- হৌজিকপু অয়ুক্রা মুংথিল্লা ?

- ইন্দোন মুমিদাং ওইরে অঙাংশিং চাক-ঈশিং লোইনরক্লনি।

গাড়ী লাকপগী মখোল অমা তাই। অহন্দু মনা থাংগৎতুনা তাই। কাহুদা মী চৎপগী শন্তুম ফংবদা

- ইবেতোম্বীরা ? কনানো গাড়ী লাক্লিবসে, মশা রাইশংদবিহু অঙাং উন্নরবরা অমুক্তা হংঙ্ক।

চঙলক্লিবা মৌহুনা

- ইমা চাক খরা চানবা তৌরসি, খুরাগীসু চাক থাংদোকহৌরে।

- নত্তেনে, মশা রাইশংদবিহুবু মমিৎ মমায় পাঙলবরা হায়বনে।

- পোকত্রিয়ে চাক খরা চাসে।

অহন্দু তপ্পা

- ইবেমা ইমাদি ঙসিদি চাক চাররোই

- কৈদোরগে ইমা ?

- ডাক্তরদা পুখৎখ্রিবহুগী পাউ তাদনা ইমা চাক চঙঙরোই।

হুনুবীহু মমৌশিংনা অঙাং উন্নরমদাই খুদিংগী চরা হেন্দুনা লাই নীংই অহুবু অমুন্না মানা তৌই হায়বসি কনানবু শিংথানবিরুনি।

নীংজরিবা লাইস্তু মশক উদে, থৌদোকতুগী থৌবুশিংনস্তু অৱাফমদা মায়োক্লখিবনা খঙনদে। ঙসিস্তু মশুগী মুপীনা অঙাং উন্নবদা অহন্দু চাক চঙদে, লাই নীংই। লাক্লিবি মৌতুনা মাইবগী মমাংতুদা মকাদি ফোংদনা শোনগুম তৌথি কৈকান্নবা কোক কোক লোইশিল্লগা লোইরসিবু ………। থোকখি।

ঙরাং অহিং অথেংবদা মশা রাইশংদবিতু মমিৎ মমায় পাংলে অতুবু ঙসি অয়ুক্কী পুং ৯/১০ তারফাওবদা ফমুংদা লৈরিবি অহন অতুদি খঙদ্রি, কন্না লাই নীংলি। ঙসি অয়ুকস্তু মহাক অৱাথবী অমুনবতুগা শঙ্গোম খরগদমক থক্লগা তোক্লে।

মশুশিং ইরাং লাংই হঙ্গৎ-হন্দা কোয়চৎ চৎলি

- ইবেতোম্বীরা ? করিগীনো অস্থুক লাংঙিসিবো

- ঐখোয় হোস্পিটালদা ইনম্মাগী মনাক চৎতৌরিনে, অঙাং য়েং-ঙদোইনে।

অহন্দু খরা কনখৎনা হংলকই

- নঙ তাচৌগী মুপীবু অঙাং উন্নরবরা ?

তা-লাকতে মুপীমচাতু ঙসাইনা মপান য়ৌখ্রে। মাইবা চঙলকই তপ্পা ফম্মাংদা ফমথৈ।

- তোমাল্লো

- ইন্দোন

- করি পাউ তাবগেনে ?

- পোক্লে পোক্লে মুপা অমা পোক্লে।

এ ! এ ! হন্নুবীতু মকা লামজৈ। মুমিদাংগী চাক্কী পাউ ঙাইজৈ।

অহন্দু ঙসিস্তু মশা নুংঙাইতে হায়তুনা মী চেনবা হৌই। মচা মমৌশিং ইকোয় কোয়না লৈ। খুইবনা কুপশিল্লবা মমিৎতু তপ্পা পাংথোররক্লগা

- ঐ চৎলগে, ঐ হিংনিংদরে নখোয় ময়ামগী থৌ পুবসি ইমা য়াম্না ৱারে। য়েংঙ ঐনা ফমুংসিদা লৈরক্লিবসি কয়াদি কুইরে।

ইনাক অসিদা চঙলক্লিবা মী খুদিংমকসে ইমান্নবা ইরেঙ্গা অমক্তসু য়াওরকত্রবনি, ঐনা সুংঙাইগদবসিবু কদাইদনো, ঐগা চহী মান্নবা পুন্নমক সর্গদা লৈগ্রবনি।

তশেংবমক্লি অহনসি ৱারবনি। মপুরোইবগা মাগতা ঙায়রি-ঙৈদগী হৌনা মপুরোইবগা মাগা মিং শোন্দুনা তুমলমদাই অমদি য়াহৌরকপা খুদিংগী লাইদা খুরমজরকই মতুদগী মচাশিং য়াওশিল্লকখি, মচাশিংদগী মমৌশিং য়ৌরকখি। য়ুম অমত্তদা লৈমিন্নবনা মখোয়বু করম হুন্দোকলমগনি।

মশু অহুম পোকপা য়াওরি, তরেং পোকপা য়াওরি। কুনদগী কুন্থ্রা, কুন্থ্রাদগী নিফু, ঙম্নমক্তা নিফুনিথোই শুরে। মখোয় পুন্নমক অসিগী মমিং পন্দুনা খুরমজবদা তংখাই য়ৌরকপদা কাওখিতুনা অমুক মকোক্তগী হৌগৎপনা কোঙ্গায়নি। হৌজিক অমুক ফাওরক্লে অনৌবা শুথাং অমমুক।

ঐহাক মীরমলেন অসিদগী লাইরমলেন্না হেন্না পামলে, ঐ চৎলগে। পেৎথরবা মমিৎতু তপা পাংথোরক্লগা অকোয়বতু য়েংই অতুগা অমুক উইশিনগ্রে মখা তারকই। নখোয়বো অমুক্তা ঐগী ইমাংসিদা পুল্লনে মৌ তরুক নখোয়বো, ঐ নখোয়দা শিন্নগদবা ৱা লৈনে, হুপাশিংনা খঙলোইনে।

অসুম্না মী চঙলকপা খুদিংগী মমৌশিংবু কৌবসে মশিং নাইদ্রবনি। হৌজিকসু মৌ মরিতমক মমাংদা লৈ, অনা ৱাৎলি, শুবতু ফনা ঙাইজৈ।

ঙসিদি অহন্দু তান্দি ওনগ্রে। মচা মশু য়াম্মী, খুৎকন পাঙ্গল্লী, শাগৈ চাওই। অহললোন নহারোল পুন্না মান্দব থল্লি। মরিশুবনা পোকপা মচানুপা অহন্দু কৈরাকতগী তাতুনা লাক্লে। মথুৎসু থাংনা শোক্লে, মমায় মমিৎসু খেবাৎলে ময়াম চেনশিন্নৈ। অঙাংতু শ্বর হোন্দে ৱাফমসি তাবদা মমাতু ইমুংদগী অঙাওবীগুম চেনথোরকই মাদা নত্তে পুন্নমক চেনথোরকই। লৈরমলিবা মীপুম খুদিংমক মাগী

মাগী হৈজবী পুথোকনৈ খরনা লল্লাইদা ঈশিং হৈ খরনা ঈ থোকপহু দেটোল হৈজিন্দুনা ফি পুনশিল্লি খরনা ডাক্তর কৌবা চেনখি মাইবসু চগুলকতুনা লল্লাইদা কাম্মী।

অগাংহু শ্বর খজিকতং লাক্লে। ময়াম চগুহুনা ফমুংদা পুশিল্লে জ্ঞানদি লাক্লে শ্বর চনিং তারে। মুপাশিং থোকপ্রে মমাশিং ইকোয় কোয়না সেবা তৌরি। মৌ ইতোন তোম্বীহুনা হংলকই

- ইচে নহান ইমানা হায়রম্বহু তৌবা নত্রা ?

শোক্লিবহুগী মমানা খুমলকই করিবো ?

পুন্নমক ব্রা অমত্তা ঙাংদে তুমিন লৈনৈ অমুকসু হন্না হংলকই।

- করিনো ইনাও নঙনা হায়রিবহুবো ?

- ইমানা শিরমদাইদা তাকলম্বদো.........।

মৌ য়াইমহুনা মরক থৎলকই মা য়াহৌদবনি খঙলমলোই।

ফম মান্নবা পরেংদগী শোৎখহৌবগুম মওং মাল্লকপহুদা হেন্না পুক্লিং চঙলকই

- করিনো হায়রিবসিবো ঐঙোন্দা অমুক্তা শেংনা তাকলকউ।

- ইমানা হায়রমলিবা মখোয় মখোয়গী মিং, ইশাগী অমদি ইচাশিংগী মিং পন্দুনা নোংমগী তুমলমদাইদা ঈশ্বরদা খুরম্মু হায়। মৌ অতোম্বীহু মপি তাই শমথরকই

- নোংঙানবদসু খুরমজো হায়, মানা নহানমথৈ শোল্লম্লিবহুদি ঐখোয় ওইরমলে, ময়াম পুন্নমক্কী মিং অসিবু লাক্লজবা ওইরমলে। মসি শিন্নবা নোংঙাল্লগনি ইমানা চৎখ্রিবহু।

লৈরম্বা মী পুন্নমক কপ্পী অশোকপগী মমাহুসু মপিদি মহাকসু লেপত্রবনি, মনেমবু হকথেংননীংলকই

ময়াম পুন্নমক তপ্পা তপ্পা থোকপ্রে। মমা মচাদা ঙায়হৌরে মসিতনি মহাক্লা ঙাইরমস্লিবা, থুনমক হৌগৎলকহুনা মখুৎ অনী লোন্নহুনা মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লী মচাবু তপ্পা তপ্পা নাম্থবি। নাকন্দগী মহাক্কী

হুপা চডলকই হায়রকই

- করি লাইৱানো অমুক শোঙ্গিল্লিচুনা, চৎ:থোকউসে ঐ মোলোমসে অমুক্তা তৈগে।

মমা কপলি কপলি তপ্পা

- ভাইথো ঐগীসে অরুবনি। ★

# পোক্লফম

আগ্রাগী যমুনা বিনারা রে'ডকী ওবিলা তাজ হোটেলগী ৫০৮ শুবা কানি। কাদু সিঙ্গল রুমনি, থোইদোকপা পোং লৈতে যমুং অমা, সুইটকেস ময়ায় ওইরপ চাওবা অমা, মতুগী মথক্তা এযারবেগ অমা, নিতিগী শিজিন্নবা পোং-চৈ খরগা, টেবল অমা লৈবদুগী মথক্তদি লাইরিক খরা বোই খরগদি পরেং শানা লোম্নদুনা চেকশিন্না লৈবা উই।

টেবল অসিগী রাংমা রাংমদা পারিগা আমেরিকা নিংগোল জেনিফরগা চৌকি অমমমদা ফমদুনা বরিশস্বা অমা ভাংনবগা চাই-নবগুম লৈ। রা অমত্তা ভাংনদে রাখললনা লুন্ননা লৈ, ফনা কুইনা লৈরুরবা মতুংদা জেনিফরনা হায়রকই

- নঙনা য়েসতা হায়যু ঐনা লোইনা তৌগনি, ঐগী ইমাগা ইপাগনসু নঙবু য়াম্না নুংশিনা হংলকই মখোয়নসু নঙগী তৌবা য়াবা তৌগনি, অঙম্বা মতেং পীগনি। মখোয়না নঙগী পাউ ভাবদা য়াম্না হরাওই নঙবু খৌরাংজৈ পুম্নমক সোয়দনবা ঐনা হোৎনগনি।

টেবলদা য়েংদুনা লৈরম্বা পারি জেনিফরদা য়েংখৎলকই অদুগা করিসু ভাংদনা অমুক নোনথখি। জেনিফরসু তুমিন্না লৈরে, হান্না লৈরম্বগুম অমুক কাদু পুমচিক চিকখ্রে। কুইরবগী মতুংদা পারিনা

- নংনা হায়বগুম ঐসু নওগীদমক হোৎনগনি ঐগী ইমুং মনুংনসু নওগী দমক হোৎনহনগনি।

- মদো অচুম্বা ওইবা য়াই অ-চু-বু ......

- অচুবু হায়রবসিনা নংনা নওগী ওপিনিয়নসু লেওদনা থবগী য়ানিনে।

জেনিফর চৌথেংলক্লে খর মপি হেল্লগা

- ওসিগীদি লোইশিনসি, ঐখোয় অনী হৌজিক তাজমহলগী লম্পাক্তা চৎলক্তা চথোকল্লুসি।

মখোয় অনীনা শানরিবা ওাংনরিবা য়ারীশিং অসি ইংলিসতা শাম্নবনি। মখোয় অনীমকসি মকম অমমমদগী লাকপনি আগ্রা ইউনিভর্সিটিদা থবক অমমমগী মতম খরগী দমক লৈনবনি। পারিনা মণিপুর ইউনিভর্সিটিগী মথাদা চহী অমগী ফেল্লোসিপ লাকপনি অদুগা জেনিফরনা লাপ্লবা আমেরিকাদগী ইন্দিয়ান কলচরদা রিসর্চ তৌবগী মতম খরা ছুদি তৌবা লাকপনি।

জেনিফর আমেরিকা নিংডোলনি হায়বতনি মহাক্কী মৈত্রবাকসি মরমদমনি হায়বা য়াই মরমদি জেনিফরগী মপাতু মৈতৈ মচানি। মামা য়াম্না পামজনা চৌংগী নুজা জেনিফরগী মমাবু লৌজখি অদুবু জেনিফরগী মপাগী ইমুংনা মচানা পামজনা পুবকপা মমৌবু লৌশিনবদি লায়রবুনা মচাজুপা ফাওবা ইস্লোকখি। মতুনা মরম ওইদুনা জেনিফরগী মমাগা মপাগনা খৃষ্টান ধর্ম ওনখি। আমেরিকাদা চংখি। হৌজিক্তি অরোইবী আমেরিকান সিটিজেন হায়বসু শুইপ্রবনি। অদুমকপু করিগুম্বা মতমদা মখোয়না মখোয়গী শুমাং মচিদা কমদুনা মরমদমগী য়ারী শানৈ খবর কাগজ পামিন্নৈ অদুগা চীংলোন কয়া, সমুদ্র কয়া কাওনা মমা লৈবাকপু য়েংজরকই। অসুম্না খোদোক কয়া য়ারী কয়া শানবা অমি জেনিফরনা পিল্লিংগৈদগী থেংনরক্লবা খোদোক্তি। মসিমক্তা জেনিফরনা ইন্দিয়ান কলচরবু থিজিনবদা মমা মপামা খোইদোক্তা পুক্লিং খোৎশিজি। মমা মপাগী ইল্টরেষ্ট য়েংদুনা জেনিফরনসু মাগী ছুদি অসিদা মণিপুরগী

মচেং অমা হাপচিল্লি।

নোংয়াই মতুং ফনা লানশিনখরে করিব্ ভাংনখিবনো খঙদে পুংদি নোংঙাল্লকদোবা কুইরম্মরোই মতু ফাওবা পারি জেনিফরগী কাদা লৈরি। পুন্নমক তুম্ন-হিপথ্রবা ইচিক হুল্লবা মতমনি পারিনা

- জেনি ঐখোয় অনী ওইমিন্নবা পুন্সি অদুবু হন্দক্কী মপোকসিদা ওইররোইদরা?

- মতু পুন্নমক নঙগী খুৎতা লৈরে।

- মতুম্না হায়গনু নঙবু ফংজবদা ঐদা নুংঙাইবা নত্তনা ঐগী শাগৈবুসু নুংঙাইহল্ল।

অথেংবতুদা ভহাক লৈরম্মগা পারি থোং হাংখিতুনা থোকথ্রে মাগী কারোমদা চৎথ্রে। অনীমক মাগী মাগী ফমুংদা লোংখ্রাক লোংখ্রাক লোংনা হিপনৈ। চীংলোন মাপলগী ফিরুক হাংতুনা পারিবু কৌবগুম তৌরি অদুগা ষ্টেট য়াংখৈমক্না খুৎশম্নতুনা জেনিফরবু ভাইবগুম নীংলি। অনীমক পু-নঙমদে। অপোকপগী লমনসু শিংঙম্মী অপোকপীগী লমনসু শিংঙমগে অদুগা নঙগীদি.........। খর মপি হোন্না য়াওম্নে।

জেনিফর তহা তহানা চিঠিখাও অমা পায়তুনা পারিগী কা তান্না লাকই অদুবু থোংতু শো পালম্বা উবদা তপ্পা হন্দোরক্লুনা মাগী কাদা হলক্লে। অসুম্না হঞ্জিন হঞ্জিন অহমলক শুনা য়েংলরবদা অরোইবদা পারি লৈরমলে। জেনিফরনা মানা পায়রক্লিবা চিঠি খাওতু উৎতুনা তনৌরবা মায়থোংতু মোমোম্মনা

- পারি য়েংঙোই তু নঙগী চপ চারবা পোষ্ট, ঐগী ইমাগা ইপাগনা ঐনা হায়খিবদগী মখোয়না শোয়দনবা হোৎনরকপগী ফল।

পারিনা চেতু লৌতুনা য়েংবদা খঙলে প্রাইভেট ইনষ্টীটিউসন অমদা থবক তৌবা য়াবগী চেনি জেনিফরনা মখা তারকই।

- আমেরিকাদদি প্রাইভেট ইনষ্টিটিউসনশিং অসিসু ভেম্নি ইন্টরেষ্টীং মখোয়না গভর্ণমেন্টদগী করিসু তারোই, এনি খুদোংচাবা ফংবদা। হৌজিক্তি ফজরবা, চাওখৎলবা আমেরিকাগী পোৎ খুদিংমক নঙগী

ওইরগদবনি, ঐগী অমেরিকানা নঙবু কয়াম পেলহনগনি ।

য়াহৈশিং অদু হায়বা লোইফাৎত্রি পারিনা

- জেনি মতু পুন্নমকশিং অদু অমত্তা নত্তে-নে……… ।

জেনিফর নুংশিনা

- করিনিনা ?

সুপা ওইবগী চীংলেম্নবা শক্তমদো ঙহাক তুমিন্না লৈ

- সেনচুরি কয়া শোথহৌরবা য়াই ঐগী ইরৈবাক্না, অদুবু মতুদা ঐখোয় খুং থারুশি ইবানি চৎশি ।

- মতুদা ঐখোয় নীংবা থুংলোই, হৌজিক্তি খুদোংচাবা পুন্নমক ঐখোয়সু শিজিন্নরগদবনি ।

পারি তৌফম খঙদনা ফুক হৌগৎলি, খোংকাপ ৩/৪ কানথোকই শ্বর মপি হোল্লি অদুবু য়াংথদে, খল্লি করিনো তৌগদবা লৈশিল্লক্লগা

- জেনি ঐখোয় অনী লৈনবা মরীগী মতুং ইন্না নঙনা ঐগী নাক্তা লাকপা হায়বসিবু তৌফম খোকপা নত্রনে ।

- ও ! মাই গোড, পারি মদোমলোমদা পুরবদি য়াম্না শেরাম্নরে । পুন্সি হায়বসিবু অনৌবা নত্রা ? ঐখোয়না তাম্নরিবসিসু অনৌবা নত্রা ? ঐখোয়নিস্ত করিনো অনৌবা শ্বরদি পুখোক্লবা তৌরমসি ।

- জেনি, ঐ নঙোন্দগী করিমত্তা পামদে নুংশিবা পাম্মী ।

জেনিফর তপা চঙশিল্লক্লগা নুংশিনা

- পারি ঐ হৌজিক নঙোন্দা করি হায়গনি খঙজদ্রে ঐগী থম্মোই নঙোন্দা লৈগ্রবনি ।

ইখঙ খঙহৌদনা মমাংদা লেপলিবি মহাকপু শুপকোন কোনশিল্লগা

- হায়য়ু ঐখোয় অনীবু কায়নবা তারবরা ?

অহানবা উনবমকুদা চিনবান-খোং য়োদনা থম্মোই মশেল খোইদানগ্রবা, থা কয়া চুম্না নুংশিনজরকপা শুসিগী অসিগুম্না অমুক্তদি ওইখিত্রি ।

জেনিফর হংলিবা য়াহং অতুপী পাউখুম পীবা ঙমদ্রে, গুলাপ

লৈয়োনগুম খোংলবা মায়থাংতুদা পি ওইনা চেন্তরক্লে। পারিনা মতুং মখুংনা তৈথোকপা তৌদনা মমায়না নোনথরকতুনা ওয়া-ওয়া তৈথোক্লম্মি।

- জেনিফর পুন্সিসে ঐখোয় অনী পুন্না হিংমিন্নসিবা ......... ঐগী ইরৈবাক্কী ইংলবা মুংশিরবা পুন্নমক ঐখোয় অনীগী ওইরুসি, থাজরুদবা কয়ানসু ঐখোয়বু ঙাইহনা লৈরমখিনি।

মুমিদাংনি চাকচা মাংনি। পারি চৌক্রিদা চুবা মেৎতুনা ফমলি, ফ্লোরদা সুইটকেসতু ইহাং হাংদোকতুনা লৈ। লোনশিনদ্রিবা খোংহু তক-তক তৌরক্লগা জেনিফর চঙলকই। পারি লেপ্তনা লৈ। ঙহাক লৈরবা মতুংদা জেনিফরনা মানা পারিগী মমক ককপা আমেরিকা য়ৌখিনবগী প্লেন টিকেৎতু তপ্পা টেবল মথকতুদা থম্মী। চৌক্রিক ফাওবা করিসু হায়রকত্রি, জেনিফরসু হায়বফম খঙদে তপ্পা অতুমক খোরক্লে। মখোয় হয়েং মফমসি থাদোক্লনি মখোয়গী থবক লোইরে।

দিল্লীগী ইন্টরন্যাশন্যাল এয়ার পোর্টনি। চৌক্রি পরেং থাবতুদা জেনিফর তুমিন্না ফমতুনা লৈরি। পারিনা চঙলক্লগা মানা ককপদা য়াওজবা মণিপুর য়ৌখিনবা জেনিফরগী টিকেৎতু মতমবাক্তা থম্মকই। জেনিফর তপ্পা য়েংখৎলকই। খঙহৌদনা হায়গৎলকপগা হায়থরকপগা য়েংনবা মিৎয়েং অনীগী পিনা লৈবাক য়ৌখি।

চৌক্রিদা ফমতুনা ঙাইমিন্নরম্বা, লেপতুনা ঙাইমিন্নরম্বা য়ারি অমত্তা শানদে অমনা কৌরকই পারি! মমিৎতমক য়েংনৈ মখা তাদে। ঙহাক লৈরগা অমনা অমুক কৌরকই জেনিফর! মসিগু অতুমঙায়।

কায়নরমদাই মিকুপ অসিদা য়াচে অমতসু কাংখোকনরকত্রে, অনীমক য়ানঙমদে, ঙাইনবত্তা মঙায়মরে। ইরানা হৌরবা মিৎ মরিতু হন্তিন হাঙ্গিন মিৎচামবগী পাঙ্গল লৈশিনকত্ররে, খমোই অনী পুঙমন্ত্রে। জেনিফরনা কপ্পা উবদা পারিনা থল্লি "চাওখৎলবা আমেরিকাদগী হংশিনকাসে মনতিনবগুম্বনে"। পারিনা মপি তাবা উবদা জেনিফরনা

থল্লি "চীংনা ইকোই কোইশিনবা লমদমদুগী মীওইশিংশিবু মুংশিবকা খুঙদবজাৎলা"।

অরোইবা এনাউন্সমেন্ট লাওথোরক্লে। জেনিফর লেঙম-শাঙমদনা হৌগৎলকই, অনীমক ইরা মরক্তা অতুমক লাপথোকনরক্লে। ★

## হিংবগী মহাও

অহিংচুপ্পা ওক্তবী নকোন্দা লৈকয়গা অথেংবদা পোইবৈঙানবা ময়ুমদা হল্লকই। থোংদা তক তক থিল্লগা মাগী নুপীবু কৌরকই। মৈনিংকুমহুনা লৈরিবী থাগোয়না থোং হাংদোকই। চঙলকই, নশাহু ইচোক চোকথনা উই

- ঐ ইথন্তা লৈহৌই হায়দসি খঙলিবনিকো, খিত্তা ঙন্না হনজিন-বিরকপা য়াদরা।

খুমদে, মফি মরোল তপ্পা তপ্পা লৌথোকই। খোংঙূপ মেংজাহু লৌথোক লৌথোক্লা

- ঙসিবু নখোয় নমা লাকঅমদ্রা ?
- কৈদৌরবনো খংদে ঙসিদি লাকতে।
- অহুদি নঙদি চরা হেল্লে ?
- চাবপুদি ঐনা থোংলে।

পোইরৈঙানবা কাংথল থাহুনা তুমগদৌবগী হোংনৈ। থাগোয়না

- চাক চাররোইদরা ?
- কদাইদগী চাক ?
- ঐনা থোংবদো খরদি খাক্লিদনি।

থওই-ন্নাওইদনা, য়ারে য়ারে ফমুং চঙখি।

ঙসিস্থ পোইরৈঙানবা ঙন্তানা মফি শেংলি। থাগোইনা হায়রকই

- নঙবো অঙাং পোকত্রিবৈঙদদি অঙাং পাম্মী অঙাং পাম্মী য়াম হায়বদাই, হৌজিক পোক্লবসিদদি হন্না ফাওবা য়েংদ্রিবসি করিগীনো ? অঙাংসি ঙহাক্তা লৌথোকপায় ঐ থবকশিংশি অমুক্তা লোইশিলহৌগে।

- ফমুংদা গুম্মুদনা

- গুম্বা য়াদত্তুনা তৌরিবনি, ঙরাংস্থ ফমুংদগী তাত্তুনা মকোক্তা পোম্লি।

- অত্তুদি হেক পোশিল্লু

- হো পোবা য়াদত্তুনা তৌরিবনি থোংস্থ হামনাংডি ইরুস্থ লুজথোরক্লগে।

হায়না হায়না থাগোয় মাঙ্গোলদগী চঙ্লকপগা মানা চৎকদবগী থোরকপগা কোক থেংগাইনরে। অনীমক ঙহাক লেপচ'নৈ।

- চৎকদোরবরা ?

- থাগোয় ঐ থবক লৈনে।

ফুরিৎ খোংগ্রাঙত্থ ইস্ত্রি তেকই, মঙকশমত্থ পাওদরনা ন্নাওথা'নৈ, খোংকাপ ন্নাযখি। পরপ পরপ তান্নরকত্তুনা চৎলো চৎলো ইন্নাসি'দি মমাংদা জগোয় হেক শানিংই অত্তুবু ঙইখিদ্রে থাগোয় য়েংত্তুনা লৈহৌই।

পোইরৈঙানবা ঙন্তানা বিধুমুখিগীদা ল'ক্লে। মহাকপু উবদা

- নথন্তুরা ? ঙসিদি য়াম্না ঙল্লি।

- ঐ নঙগা উন্ননিংত্তুনা লাক্লিবনি।

- করিগীনো ?

পর্দা অমা চিংশিন্দুনা থমলিবা কা মচা অদোমদগী বিধুমুখি থোরক্লগা,

- লাকও হৌজিকতগী হৌনা মফম অসিদা লৈরবদি নঙবু পাও-থোকপিরনি। মপানলোমদা হোটেলদা থোকসি।

- ঙাইখো, ঐ হায়গদবা বা লৈ।

- করিনো হায়যুনে।

পোইরৈঙানবা খরা নকশিল্লক্লগা তপ্না

- মমিংবু করি কৌবনো খঙদে ঙরাং লাকপা ঙৌরগা মশা খরা য়াংবদো—

- কনানোনে নঙনা হায়রিবসিবো

- হেরা অমুক থোক্লরগা অমুক হৃক্লিনকতুনা নঙোন্দা ছাতিন পিরম্বদো।

- ও! বিনাসখি, অদো কৈদৌরবা?

- মদো ঐ পাম্মী।

- হে অদুদি পৈশা যাম্না য়াম্মী নহানি।

- নঙনা পিযু হায়বা পৈশাদো ঐ পিগনি, করিসু চিংনরুনু।

- হোইনে, মপান থোকসি লাকও।

- ঙসিনিকো।

- ঙসিদি য়ারোই মাদি তুব চৎখ্রে

- কদাইদা?

- খঙদে লাপমাল্লে।

- কনাগনো?

- মিনিষ্টরগনি হায়বরা এম, এল, এ, গনি হায়বরা মদু ঐঙোন্দা হংলক্লনু।

- অদুদি হয়েং তারে।

- মদুসু ঙাইখো উন্নরগা ঙাংনখিসি, করিগীনো নঙনা অদুক তহা তহারিবসিবো?

মুমিৎতু পোইরৈঙানবা বিধুমুখিদা তায়নখি।

থাগোয়না ইমুংগী লময়াইদা চৎনা চৎনা হায়বকই

- নঙগী বিলকাদু করম্বা মতমদা ফংগদৌরিবনো চৎপদমক থংই

পোইরৈঙানবা কাংখলদু হায়দোরক্লগা

- বিলদু ঙরাং ফংলক্লে থেংবদুদা ঐ নঙোন্দা হায়ম্রবনি।

থাগোয় ব্লারৌদে চুম্মী খল্লী মহাক ঙরাং থেংখিবনি। থবক লোইশিল্লী হিসাব পাননবা।

- নঙনা কয়া পুরুবা, লিশিং ৫সি লৌরো, মীগা তৌমিন্নবনি য়াম ফংদেদা। বেঙ্কতসু খরা থমনিংই মতুং অমুক তৌথনবা, নত্রনে ?

অকোনবগী রাসিনি থাগোয়না য়াম য়ানিংলিবসে মনাদমক শিঞ্জিন্নৈ মমিৎ ফাওবা শিঞ্জিন্নরুদে হোইনে থম্মোই তিংবা য়াই।

তেক্লি তেক্লি মমান্নবদা খরা নপ থিকাদার মতুং খরা ইন, মতাই চেন্দুনা তৌরম্বদু পংচাও চাওদ্রবসু মপুং ওইরকই, মথন্তমক ঙমলকই। য়ুম ইংখোল মশক থোকলকই লোইননা থাগোয়গী সনা মশাং হেনগৎলকই। হি হি নোকই মতৈ-মনাও অনীমক নচাহুগী অশানা মাংদা থম। মপানা

- থাগোয় ইবুংঙোসি অসোমদা থাজিনথ্রসিরা ?

- মাই মাই অসুক পিক্লিবসিবু —

- মুন্না খলহৌনহৈ ঐখোয় স্বাইসে য়াম্না ফত্রবনি নম্বর ফোর চাবগা, কাপ্পবগনা পিক থল্লবনি।

- অতুনবু মানা অস্বাই ফাওবদং চৎথোকপদা ঐনা কোইন ইন্নরিবসিনি।

- চাওশিল্লক্রবনিনা মতু ঙমলকওইনে, ঐনা হায়বদি ঐখোয়গীদি মৈখেৎ মরু অমত্তনি হৌদবা য়াদবনি।

- ঐ মাগা কায়নবা ঙমখিরোইয়ে থাজিনবা তারবসু মেত্রিককা পাস তৌরগা থাজিনসি

পোইরৈঙানবা মৈৎলোনগী খবরতু পাতুনা লৈ। থাগোয়না করিনোমা হৎলকই, মতুকা মহাক তাদে মরম দি খবরগী অহানবা লমাইতু পারুবদগী রাখল অমনা উংতুনা লৈ ········· নীংশিংলকই মতম অমগী মিন্নুখোংগী হোটেল, মহাক্না লেনখিবা ··· ··· ··। বিধুমুখি শিগ্রে AIDS না নাতুনা মহাকপু পেণ্ট মোটৈম তৌনবা ডাক্তর অমত্তা থিবদা উননবা ফংখিদ্রে, মসিনি মকওইনা খবরদা য়াওরক্লিবতু। মতম

খরজি মাগা য়াম্না তোরোখোন্দামিন্নখিবনিকো। মনাক্তা মশিং নাইদনা তুমখিবনি, নিংজি-মাংজিনরকই মশাপুম্বা পোত্থাকম খণ্ডদে।

কাদা লৈবতনা অহিং অনী করম্না হৌখিবনো খংহৌদে মিন্নুখোংদা অমুক্তং চৎতুনা হংলুসিরা মহাক নংপরা নৎতবরা। অতুবু মহাক মক্ষমতুদা মশক উংলুবা পামদ্রে তপথবসু ঙমদ্রে হুমনিশুবগী অয়ুক্তুদা মথন্তনা মতোমতা ভুরানজত্থনা ইমুংদগী থোরকই ঈ য়েংনবা।

হোস্পিটাল চৎতুনা ঈ য়েংথোকলুরে, করিবু ওইরসিগে ওইহন্নীং-দবতু থোক্লে চিংনরম্বতুমক তারে ঐচ, আই, ভি পোজিটিব ওইরে হায়রে। ডাঃ না মাগী নুপীবুসু য়েংথোক্লবা হায়রকই।

পোইরৈঙানবা অনাবদগী হেন্না শোকচিনখি মশাতু মুশিন মুশিনখ্রে, কৌবা-লাকপা ইখুম খুমদে, খল্লী মঙোন্দনা করম হায়গদৌরিবা, হায়ঙমদনা চয়োল অমা হৌজিনখি। থাগোয়দি করিসু খঙদনা মহৌ-শাগুম মকা লামনা অতুমক শু-নোম্মী। পোইরৈংানবা মপোক্কী লাই নীংদবতু তুমলমদায়দা কৌরকই 'ঐ হয়েং হৌগৎহনবিদ্রবসু য়ারে' হায়জে। হিংবগী মহাও লৈত্রে।

মখোয় অন্নুমতমক লৈবা ইমুংতুদা মচানা মমাদা য়েংলকই, মমানা মপাদা নোকলকই পোইরৈঙানবা পুঙমদে।

মখোয় অনী লোয়ননা হোস্পিটালদা চংলুরে ঈ য়েংথোকলুবনি। মহাক্কীসু হায়রক্লে মাগা চপ মান্ননা। থাগোয় মফি হোংদোকতে লময়াইদা পত্রাক ফমথৈ। মাদি হোস্পিটাল হেক কান্থোরকপদগী পিরা চেনবা হৌখ্রবনি। অতুবু বা অমত্তা ঙাংদনা ময়ুম য়ৌরকই।

- হৌজিকপো ইবুংঙোবুসু য়েংথোকউ হায়বা, ঙমলোই ঐ মতু ফাওবদি ঙম্নরোই, মহাকপুদি শেংনা লৈহল্ল ইচা মনিনি মহাকপুদি মাংথোক্কনু। পিনা লৈবাক্তা পোপ পোপ তাই। মপুরোইবদা য়েংলগা,

- ঐনা নঙবু চহি ১৬ চুপ্পা সেবা তৌজরকপসিদি মসি ফংনবা ওইরেকো। হৌজিক্তি নঙ ঐ শিবদা পোৎলোইবিনবা মী ফাওবা

লৈররোই।

নাঁঙমদবনা লাকহৎলবা পোইরৈঙানবা পুবা ঙমলকত্রে হায়গদবা রাম্ব লৈতে। লেপ্পা লেপ্পা লেকথরকই। থাগোয়না চেনশিন্দুনা কোনথৎলি ঈশিং চায়তুনা ল'ক্লৈ। মচানুপাসু স্কুল কুমলক্লে। তপ্পা তপ্পা ইমুং চঙলকই, েৌরমলিবতু উবদা ইঙক ঙকই, হংলকই,

- ইমা বাবা কৈদৌরবগে ?

- ইমাগী ইবুংঙো চঙশিল্লকখিন্নু। মমায় খুমতুনা কপচৈ।

মচাগী খোঞ্জেল তাবদা পোইরৈঙানবা জ্ঞান লাকপগুম তৌই। তপ্পা মমিং পাঙংথোরকই।

- ইবুংঙো ইপা লানথ্রে, ঐ লাল্লে অতুবু নমাদি লাঞ্জদবনিকো।

থম্মোই শোকই। তৌরিবা পুন্নমকতু মচাহু ভাব তাদে, মমাগা মপাগদা য়েংতুনা লৈ। ★

# কাইনথংদা

অয়ুক্কী পুং ১০॥ হেল্লব্রবা ওফিস খুদিংমক মীনা ওরং ওরং তিনখৎলকপা মতমনি। মতাং অসিদা নুপী অনীথক তপ্না তপ্না ওফিস মনুং অসোয়লোমদা চঙলকই, অমনা খিত্তং লৈশিল্লী অমনা খরা নহা ওই। মোরা লৈশাবীরা খঙদে অত্তুবু মখোয় মখোয়গী ফিজেৎ-চাকচেৎতু য়েংলগদি মৌ ওইবা তাই খরা চেকশিনগুম ত্তৌই, ফিইন মায়দে।

নুপী হায়বিসি অনীথোক্লা খায়দোকপা য়াই মহুদি মৌ, লৈশাবী মসিদা অমুক নুপীগী ইকাইখিবী ওইতুনা থবক খুদিংমক ইকাই ইকাইনা পাংথোকখিবা কাংলুপ অমা নত্রগা ঐসে মফম খুদিংমক্তা ওনবা য়াবীনি হায়না অকি অখং তুংগোইনবী কাংলুপ অমা। চহিদি নৌরিবী নত্রগস্থু লাক্লিবী অনাত্থু অহানবগী মায়কৈ অসোমদা চনবা তাই। মখোয় অনীমক নঙ মাং থাও, নঙ মাং থাও হায়না ইন্নবগী মওংনি।

অহানবা কাগী পর্দাত্থু খিত্তং হায়দোকতুনা য়েংই। মী ৫/৬ ফমলম্মী। পর্দাত্থু থুনা থাদৈ, খরা অমুক হন্দোররুগা লেপ্পী। মচিন্দা চিবোন চিবোন য়ারী শানৈ। মনাকতুদা নুপা অমা লাকই।

ইবেমুবীনা হায়রকই

- করিগুম্বা অমত্তা হংজগেবা—

- করি ওইরবনো ?

- চন্দ্রকুমারগী কাসিবু কদাইদা ওইরবনো ?

- চন্দ্রকুমার হায়ববু কদোমগী চন্দ্রকুমার ওইরবনো ?

- মী খরা সিকপা, মকোয় খাকপনো ।

- কিয়ামগৈগীদু ওইরবরা ?

- হোই হোই ।

- রিসিব ক্লাকতো ?

অনীমক তিঙক তিঙক য়েংছুনা লৈ ।

- সিদগী মরীস্তুবা কাসিদা চঙবিয়ু ।

অনীদু চঙলকতুনা পর্দাদু তপ্না হায়গংলৈ থোইবীনা

- য়াওবরা ?

ইবেমুবী পর্দা থাদৈ, য়াওদে ।

মখোয় অনীমক হৈনদবনা লোইরে, খরা অমুক হন্দোরকতুনা লেপ্পী ।

থোইবীনা ইচেমুবী চংলসি থবক-কা অমত্তা তৌরগুমসিদা ।

- হায় লাকতনা লাক্লবনিনা অমুক্তংদি য়েংলমথিসি, মতুবু ঙাইরমগনি হায়বনিনে ।

থোরক্লগা ভেরেন্দা মখাচুদা তুমপক তুমপক অমুক লেপ্লরে । করিনো য়াম্না হৈনদবা ইকাইবগুম তৌই । সোসাইতিসিবু মখোয়গী শরুক য়াওদবগুম মতু ইপোন পোল্লী ।

মথকতা অমুক লেপ মখাদা অমুক লেপ অমুক কোইয়েং য়েং অমুক ইম্ন তৌবতদা প্লুং অমা তাশিনখরে । ওফিসকী মীশিংদু হোটেলদা চা থকপা, পোংকমদা কা চাবা হাইদোক্লরকই । লম্পাক্তা লেপলম্বা মীশিংসু মরি মরি চংথোক-চংশিন তৌনখি । মখোয় অনীদী চংফম খঙদনা লমফাংনদুনা লৈরী ।

মতাই থংবা কাতুদগী সোরারেন মখুৎতা ফাইল অমা পায়রতুনা পরপ পরপ থোকলকই। খ্বাই লাওই, পোকপদগী অমুকতা হুন-খিদ্রিবা মিহুন অমা চাওনা হৌরকই, থাজখিদ্রেদা—থাংলম্বা খোঙথাংদু তপথরতুনা তপ্না অনীতুগী মনাক্তা চঙলক্লগা হংলকই

- কদোমদগীনো

অনীদু করিস্নু খুমলকতে। মমিৎতু থোইবীদা য়েংলতুনা অমুকস্নু হন্না

- কৈদৌবা লাকপনো ?

ইবেমুবীনা ওফিসকী পিওন খন্না লৌগনি হায়বদো অদুগী চে থাজিনগে হায়তুনা লাকপনি।

- কনাগীনো ?

ইবেমুবীনা অমুকস্নু ঐখোয় অনীমক্কীনি।

থোইবীদু ইকাইরপ ইবেমুবীগী নাকন্দা লৈশিল্লী। সোরারেন ঙহাক য়েংলগা

- লৈরম্মু ঐ ফাইলসি অমুক্তা পীশিল্লুখিগে, চঙখি।

ইবেমুবীনা হংলকই, নঙগা খঙনবরা ?

- খঙনদে। মাম্মাখোয়গী য়ুমলোন্নবদু ওইরমালে।

কুইদে ফাইল থনম্লগা সোরারেন থুনা থোরকই।

- লাকও ঐগী কাদা ঙহাক ফমলুসি।

কাদু চৌক্রি ৫/৬ লৈরম্মী। মীদি অমত্তা লৈরমদে অমমম চিংশিন্দুনা ফমহল্লে। ইবেমুবী ঙসাইমখৈ খঙনদবা লৈতবগী মুংঙাইতবদু হৌজিক মী অমা লৈরবসিদা য়াম্না মোন্দা মুংঙাইনা উই অদুগা থোইবীনা থোকহন্নীংদবা থৌদোক অমা থোকপগুম হৈনিংদনা উই। সোরারেন মোমোন্ননা হংলকই

- করিগীনো থবকসি পামবিরিবসিবো ?

- ইবুংঙো অঙাং ময়ামদুগা পুবা ঙমদ্রেদা নঙ তাদদুস্নু পৈশা থোক্তেনে। মখা তারকই

- মাস্থনে মবুংগা মৌপ.। ময়ামগগী মচা ময়ামছু লৌবদা লোইর-বনি, ঐখোয়'নী ওইরুরসি হায়ত্নুা হেক্তা লাক্লবনি।

সোরারেন খঙনিংনা য়ুমবু ...... কদোম ...... হোংখিবগুম ......।

থোইবীছু মরাল লৈবা মীগুম হৈনদবনা ফমফম খঙদে

- ইবুংঙো মুপা হায়বসিস্থ ফংখি ফংখিব্রবা লৈব্রে, য়োং চোংখুলান অত্নুা ইনাও অসিবু লৌবনে হায়না লৌবিরগা মৈহুমনবু চুবনে থাংনবু খিনবনে, থা অহুমবু ফাদেদা লৈবা ঙমদত্নুা চেন্নকলিবনি। ব্লাকা লোইশিন্নব্রপোৎনিদা, মুপীবু অনী গুপ্তে হায়য়ে খিথখিবা।

সোরারেন ব্লারীছু তানিংদে য়েক্লবগী ব্লারীগুম থোকই। ইবেমুবীনা মখা তাথগে হায়না ইবুংঙো কৌবতা ঙায়রি থোং হাংদোকতুনা চন্দ্রকুমার চঙলকই

- ইতৈমা ঐদী ঙসাই পুং ১০দগী পোৎফমদা ইতৈমখোয় লাকপা ঙাইত্নুা লৈরগা করম্বা মতমদা চঙখিবনো উহৌ-লাকহৌদে, লাকও অসোমদা হান্না অমুক্তা চঙঙ.খিসি।

মপান থোকখি। ইবেমুবীস্থ থব্লায় য়াওনা হৌগৎলি, থোকখি। থোইবীস্থ হৌগৎলকই। সোরারেন মমিং কৌদে

- ঙাইখো, নঙগীস্থ পীশিনগে হায়রিবরা ?

থোইবী তুমিন লৈ।

সোরারেন হৌগৎলকতুনা পর্দাছু থুম্না চিংশিন্নে থোংছু খিক্তংগা ঙাশিল্লি।

- থোইবী ব্লারী তাত্নুা কানশিনলকপনি হায়নদি খনগনু ব্লারী থোকত্রিঙৈগী ব্লাফমনি। নঙ নখোয় মাম্মাগীদা লৈরম্বদো নীংশিংলিবরা ? থোইবী শোম্বাংননা

- নহানব্লাই লৈরম্বত্নুরা, অত্নুদি কুইরে।

- মান্নী চহি ১০ হেন্নগী মমাংগী ব্লানী। নঙ কাওরবরা নখোয় মাম্মাখোয়গা ঐখোয়গা লোন্নবদা চেকপন চনখিবদো। ঐনা ছুটি থোক্লকপগা থবক গুরম্বগা চান্নত্নুা মতম লেনবোইনা ঐস্থ থবক গুবমত্নুদা

অয়াম্বা লৈ। মোংমা নহাক খোরকপা উখি, কাওদ্রি ফি অঙাংবা অমা ইল্লি। নশর্ক উখিদ্রবস্থু মুমিৎতুদগী নঙসে ময়েক-মশোন খণ্ডদনা মুংশিবা অমা কাওখি। মতুংদগীদি নঙবু ঙাইঙমদনা য়েংই, ঙহাক খোকলকঅম্বা মুমিৎস্থু য়াওই হউ উদবা মুমিৎস্থু য়াওই। নহাক উহৌদবা মুমিৎতুদি খাংঙমদে, খোংনাওদা ফি অঙাংবা মচেৎ অমত্তং উবদা নঙগী ভাবতা মহুনা থম্মোইসে খেমজিল্লি।

লোইফাংদ্রিউদা খোং হাংদোরকই। ইবেমুবী চঙলকই।

- নঙগীদি কদায় ঐগীদি পীশিল্লমে কদায় পিরকও।

থোইবী পাক পুথোরকতে।

- কদাই পীরকওনে চন্দ্রকুমার ঙাইহৌরিয়ে।

থোইবী ইকাইনা ইচে ঐ তোক্লগে।

- হায়মা করিনো খল্লকপা খল্লকতবনা মখোয়গী মনিংনি চেদি পীশিল্লমসি হায়বা, কদাই পীরকওনে।

সোরারেন কদাইনোনে চেহুবু ঐঙোম্বা অমুক্তা পীরকউ। থোইবী মহুস্থু পুথোরকতে হু ঐ তোকচরগে।

- তোকপা তোকতবগী মা নত্তে কদাই চেহু অমুক্তা য়েংগে।

হৌগৎলগা মখুৎ তিংথোরকই। ফোর্স য়াওই পুথোকতবা য়াদ্রে। থোইবীহু তপ্না পুথোরক্লগা পী।

- মসি ঐ হুরেন পীশিল্লগে।

ইবেমুবীনা ফরে ফরে অহুদি অমুক্তা চৎলুখিগেকো, থোকখি।

সোরারেন পনথদে

- থোইবী নঙগা ঐগগী মতমসে অস্থুকী মতিক চিখরে, নঙ নীংশিংলমগদবা মান্দে। নোংমা নখোয়গা ঐখোয়গা তাইনবা খোংবান অচৌবহুদা অঙাং ময়াম ঈশিংতুনা ঙা ফাখিবদা শরেং ফায় হায়হুনা মা-মা লাওবদা মী য়াম্না তিনখি, নহাকস্থু খোরকখি। মুমিৎতুদা নঙগা ঐগা মায়োক্লনা লেপখি। মুমিৎতুদতা নঙবু মপুং ফানা উখি। মঙনা করাদা নোকখিবা অঙাংশিংহুগী মতৌহুদা। মুমিৎতুদগী

নংসে ময়েক শেংনা ঐঙোন্দা লৈখি। পংকুই কুইরমদে নঙ অহুমক চঙখি, ইহাং হাংহৌই। নখোয়গী অঙাং অমা কৌশিন্দুনা হংখি নঙ কনানো নমিং করি কৌই।

ইবেমুবী চঙলকই

- থোইবী চংলসি ঙসি ৮/৫ নি লৈরগা লাকউ হায়য়ে।

সোরারেন পনথদনা থুনা হায়রকই

- চন্দ্রকুমারহুবু কদোমদা লৈহৌবগে অমুক্তা কৌবিরকপা য়াগদরা ?

- মা লৈহৌই লম্পাক্তা লৈহৌই, ঐ কৌরক্কে। থোকখি

- থোইবী নমিং-নথা নশাপুম্বা লোইনা ঐগী থম্মোই মন্নুংদা হাপচিনখিবনি, হৌজিকসু লৈরী নোংমতা কায়থোবলুদনা পুবগী অবাবহুতনি ঐনা ফংলিবসে। মথা তারকখি নঙ চংলগে হায়রনি ঐ নঙোন্দা করিসু হাযদ্রী অমুক্তা উন্নসি, অমুক্তগা উন্নখিসি।

চন্দ্রকুমার চঙলকই ইবেমুবীনা থোংদা লেপ্লী।

- তামো ঐবু কৌবিবরা ?

- হোই।

থোইবী হৌগংলকই

- অমুক্তগদি উন্নখিসি।

মহাক থোকখ্রে। হৌনা কৌরকই

- থোইবী।

মহাক্লা ওনথোরক্লগা, ঐ লাক্কে।

- সোয়দনা লাকউকো। পাওমেনখি।

ময়ুম য়োরক্লগা থোইবীহু করিনো জ্ঞান তাদবা অমা ফাওই। শুকথা থাজরুদবা থোদোক অমা মশাদা তারকই 'সিবু অশেংবরনে'সু খল্লী। অশেংবা নত্রবদি কনা নত্তে ইশামক্লী থেংনরুরিবসে।

শুমাং চঙখিবদা মহৌশাগুম মী চোম্লা লৈরম্মী। মবুং-মৌপ়া অঙাং ময়াম। ঙসিদি মাগীসু মী অমদি লৈবগুম তৌরি হায়বগুম

মৱোল লোম্না চঙখি অদুবু মদু কনাম্ব খঙহৌদে।

থোইবী নোংঙাল্লগা হেক চৎনিংবনি অদুবু করম্না চৎকদবা ইকাইজজে। মুমিৎ ফনা হৌজিনখি, নারোম্দা ইবেমুবীগী মনাক্তা লাকই চৎনবা থৌরাং তৌরকদরা অদুবু করিম্ব হৌদোরকত্রে।

থোইবী লাংতকনৈ ওনথোক্লা উননিংশ্রেদকো, মনাক্তা হেক্তা চৎলগা চেহু হংলুরসিরা — মনাকপু য়োৗরবদি চেগী দরকার লৈতেদ্রা য়োৗঙমদবগী ৱানি। লৈরক-কোনশাং মুনা মুনা য়েংজৈ ক্বোক-কা থেংনরবদি কয়াদা হুংঙাইজবা, অনুতাপনা থম্মাইদা তাশোম্না থিল্লী ঐসিনা ঐ ওইরমত্রবদি নহান্না চৎলগদবনিকো, মরাল লৈবগুম মতোমতা থাংজৈ।

থা হৌজিনখি অস্থুম্না অস্থুমক লোইনরগদরা খঙহৌদনা মপি তাখি। নঙস্থ মুপানি নোংমতদি থিরকপা ম্নাইকো, নৈহৎপিরবিহু মপুংক্লীংদা ৱারৌজৈ।

অয়ুক অমা ইবেমুবী হোবে হোবে লাকই থোইবীবু থোঙ্গালদা কৌথোকলৈ

- নহানগী থবকতো ঐ ওইরে, হপতা অনী শুরে ঐ থবক কাবা, চৎখিবদগী সোরারেম্না নঙবুতা হংই অমুকতা লাকউ হায়, মানদি নঙনা লাকতবোই নীংবজ্জাংনি। ঐনা লাকপা ঙমদহুনা তৌবনি হঞ্জিন হঞ্জিন হায়রবনি। ঙরাং অমুকস্থ হুন্না হায়রকই হন্দঙৌ করিস্থ হায়রক্তে লাকত্রবদি মাবু হাৎপা পাপ পু হায়রকই মহুদদি ঐস্থ ক্রিরহুনা চেলক্লিবসিনি।

ইবেমুবী পন্থরমত্রে চৎখ্রে। থোইবীহু নোকফেং ফিজিনা মচিন খুম্নলগা ইমুং চঙখি।

মুংথিলম্নি পর্দা তপ্না হায়গৎলকই। সোরারেন লৈরম্মী হরাওনা কৌরকই।

- চঙলকউ লাও।

টেবলদগী চে অমা লৌরগা কম্লিনো খরা ইরগা থোকখি থুনা হুক্রুগা

- লাকও, চৎশি লাকও।

- কদাইদনো ?

- মপান্দা চৎশি।

- মী ময়াম মমাংদা করিগিনো ?

- সিদদি মুংঙাইররোই হোটেলদরা কদাইদনোমা চৎশি।

ওফিসতগী খরা ভামথোররক্লগা লৈবা হোটেল অমগী টেবলদা মায়োক্লনা ফমিল্লররে। সোরারেন্না ৎপ্পা হৌরকই

- থোইবী ঐ নঙবু মুংশিখি হৌজিকসু মুংশিরি অদুবু ঐ নঙোন্দা করিমত্তা হায়হৌদে মরমদি ইশিংপা মুমিৎতুমক্কী য়ুম চঙখিবদা চিঠি লাকতুনা লৈরম্মী ষ্ট্রাইক লোইরে পরিক্ষা হৌরনি। পাবুংনা থংনবা মুমিৎতুমক্কী টিকেৎ ককলমলে, অহিংতুমতনি ঐনা য়ুমদা লৈরমলিবসে। পরিক্ষা লোইরগা খোরকপদদি নহাক মুপা অমদা লৈখ্রে হায়বসে অঙাংশিংগী মচিন্দগী খঙলে।

মিকুপ খরদং তুমিন লৈরক্লগা মখা অমুক তারকই।

- ঐবুসু লুহোংনবা শিল্লি অদুবু নঙবু কাউবসে ইঙম ঙমদে। তুপীশিং অদুগা ঐগা উন্নহল্লী মখোয়গী মমায়দুদা নঙ ওইনা হেক্না উরকই।

হকথেংননা ওনশিল্লক্লগা

- নঙনদি নত্রবনিন্না ঙসি ফাওবা লুহোংবা ঙমদতুনা লৈরকলিবসিনি, থোইবী ঐনা তৌগদবসিবু করিনো ?

থোইবী ইংনা মকা লাম্না

- ঐসু প্যাপ কিতুনা চেল্লক্লিবনি।

সোরারেন মমিৎতু য়েংলদুনা

- উম হাৎপদি শিরগা লোইরে মৈচাক ফাওদ্রে অদুবু মুংশিবা ফংদবদি চহি কয়ানো থা কয়ানো মৈচাক পুগদৌরিবসিবো, মতুগী পাপতি ঙমখৈ লৈত্রবনিকো।

থোইবীতু অসুক্কী মতিক মুংঙাই মতু মাগী মায়থোংনা তাকই। তানিংবা য়াহৈনা মনাকোংতু পিক থল্লি অদুবু হায়রকই —

- থেংজিল্লক্লে চৎশ্রগে, হয়েং লাক্কে।

- থোইবী মুংশিবদা ঐবু ম্নানোমবদি তাহনগনু করিগীনো হয়েং য়ৌগদৌরিবো ?

থোইবী তুমিন লৈ তাইবংগী চৎনরোল হৌনলোচৎ খঙলুরবসু মমায়দু হায়গৎপা ঙমদে তঙাং তঙাং ইকাইবা ফাওই।

সোরারেন তন্না হৌগৎলক্লগা

- লাকও চৎশি। মথুং চিংখৎলি।

মমাগা মুপী ৪/৫ গা নারোম্বা মচামুপাগী মনাক্তা চঙলকই মমানা

- ইবুংঙো নঙনা তৌরিবসিবু করিনো ?

হনুবী অমনা

- নুপা অমদা চেল্লুরে হায়বরা লৈরুরে হায়বরা করিনো তাইনে।

শ্বাইদগী অহন্দুনা অমুক

- নঙনা মুপী চেল্লক্লে তাবদা নমানা হরাওখিবনা লুহোংনবকা শিল্লুরবনি অতুগা কৈদৌরবা, মৌ ওইরুরে হায়নে।

য়ৌ য়ৌ হায়নরকই সোরারেন তুমিন লৈ।

মমানা

- ঙাওশিন্নসু ঙাওশিন্নসু থিনদোকউরগেকো।

- থিনদোকউনু।

মখা তারকই

নখোয়না লুহোংনবা শিল্লিবতু অতুম শিল্লু পৃথিবীগী লৈমাইথক অসিদা ঐনা লুহোংগদবসে মাগতনি।

মহি-মহি মমিৎ য়েংনখি লাংলমতু মখা তানরকখিদ্রে। ★

# ইজ্জৎ

মুমিদাংগী পুং ৮ হেনখ্রে। ইবেচাওবী কৈথেলদগী হল্লকই। মচাশিংনা কৌরকই

- ইমা চাক চারসি লাবগু।

- নপাদি চাথ্রবরা ?

- চাখ্রে।

চাক চামিন-চামিন্ননা মচা'না

- ইমা মী য়ান্না লাক্লমীকো, মুপী অনী হেক হেক লাকপত্তুস্থ য়াম্না কুইনা ভাইজুনা লৈরম্বনি অদুগা নহানমুক বাবাগা ফুনগে তৌবদো, অদুস্থ লাক্লম্বনি বাবা লৈতে হায়বদা ইমাবুস্থ হংলমী, য়াম শাওরগা চৎখি ইংখোল লৌনিকা হায়রম্বনি।

ইবেচাওবী চাক-কা চংউ য়াদে তানিংখিদ্রবা য়া ঙাক্তনি

- হৌজিকপো নপাবো কদাইদা লৈবগে ?

- থোকখিবতা ভাইরিবনি তা বিজু খায়দা লুদো শান্নবা ওই-রমগনি।

মুনাল মুমিৎচুপ্পা অমা ইমুংদা লৈরগা মুমিদাং ওইরগা থংনবদা করিদা ঙহাক থোকপসি মগায়। ইবেচাওবী মনিল নাইদে।

নোংঙালে য়াম্না ঙল্লি উচেক খোংবতা ঙায়রি। ইবেচাওবী মফি শেৎতুনা থোরকই। ‘থোংকাহ্রু লাওনা হাংদোক্তে নাম্মা হাংলগা হেক থোরকপগা অমুক চিংশিন্দুনা থম্মী। সিড়ি হেক কুমথবগা কোম্তোং-লোমদগী মুপা অমা চঙলকই। ইবেচাওবী খঙই মুনালগী স্কিমগী মীনি, পৈশা হুন্দুনা লোইশ্রবা মুপানি।

অয়ুক্কী তইং-তইংবা মুংশিৎনি, মুংশা থোরকতুনা লুম্ন ফাওবা শাত্রি, ইচিক চিক্লিবা পুংজানি অত্থবু মুপাহ্রু খোইশাওননা কাম-থোরকই।

- ইবেম্মা মুনাল নৈত্রা ?

মশক উনিংখিদ্রবা, উন্নদনবা চেল্লিবা মীনি অত্থবু উৎলুবা য়াদে তরাম্না ওকচৈ

- তাদা লেঙশিনবিরকউ।

ইমুং চঙখি মোরা অমা পুথোরক্লগা ফমহল্লি। লাক্লিবা মুপাহ্রু অমুক হন্না

- মুনালবু নৈবা নত্রা ?

ইবেচাওবী খৌতকতি তৌখি অত্থবু খঙহৌদে তপ্না

- অত্থনিনে তাদা, ঙরাং অয়ুক ঙন্তানা ককচিংগী মুপাহ্রু উন্নগনি হায়তুনা চৎখিবদগী হল্লকত্রি। ঐস্রু মুংশা থিতুনা হায়থরগা য়েংলুগে হায়তুনা তৌজরমল্লিবসিনি। খৎন-চৈনববু থোক্লবরা খঙদে।

লাক্লিবা মুপাহ্রু হায়নবা ব্রা নৈহনদবমক নত্রবস্রু মপাঙ্গলদি হস্থহল্লি। ককচিংগী মুপাসি নৈরমদ্রবদিনে...... চৎলুদ্রি, উন্নদে মানা হেক্তা ফৈগাক ফৈ, মহাক্কী ব্রারীনা ব্রা ঙাংফম হেক্তা নৈহনদে, ককচিং পল্লকপদা হেন্না খোইশাওনহল্লি হায়রকই

- খঙদে ইবেম্মা ঙাইবা য়াবা মতম ঙাইরে য়েংবা হৌনবমখৈ য়েংলে। হন্দকতী ঐ ঙমলরোই, ঙসিদগী থা অমা ফাবদা শুরবস্রু শুদ্রবস্রু থরা পীরকত্রবদি ইংখোল লৌরনি ব্রারৌবা য়াদে, ঐবু ফত্তে হায়ম্নকো।

মখা তাদে ফুক হৌগৎলি, থোকখি। ইবেচাওবী থেমনবা ৱাহৈ লৈতে শেন্থৌবা লাকপনি পীবা ঙমদবনি।

থবক চৎকে হায়দুনা থোকললকপনি অত্থু থোক্তে ইমুংলোমদা চঙলকই। খোঙ্প্লেলদি তপ্পা শুর ৱাংনা

- নঙগী কুলধজ হায়দু লাক্লম্মী, ইংখোল পাট্টাদু উৎলম্মী। থা অমগী মনুংদা থরা শিংগৎলকত্রবদি ইংখোল লৌরনি হায়রম্মীনে।

মুনাল কাংখল মনুংদগী হংলকই

- চৎগ্রবরা ?

- চৎগ্রে।

অমুক হায়থরকই মসিদা উন্নদনবা হায়দুনা ঙন্থানা থোকচবসিসু মখোয়না হেন্না ঙনগ্রে হায়দুনি।

হঙ্গৎ-হন্দা ইমুংদা চৎতুনা লৈ। মচানুপা হন্দক মেত্রিক থাগ- দৌরিবদু লাইরিক পাতুনা লৈ, তৌনরিবা ইরাংদু মাসু লোইনা তায়, উই ঙসিতগী অনৌবা নত্তে। পাখং ফাগৎলকপগী মখোলকা থরা থরা ওলক্লবা মতমনি মমাদা হায়রকই

- ইমা ঐ আসামদা উ চীংবা য়াওরুগে।

ঙসাইমথৈ খোইশাওননা ঙাংলম্বশিংদু থঙলৈ লৈখি, মচাগী মনাক্তা চঙলক্লগা তপ্পা

- ইবুংঙো অতুম্নকা খনগনুকো, অতুগুম্বা ৱা কা হায়গনু, মীগী মরলশিংশি শিংনবা নঙ বাবাগা ইমাগনা কন্না হোৎনরিবসিনি, মীগী মরলশিংশি শিংদবা য়াপোৎ নত্তে শিংগদৌরিবনি অতুগী তাম্ন- রিবনিনে। মচাগী মকোক্তা নানবিরগা নঙগী লাইরিকতুদুম কন্না পাউ পাস তৌনবা।

মমাদু মচাগী ৱাঙাং তাবদগী মফি-মরোলকা লোইনা হোংদোক- খরে। ইমুংগী থবক থরা তৌশিল্লি। হৌগৎতবা মচাশিং হৌগৎলো হৌদোকই মপাবুদি হৌদোকতে মানা হেন্না ৱারিবনি পুং ১২ হেন্না কাঙখল মনুংদা লৈগদৌরিবনি।

মখোয় মতৈ-মনাওসি মীগী শেল পুশিল্লগা শিংদবা মীহুদি নত্তবনি অহুবু ঙসিদি মীগী শেল শোকচিল্লগা শিংবা ঙমদবা মী ওইনা লৈরী, থথা নত্তে লুপা লিশিং কয়ানি পুখরিবা। শেন্থোবা লাকপনা মতৈ-মনাও অনীমক কোযবৈ লৈহুনা হিংনরিবনি। ইবেচাওবীদি মুপীনিনা থরহুম ফৈ থরা মেঙ, থরা সিথসনা, খবা য়ারী লী, মতুংদা থীনা হায়মজরবস্থ অহুম মচংলি অহুবু মুনালদি মচিংস্থ ফত্তে ফিংস্থ ফিংই শেন্থোবা লাকপদা 'নঙগী পৈশাদো কম্রিস্থ হাৎলোই থাজদ্রগা পাট্রা পায়জো' হায়রুবদগী ঙসিদি শেন্থোবা লাকপা কুলধজনা ইংখোলগী য়া পনবা হৌরম্মে।

পুখখ্রিবা শেনফমশিং অসি মুনাল মথন্তগী দায়িদি নত্তে। মানা কো-ওপরেটিব বেঙ্ক লিংখৎতুনা, স্কিম হৌহুনা পৈশা জোম জোম লাক্লিগে, ইবেচাওবীনা মরুপ পুরিগে মখোয় লুংঙাইমিন্নখিবনি লন্নাই পৈশা লোইশিন্দুনা পুখখিবা শেনফম নত্তে। ককচিংদা লৈ হায়বা মুপা অমা মুনালগী স্কিমদা শরুক য়াখি অমত্তা নত্তে সিয়ার অহুমনি। মানা সিয়ার অনী লৌথোকখ্রগা মাঙখিবদগী মুনাল ফিভম শোকখিবনি। ইবেচাওবীগী মরুপনা আইতে-জাইতে ফনা হোৎনরগনি অহুবু মেনখোক মেনশিন হেনমনখিবদগী মাগী মরুপস্থ লোইদনা কায়খি। ঙসিদি মখোয় অনীমক সি য়োরে।

ককচিংগী মুপাহু য়াম্না তাম্নরগনি হৌজিকস্থ তাম্নরি মঙোন্দা শেনফম চাউই। মাবু তাম্নবদা ককচিংদা লৈরবরা হায়বা ফাওবা হংলকপা য়াওখ্রবনি। থিগৎলকপদগী মহাক্তী ককচিংদগী ওইরমদ্রে। মোইরাংদা উরণী হায়বদগী মোইরাংদা কয়ামা অমুক থিরুরবনি। লৈহৌই লৈহৌই হায়বা মফম খুদিংমক শিন থুংলবনি সেকমাই, লিলোং, কোন্থৌজম অহুবু মহাক লৈমুং চঙগ্রমালে ঈ-পাউ তাদে।

ঙসিদি চিন পুখরুবদগী মখোয়গী য়ুম কুলধজনা লৌথ্রে। উপায় লৈতবনি, পুখরবস্থ মসিমক্তি তাদবা য়াবনি অহুবু মুনালগী কম্বিদগী ময়ুম থাদোকই। ইবেচাওবী ওখোংনা কপনিংই মাগী মুপাবুস্থ য়ায়ৌই।

নোংমা মতৌ-মনাও য়াম্না কন্না খংনখি ইবেচাওবীন্না কন্না হায়জখি 'পাট্টাসিদদি শীখিনুকো' কয়া খংনরবা মতুংদা মুনালনা 'ঐ কোক তেক শিদোকখিনিকো' মতুগী মতুংদগীদি মখোয় কয়া কন্না খংনত্রে কুলধজনা তকশিল্লকপন্না হেল্লে।

লমশাংদা ইবেচাওবীগী মন্দোমচা অমগী শঙ্গোয়দা মখোয় লৈ। ইবেচাওবীনা হোৎনবা হায়রবু য্বাই মডাইরে। অরূপ-অতাও পুতুনা য়োল্লি, ইয়োংফি পুতুনা চৎলি মাঙবা নত্তে অতুবু পুখখিবা শেনফম মেনখৎপা ঙমদে।

মুমিদাং অমা মুনালদা হায়

- ঐ মোরে চৎলুগেদো।

- মোরেদদি কৈদৌবা ?

- মোরেগী ফি-রোল পোৎচৈশিংসে মীশিংশিনা য়াম্না পাম্না লৌনৈ, ঐনা য়্বানা য়োল্লগা শেন্দোং অয়াম্বদি ইচেতোম্বীগী ওইরবনি।

মুনাল শানরম্বা য়্বারীগী শুরদগী অতোপ্পা শুরদা খঙওন ওল্লগা

- তৌ লাক্কনু তো লাক্কনু মোরে চৎপবু ফজবোই নীংবরা, মোরে চৎপী হুপীবু মুপীরা হায়নরিবনি।

চয়োল ফাদে ইবেচাওবী মোরে চৎখি মুমিৎ হুমনি লৈরগা হল্লকই পোৎশিংতু থাদোকই তককনি শুবদা তংখায়মক য়োত্রবসু ফনা ফজনদি তোংই। ইবেচাওবী লৈঙমদে পৈশা হেন্না পুতুনা মথং চৎখি।

ঙসিসু মহাক মোরেদগী পোৎ ময়াম অমা পুরতুনা হল্লকই। মুমিদাং ওইরে। মুনাল লৈরমদে ইবেচাওবীনা হংলকই

- নপাদি কদাই চৎখি ?

- ঙরাংদগী হল্লকত্রি

- কদাই চৎকনি হায়রমবগে ?

- খোংমনগী কাকা ইবোমচা খোয়দা চৎকনি হায়রম্মী।

ইবোমচা খঙই মাগী য়াম্না লুনা ত্মিন্নবা মরুপনি উকিলনি। ইবেচাওবী মথা তানা হায়রকই

- অদো লাকত্রবদি নখোয় কনানো'মা চৎহুনা য়েংলুবা য়াদ্রা।

নোংঙাল্লগা মচানা চৎতুনা য়েংলুই লৈহৌই তম্মী। ইবেচাওবী মোরে অহুমক চৎখি। মহাক্না মোরেদগী হল্লকপদা মাগী মপুরোইবা লৈরম্বা য়াওই লৈরমদবা য়াওই। মুমিদাং অমা মচানুপীনা

- ইমা ঐ ঙসায় ঐখোয় য়ুমগী মমাংদা চৎলুইদো, ঐখোয় য়ুমদো ভারা ওইরমালে ময়াং লৈহৌই।

- নঙদি কৈদৌবা চৎলুরিবা?

- ইমাম্নবদগী লাইরিক লৌবা।

ইবেচাওবী মখা তারকখিদরে তুমিন লৈখি। মাদি ময়ুম মপাহু চৎখিদবা কুইরবনি, চৎলোই হায়না চৎতবনি। নোংমা ময়ুম মপাদা চৎখি মপাহু য়ৌরকপদা মখোং থাংবা থোকখিদে মথন্তা লেপচখিবনি। অকোয়বহু কোয়না য়েংই, শুমাংহু ফক্লোং থরা খাজিনখ্রে। লায়না উজবা ফংবা শাইজিন-শায়াহু য়েংজখি। কোম্তোংহু হাংদোরক্লগা শারী শেংপী মুশিল মুবী মুপী অমা থোরকই খঙহৌদনা মপি তাখি। য়ুঙাওবা মুপা অমনা চঙশিল্লগা হংলকখি 'ইবেম্মা কৈদৌরে কপলবদি'।

মুমিৎ অহুদগী মহাক থোংদাক্লদ্রি।

ঙন্তানা ইবেচাওবী মচাশিংদা শিন্নবা য়াবা পোৎ পৈশানচিংবা শিন্নরম্লগা মোরে পাংখ্রে। মতম অমদদি ইবেচাওবী মচাশিংদা শিন্নবসি য়াহে নত্তুনা লৈরমদ্রবনি অহুবু ঙসিদি মান-চাং পৈশা থরা চোংথোরক্লে, ললোনশেনহু শেনমিৎ চাউরে।

লিশিং কয়ানি মানা পুরকপা লোইনমক লৈথোকই ময়াম্না তপ্পকপা, পাম্নহৌবশিংহু য়েংহুনা, শেন্দোং চাউনবা হোংনৈ।

পোৎ-চৈ পুম্নমক বসতা হাপকংখ্রে গাড়ী ষ্টার্ত তৌরকই। হন্দক্কী পোৎ য়াম্মী পৈশা য়াম্মী। ইবেচাওবী লাই খুরুম্মী ময়ুম থুনা য়ৌনবা। গাড়ীহু ষ্টার্তকী নীকপতনি হৌরিবা, লেঙবু লেঙদ্রি মথং মথং কুমথনখি। ইবেচাওবী মনীং ওইরপ্পা ফম্মী। তিঙক্লনা য়েংহুনা লৈ হংলকই

- কৈদৌরগে ?

মুপী অমনা

- হায় কুমথরকখো হায়য়ে।

ইবেচাওবী ময়োম অনী অহুমসু মনাক্তা কোন্দুনা ফমলম্বনি থনম্নগা তপ্না কুমথরকই। মখোয় খরা কাখৎখি বসতু খি-হুমী। মী খরদি থাদোকখরে মখোয় খরদি চৎপা য়াদরে মফম অমদা লাকউ হায়রে। মমাংদদি পৈশা খরা খরা খায়নরগা হেক য়াবনি হন্দকতি করিনো মরৈ থাংবগুম ত্তৌই, পৈশা চঙদে। ইবেচাওবী ময়ুম থুনা য়ৌনিংবহু য়াদে মখোয়গী মখুৎতা লৈ।

মুমিৎ চুপ্না অমা হৌজিনখি, ঙাংনবদা য়াদে। মাগা ফামিন্নবা চন্দ্রমুখিদি য়ারমাল্লে নোংঙাল্লগা চৎখ্রে। চন্দ্রমুখিনা চৎখ্রিবা মচৎতুসু ইবেচাওবী চপ চানা খঙই অহুবু মহু মহাক মপুকনিংদা য়াবা ঙমদে। ইবেচাওবী শাওনিংবনা মৈ হৌই পোৎশিং অহুগীসু পাখৎলি হম্না হম্না ঙাংনৈ য়াদ্রে অরোইবদদি চন্দ্রমুখিনা চঙখিবা মফমহুদা মহাকসু তঙাইফদনা চঙবা তাখি।

খোররুগা ইবেচাওবী খোইদৌ শাওগৎনা মপুক্লিংদা হায় হে হে ······ হে হে। রাকৎফম লৈবা নত্তে মপুক মনুংদা অমুকসু হে হে ······ হে হে।

নোংঙাল্লগা ঙন্তানা মপোৎ পুম্নমক গাড়ীদা হাপকৎলগা ময়ুম মায়কৈ পাংলকই। ময়ুম নকশিল নকশিল্লরুগা মুনালবু নীংশিংবা হেল্লকই 'মোরে চৎকনু, মোরে চৎপীবু মুপীরা' হায়খিবা রাকমহুগী রাহনথোক ঙসিতা ফংবগুম ত্তৌরি। মপুক মনুংদা মওল মওল খল্লি

১ - নঙ ইজ্জৎতি মাঙলেদো।

২ - করিনো হায়রিসিবো ?

১ - মুপী ওইবীগী ইজ্জৎতি মাঙলে হায়বা।

২ - ইজ্জৎকা হায়মুদা, ইজ্জৎ হায়ববু করিনো ?

১ - নঙনা ঙরাং মুমিদাং মখোয়গা লৈমিন্নবদো······

২ - মতুনা অশেংবা ইজ্জৎ ওইরবরা, মতুদি মফম মতমগী মতুংইন্না জগোই শাবনি

১ - মতুবু করিস্থু লৈত্রবরা ?

২ - উপায় লৈতবনি, লৈতে হায়না লৌরো

১ - অতুদি নঙসে শা তারে।

২ - শা নত্তুনবু থম্মোইগী মপুগী মনাক্তা লাক্লিবসিনি শা ওই-রম্নবদি কোইচৎ চৎলম্বস্থু য়াই। হকতিম্নবা হায়বসে নুংশিবা, অপান্বগী তাইনকমনি।

১ - এ! অতুদি নঙগী ঙরাংগীতু নুংশিবগীরা চান্নবগীরা ?

২ - নুংশিবগীস্থু নত্তে চান্নবগীস্থু নত্তে, নহানমখৈ ঐহাক শা থেংনদে, অসিগুম্বা শা অসি থেংনব্বা কয়াস্থু য়াওরমগনি অতুবু লাইবক থিবদগী ওসিদি ঐস্থু শা থেংনরুরে। মসিদা-মী অমগী ইজ্জৎ হায়বতুদি ওইহনগনু।

১ - অতুদি ইজ্জৎতি করি ওইগদৌরিবা ?

৪ - ঐগী অচুম অরানতুদি খণ্ড। চাওথৎলবা সমাজদা পুন্সিগী ইজ্জৎপু মসিদা থমনম্না হংলুচো চৎলু।

শাওত্তুনা রাখলগী হৌগৎপন্না গাড়ী থাত্নুনা ময়াম হৌগৎনবগা চপ হেক মান্নে। ইবেচাওবী জ্ঞান থংতা তাব্রকই।

য়াচঙলে, ময়োম ময়াম অমনা য়োমত্তুনা সেনু পোৎপুদা ইবে-চাওবী ময়ুম চঙলকই। মচাশিংনা ওকই দাড়ী কাখৎত্রি হংলকই

- নপাদি ?

- নহান্দগী হল্লকত্রি, হন্দকতী শুকলাক লাকতে য়াম কুইরে লাকতবা।

চৎপা মখৈ চৎলগা রাবা মখৈ রারবস্থু ময়ুম য়ৌরক্লগা অবা-পোখাই অতুবু ওসিদি মুনাল লৈরমদবদা ইবেচাওবী রাখল নুংঙাইতে তয়াং-তশোই, মচাশিংদা মপাগী রাতা হংই।

নোংঙাল্লগা মশামক ইবোমচাগীদা চৎলি। মুনাল তাইপ তৌত্তুনা

লৈরম্মী।  মাবু থেমসু থেমনিংই মানা হায়বা ইন্দবগী, শাওসু শাওনিংই য়ুম থাদোকতুনা লৈবগী। অদুগা অমুকসু হায়জনিংঙি মরাল লৈবা মীগুম, অদুবু মদু পুন্নমক নাথৈরম্নগা মহৌশাগুম হায়রকই

- নঙদি সিদা য়াম্না মুংঙাইনা লৈরিবজাৎনি ঐখোয় ময়ামদি য়াম্না পাখৎনরুরে।

মুনাল পাক খুময়কতে।

- রা অরুবা তান্নগদবা লৈ চৎলসে।

মদু ফাওবা মুনাল রা ঙাংদে। ইবেচাওবীদি হায়নিংবনি 'নচাশিংনা নঙনা তৌরিবসি য়াম্না চুমদে ঐ লৈত্রগা মখোয় ঙাক্তা লৈবদু য়াম্না কিজৈ' অদুবু মদু মাগী অশাওবী ওইখিগদরা হায়দুনা ফোঙদোকত্রে।

- চৎসে আদা চৎলসে।

নাল শাওরংননা

- চৎখ্রো চৎলো।

- ঐগা লোয়ননা চৎখ্রসে

- ইঃ রা মখা তারক্লদু কুম্মৈ তানি, চৎখ্রো চৎলো।

ইবেচাওবী পংকুই কুইনা লৈরমদ্রে অদুম লাক্লে।

ইবেচাওবী কুলধ্বজ উন্নরুদুনা রা ঙাংনরুই পাট্টাদি পুরক্লে অদুবু ময়ুম চঙবদি য়াদ্রি পৈশা খরা বাৎলি।

মহাকসু খল্লী মোরে চৎপসি তোল্লগে অদুবু অমুক্তংদি চৎলুদবা য়াদ্রি, জিৎ সিংহদা পৈশা লৈহৌরি চৎলমদাইদা মহাকা উন্নরকখিদ্রে।

ইবেচাওবী মোরে চৎখ্রে হন্দক্তী মোরেদগী পোৎ অমফাওবা লৈরক্লে পৈশা লৌশিল্লগা কনাগীসু মপাল তাংদনা হল্লকই।

ঙসিসু হেক হল্লকপগা হংই

- নপা লাক্লবরা ?

- লাক্তি

মফি হোংদোক হোংদোক্লা

- মাবো অহুম্না চেল্লগা হিংগনি হায়বরো, ঙাওশিন্নগা পৈশা

শিংবা ঙমগনি হায়রবদি ঐস্থ ঙাওশিন্নরগে, করি থোকএ হায়ত্তুনা তৌজশারিংনো, হন্নুথংদা ...... মচাগী মমাংদা ইকাইদে হায়বরা...... ।
কল্লক পেন্না চৈ মশা লৈত্রিঙৈদা।

ঙসিদি লমশাংগী শঙ্গোয়গী ইমুংতু মখোয়গী ময়ুম অশেংবদা লাক্লে। মচা মরিমক হরাও তয়াম্মী ইমুংতু ঈশিং হৈতুনা শিং শেংই। মচাশিংনা হায়

- ইমা ফক্লাংসে খরা হোরে, অস্ট্রসে খরা কায়রে...... ।

- ইবেম্মা কায়সনু কায়সম্থু শেংনা শেংনা চামথোকউ

অমুক হন্না লৈবা ফংলরোইদরা খল্লহনি হৌজিক্তী চীংনবা লৈত্রে। মহাক য়ান্না ফুংঙাইজৈ।

ফুমিংসিদি মমখিবনা হান্দুনা নঙহৌদ্রে নোংঙাল্লগা মাঙ্গোলতু রাই তৈথোক্লগা খরা শেগাইজরবস্থ ফমনফক অমা থাত্তুনা থম্মী। মখোয় লাক্লে তাবদা থংনবা য়ুমগী ইনে তোনদোনবীসনা লাকই ফুংঙাইবা ফোংদোকলৈ

- অত্তুনিদনা ইনাওসিদি মী হায়বসিদি ইজ্জং লৈনা হিংগদবনি ইনাওদনি ইজ্জং লৈবা...... কয়াদা ফুংঙাইরবা।

ইবেচাওবী মকা তিংনা নোকই

- হোই ইনে ইজ্জং হায়বসিদি ইজ্জংনিকো। —

ইবেচাওবী মোরে পাংলুদ্রে, মরুপ-মুংলুপ অমুক লিংথংত্রে। নোংঙাল্লগা কৈথেল চংলি সন্ধ্যা ওইরে হল্লকই, হেক হল্লকপগা মপাবুঙা হংই। মুনালদি শুবলাক লাকতে। মচাবু থাত্তুনা য়েংহল্লি মশামক্তি চংলুদ্রে।

মুংথিল অমা মুনাল ময়ুমদা চঙলকই মচাশিংনা তাকলকই
'ইমা বাবা লাকএ'।

মমা মনিংলোমদগী চেনথোরকই।

মুনাল মহৌশা মাগী কা ওইখিবা কাত্তুদা চঙলকই কাতু মমাংঙৈদদি লৈতেং কয়া স্নাওখিবনি ফুলগ্রাসনচিংবা, ঙসিদি মত্ত্রগুন্ধা অমত্তা

লৈতে রাইদি নাননা ভৈ ; মহুনা রাখলদি ইংহল্লি।

ইবেচাওবী তগা তহা চেনথোরকই। মিংশেল য়েংঙক্রবসু মখুৎনা মশমহু নানথৈ। লময়ায়দগী লাউরকই

- হায় হায় নপাগ্গি চা।

মুনাল মফি হোংদোক্লম্মী। মুংভাইবা, হরাওবা, মুংশিবা পুম্নমক লোয়ননা কৌরকই

- 'মৌইবাবা'

মুনাল খুমদে মতুং ওনথোকতুনা লৈ, মিং নহানদি খজিক্কং য়েংখিবরা। মচানা পুরকপা চাহু লৌরগা মনাক্তা লেপ্লী। মুনাল করিস্থ নাচুংদনা মাগী কমুংহুদা হিপথৈ মমায়হু ফক্লাংরোমদা ওনশিনখি। ইবেচাওবী খল্লী হিপচসমু কুইনা ফংলকত্রবনি। মাস্থ গ্লাসতু পায়না পায়না কাংখোল মচিহুদা খিত্তং ফম্মী

ফনা কুইনা নৈরগা তপ্লা

- মোইকা চাসে ইংগ্লিস্নে।

মুনাল মশাদি লেঙদে মমায়হু খজিক্কং হায়দোরকই। ★

# মখোয় অহুম

ঙরাং মুথিল সুরজ পার্ক'তা সুন্দরলালিগা শকখঙনরুবদগী মখোয় অনীমক মুংঙাইবা অমা হেনগৎলকপগুম তৌরি, মহাক্কী ৱাখলদা তাওরী অহুগা সুন্দরলালিসু মখোয় অনীবু মিকুপ অমত্তা কাউবা লৈরক্ত্রি।

মখোয় অহুমক কলাকার ঙাক্তনি। মখোয় অহুমনা অহানবা শকখঙনবা মুমিৎতুদদি মখোয় মখোয়গী মশাগী মহৈ-শিংহু অমত্তা হায়দোক্লখিদে। মখোয় অহুমমক য়ানখি মহুদি 'মথং নোংঙাল্লগা মতম অসিগী মফম অসিমক্তদা উন্নসি মহুদা মখোয় মখোয়গী হৈনবীহু প্রজেক্ট তৌনসি'।

ঙরাংদি সন্ধ্যা মতুংদা মখোয় অহুমক উন্নে। পার্ককী মৈঙালদনি মখোয় ৱারী শানখিবহু। ঙসিসু সন্ধ্যা মতুংদা মখোয় উন্নগনি। অহুবু নেপ্রাগা এদিলগদি সুন্দরবু উনিংবনা লৈবা ঙমদ্রে সন্ধ্যাদি য়াম্না ৱাংলি। মখোয় অনীমক মফি-মরোল শেংচিল্লগা চৌক্রি অমমমদা ক্ষমহুনা থোংনাওগী ৱাংমদা য়েংহুনা লৈরে। নেপ্রানা হায়রকই

- চংলসিরা ?

এদিলনা খুমলকই

- হায়নখিবা মতমদি য়াম্না ৱাংলি । অদুবু ৱাহৈশিং অসি হায়বা লোইহিদ্রিঙৈদা মশামক হৌগৎলকতুনা মখোয় অমীমক কাপ্পদগী মপান থোরক্রে ।

মখোয়না স্বরজ পার্ক য়োৎরকপদা নুংশা লৈরী । মখোয় অনীনা খৌরাংলিবা মীশক অদুনা মফম অদুদা মখোয়বু ঙাইহুনা লৈরমলে মখোয় অহুম্মক অহানবা উনবমকতদা নুংশিনা নোকথোক্লরক্নে । অমনা অমবু নুংশিবগী চাংদা অহানবা ৱাহৈ পীনরে অদুগা উদবগী অরাবব শিংথানরে ।

মখোয় অহুম্মক মমায় ওনশিন্নদুনা ৱারী শান্নরে

- সুন্দর নঙনা কলকতাদা লৈরগা মৈতৈলোন অসুক ফজনা ঙাংলমলিবসি করিগীনো ?

- ঐদী মণিপুরদা য়াম্না কুইনা লৈরম্মী । ঐগী এম: এ:সু মণিপুর ইউনিভর্সিটিদগীনি ।

ফন্না কুইনা ৱারী শানরবা মতুংদা সন্ধ্যা ওইরক্লে মচু মচুগী মৈ থানগৎলক্লে ঈশিং পেরে কাপথৎনরক্লে । পার্ক অদু হান্নদগী মী য়ামথৎলকই । মখোয়না মফম অদুবু থাদোক্লমলগা খরা চংখোরক্লগা লৈবা অপাকপা নুঙগী ফম্বাক অমা লৈবদুদা মায়োক্লনা ফম্মীন্নরে । ঙরাং হায়নখিবগী মতুং ইন্না মশা মশানা হৈনবীহু মখোয় অনাগী মাংদা থম্নরে । ইহানহানবমক্তদা এদিলনা ঙরাং মখোয় অহুন্না উমিন্নখিবা মফমসিগী অয়েকপা দৃশ্য অমা থমলে । মসিগী মতুংদা নেপ্রানা নুংশিরবা বাঁশি অমা খোংদুনা তাহল্লে মদুগা থংননা অতোপ্পা মথলগী যন্ত্র অমসু তাহল্লে ইরোই লোইবদা সুন্দরলালিনা নেচরবু থাদুনা ঈশৈ অমা মখোর অনীবু তাহল্লে । মখোয়না ফন্না থেংলবা ফাওবা ৱারী শানদুনা লৈরম্মী । সুন্দরলালিনা অহানবা উন্নবগী দৃশ্য অদুবু মাগী কান্দা থেংপ্রে ।

নেপ্রা অমদি এদিল মখোয় অনীম্মক পিশক পিক্লিঙৈদগী লোই-সরক্লবমি অমনা অমদগী হেন্না তিন্নদে সুপনতগী মখোয় অনীতমক

ভিরে। এদিলনা লাই য়েকপদা মাগী মুখৌ, ওই অতুগা নেপ্রা'না ব'াশি খোংবা অমদি তবলা য়েবনচিংবদা খোইদোক্লা হৈ-শিংই। মখোয় অনীমক পোক্লফম লমদম থাদোকতুনা নাগালেন্দা কয়া'মা আসামদা কয়া'মা হৌজিক অমুক কলকতা সহর অসিদা লৈররী। সুন্দরলালিগা খণ্ডনরুবদগী মখোয়না মথং চৎবদবা লম অদু হৌজিক ফাওবা খন্নদ্রী। সুন্দরলালিসু কলকতা সহর অসিগী মী নত্তে। থা অমগী দমক মফম অসিদা লাকপনি অতুবু চহি ফারক্কদৌরে মসি ফাওবা মহাক চৎপগী আশা লৈত্রী মখোয় অহুম্মক মুংঙাইমীন্নতুনা মফম অসিদা লৈরক্নি।

মুমিদাংনি, ঙসাই মু'থিললদগী এদিলগা নেপ্রাগসু সুন্দরগী কাদা ফমতুনা মথল কয়াগী ৱারো শাতুনা ফমলি। সুন্দরনা মখোয়গী চানবা হৌরি, ইখঙ খঙহৌদনা এদিলনা

- ঐ হাল্লমলগে

মখোয় অনীমক ইঙক ঙকই কৈদৌরবগে হংই অতুবু ৱাহং অতুগী পাউথুম এদিলনা পীবা ঙমখিদ্রে।

হন্দক থা ২/৩ অসি এদিল করিনোমা ইতৌ তৌই ইচোক চোথকনা উই মাগী লাই য়েকপদা পুক্লিং ইচং চংদবগুম তৌই। অতুগা নেপ্রাগা কা অমত্তদা পুন্না লৈমিন্নরম্বদগী অতোপ্পা কা অমদা লৈরগে হাযনা হোংদোকখি মতুদা নেপ্রানা য়াদবা ঙমদে মরমদি এদিলদি পোকপদগী মুপীগী মুংশিবা খঙলকত্রিবনি, কনাগুম্বী অমা মুংশিরুবদগী মপুক্লিং ইরাং লাঙম্বসু য়াই মহাক হন্দক ঙাওই। নেপ্রাদি মফম খুদিংমক্কী মুংঙাইবদা য়াওবা ঙম্বা মীনি। মাগী মমায়তু মতম পুম্বদা নোকমি নোকমি তৌত্নতা লৈ। এদিলদি ৱা কয়া ঙাংগন্দে নেপ্রাদদনি মনিংতম্না ঙাংলিবা মথংদা সুন্দরদনি, অতৈদদি তুমিন লৈ। মখোয় অনী পোকপদগী মুংশিনরকই লমচৎতা থরা খেন্নবা লৈরবসু অমনা অমগী মমিনি থম্মোই অমত্তনি, ৱাথল অমত্তনি হকচাংদনি তোঙাল্লিবা। মখোয় অনীমক্কা সুন্দরলালিবু মুংশিখি অতুগা সুন্দরনসু মখোয় অনাবু

মাগী থম্মোইদা খেন্না. থম্না'ভম্মখিদ্রে।

হন্দক মরকসি এদিল মাগী কানদী ইৰেল হেক্কোকক্কে মম্মর অতুনা নেপ্রানা মথন্তা সুন্দরমীদা চংলে।

- এদিলদি ?

- মহাক্কী ওসাই অয়ুক মমলি মমলি ত্তোবদগী জিপতা পুন্থনা চংল্লে ।

- কদাইদা ?

- অসানসোলদা ।

- করিগীনো ?

- মানা চৌধুরি সাহেবকী মচাম্নপীগী লাই অমা য়েকই মতুগীদমক ম'ৰু পার্টি অমা তৌগ'নি হায়। ঐবুসু চংলুশি হায়রম্নি অতুবু সুংথিল থবক অমা লৈত্নুনা ঐ চংহৌরবনি ।

ইথড থডহৌদনা অথেংবদা এদিলসু মফম অতুদা লাক্লে। মহাক য়াম্না চোকথনা উরে তপ্পা চডলকতুনা

- ঐ, ঐ য়াম্না ৰারে, ঐ ওহাক্তা পোত্থাগে।

নেপ্রানা আরাম চৌক্রিতুদা ফম্মথু হৌগংতুনা এদিলবু ফমহল্লি মহাক্না অতোপ্পা চৌক্রি অমা চিংশিন্দুনা ফমলে, হংলকই

- হৌজিক্তা হল্লক্লিবরা ?

- উম। ওসাই অয়ুকতগী চংখিবনা পুং ১০ মুকতা মথোয়গী মম্নুম য়োই মূম অতুসু চীংথক অমদা লৈ তংখায় ফাওবা গাড়ীনা চংলগা খোংনা য়োই হেক য়োবগা চাক চারে। ওহাক পোত্থারগা মী লাক্লবা অতুমক হৌরে।

ওহাক তুমিন্না লৈরুরগা অমুক

- ঐনা হাম্না য়েকখিবা পিকচর অতু হাম্না পুখোকতুনা থনম্মী অতুদগী চীংথক অতুদা উবা দৃশ্য অতুবু য়েকউ হায়তুনা লাক্লিবা মীওই পুনমক্না হায়রম্মী। ঐসু নোংপোক ওন্দুনা উবা দৃশ্য অতু থুদক অতুদা য়েকলম্মী। চৌধুরি সাহেবনা ঐবু নোট চবুল অমা পীরম্মা

অতুগা মচান্নুপীনা লৈপরেং অমা শিবীরম্মী। ঐবু নোংঙাল্লগা চৎনবা ঈশ্বমন্নুদা লেক্লবা ছায় অতুবু অতুমক্তি ঐ য়াবা ঙম্মখিদে অতুদগী হৌজিক থিল্লক্লিবসিনি।

- য়ুম য়ৌরুদ্রিবরা?

- য়ৌরুদ্রি, মর্তম অসিদা লৈহৌরগে হায়তুনা লৈহৌরিবনি।

- সুন্দর ঙসিদি য়াম্না মুংশিবা ঈশৈ অমত্তা তাহল্লু।

- হোই, য়াই।

সুন্দর তানপুরা পায়খৎতুনা ঈশৈ শক্লে নেপ্রোনা তবলা য়েরে কাহ্নুদা মখোয় অঙ্গম্মক রাগদা তাওতুনা লৈরে।

ফনা খেংলে এদিলনা

- চৎল্লসিরা

- করিস্নু চাদনা চৎলবদি সুন্দরনা মুংঙাইয়রোই

নোংস্নু খিংলি খিংলি চুরকই। সুন্দরনা চানবা পুখোরকতুনা চামিম্লরে।

- নোংস্নু চুরে ঙসিদি অসিদা লেকপ্রো।

এদিলনা খোংনাওগী পর্দাদু চিংথোকতুনা য়েংলুরগা

- কিলোমিটর অমগী লাম্বী অসিদা নোংদা অসিনা ঐখোয়বু চোৎহনবা করিস্ন ঙমলোই।

মথংগী মুমিৎনি মুংথিলগী পুং ৩৷৷ তারে মসি ফাওবদা ঙসিগী মখোয় অঙ্গম্মক অমত্তা উন্নদ্রি। ঙরাং ঙম্না উন্নসি হায়নখিবনি।

নেপ্রো মতু ইশোন শোন্না দলানগী সিড়ি থাকশিংদু মথং মথং কায়ক্লি মায়োক্নরিবা খোংচুদা তক তক থিল্লগা খোপ্রেল নিক্লা কৌরকই

- সুন্দরলালি, সুন্দরলালি।

খোং হাংদোক্লে। ঈশ্বরনা ঙমজবমখৈ শেমতুনা থাম্লবা মাগী শকফম অদু হৈজশিংজকী অমুক্তা হৈন্না নীংথিজহল্লী। মুমিৎ থুদিংগী মাগী শকফম উবদা অবাবা কোকই, পুম্নমক কাওথোকপা ঙম্মী অতুবু ঙসিদি নেপ্রো করিমত্তা মোংহাদে। তুমিন্না চঙশকতুনা চৌক্রিদা ফমফরে। সুন্দরলালিনা থংনবা কাদা চঙখিদুনা ঙহাক লৈরগা

শঙ্গোম গ্রাস অমা পুন্থুনা লাক্লে। নেপ্রো মথুং অমীনা মখায় খুমজিল্লগা নোনথন্থুনা লৈরম্মী।

- করি তৌরবগে ?

নেপ্রো করিস্থু খুমলকাতে। মহাক্কী মমিং অনীদো ঙাংশং ঙাংলে অসিগুম্বা মায়থোং অসে অমুক্তস্থু উখিদ্রি শোন্তাংননা

- সুন্দরলালি ঐ হয়েংমক মথম অসি থাদোক্লগনি।

- কদাইদা ?

- য়ুমদা।

- থোরক্লো হায়বরা ?

- মন্থুদি কুইরবা যানা।

ঙহাক লৈরগা হায়রকই

- শঙ্গোমসে ইংগ্রনি।

- সুন্দর ঙসিদি মঙ ঐবু শাগুরন্থু নঙগী শঙ্গোম অসে হুদগী হেন্না শাথিগ্রবনি মসি থক্রগা শিবা ঙনগদবা ওইরবদি ঐ থক্লে অন্থুগা ঙসিদি নঙগী মুংশিরবা ঈপৈনস্থু ঐবু শুমহৎপা ঙমলরোই ঙসি অসে করি মুমিংনো খঙলবরা ?

সুন্দর য়েংন্থুনা লৈরে।

- ঙসি অসে মমাংদস্থু অমুক থোকখিগ্রিবা মতুংদস্থু অমুক লাক্ল-রোইদবা থরায়না হকচাংবু হুন্দোকলন্ধা মমি তাগ্রবা মীনী ঐসে এন্দিল লৈত্রে।

সুন্দর মমিং লংথৎলন্থুনা উক্লা হংলকই

- এন্দিল শিরবরা ?

- উম।

- ঙরাং মুমিদাং করিস্থু তৌদনা চৎখিবদাইনে

- করিস্থু তৌদে। ঐস্থু খঙদে নঙগীদগী হনখিবদা য়াম্না থেংলে-দনা মাস্থ মাগী কাদা চঙব্রে ঐস্থু ঐগী কাদা চঙন্থুনা তুমলে। ঐনা ঙসি হৌগৎলকপদা পুং নিপাল তারমলে মাগী কাদো থোং

হাংদোকপা উদে ঐস্ত ঙরাং থরা থেংবত্তুদা তুমলিবোই নীংই অত্তুবু মহাক থেংলফাওবা মাগী থোং হাংদ্রে চঙত্তুনা কৌই ইথুম খুমলকত্রে। সুন্দরলালি, মহাক চান্নবা খুমলকত্রে চঙত্তুনা ময়াম য়েংনবদা মহাক অহুমশুবা মুক্তি অত্তুগী মমাংদা তুত্তুনা লৈরমলে। সুন্দরসু তুমিন্না মহাকপু য়েংত্তুনা লৈরে।

মহাক্না মখা তারকই

ঐ খঙই, সুন্দর ঐ লৈরমলবদি নত্রগসু কনাগুম্বা অমনা মুক্তি অত্তুগী ফিজংত্তুবু চিংশিনবিরমলবদি মহাক করিসু তৌরমলোই।

ফনা কুইনা লেপলুববা মতুংদা মানা মখা তারকই

থংনবা কাত্তুগী মীনা হায় অথেংবদা মহাক থম্মোই শোক্লা কপখি হজ্ঞিন হজ্ঞিন 'লাল্লে' হায়বা বাহৈসি য়াম্না হায়খি। সুন্দরলালি কনানসু মাগী মতেং পাংবা ঙমখিদ্রে। ঐ খঙই মহাক্না কা হোংদোকখিবগী মরম, মহাক হন্দক রাখল অমদা ঙাওরে।

- মত্তু খঙনা খঙনা নঙনা করিগী মাবু থাদোক্লিবনো?

- থাদোক্তবা য়াদবনিনে মসি মাগী থম্মোইগী ইথিলনিনে।

মখা তারকই

মানা মুক্তি অহুমথক য়েকই মখোয় অত্তুদি মী অমত্তনি। মসি মাগী অতোপ্পা কাত্তুদা থম্মী। মসি য়েকলুবদগীনি মহাক্না পুম্নমকত্তগী লাপথোক্লিবসে। ইহান হানবত্তু অয়ুক মুংথিল লৈমিন্নবা নিংথিবা ফিজোল শেংলি। অনিশুবত্তুনা ইনফি নানথখিত্তুনা নোনথত্তুনা ফাবগী মঙংনি মসিনা মাগা অহিং লৈমিন্নে। মুক্তি অনিমক নোকমি নোকমি তৌই অত্তুগা অহুমশুবত্তুনা ইতোপ তোপ্পী শমলাং ইচোই চোইনা পি তারবা মায়থোং।

মহাক তুমিন্না লৈখ্রে। কুইনা লৈক্লরবা মতুংদা মখা তারকই

- মসিদনি মানা লোইরিবা।

সুন্দরলালিনা পুক্লিং চঙনা হংলকই

- করিনো হায়রিত্তুবো?

- মুন্দ্রি অহুমসি মথং মথং পরেং শানা থম্মী মখোয়গী মথক্তা ফিজঙ অমমম কুপ্পী মতু মহাক্লা মতমগী মতুংইন্না উন্ননীংবতু ফিজঙতু হাইদোক্লগা উন্নে। চংশমদাই খুদিংমক্কী মানা অহানবা মুর্ত্তিদা মুংশিনা বিদাই তৌনরগা মাগী মথজাইদা নালম্মী নত্রগন্থু মচিন্দা শোক্লা চুপলম্মী। হনজিল্লকপদস্থু মসিগী কাদা হান্না চংই।

মাগী মমিৎতু স্থন্দরলালিদা য়েংলতুনা

- নঙ ঐ লৈনরিবা মরী অসিদগী হেন্না এদিলনা মখোয়বু থাজৈ অহানবগী শক্তম অসিনা কৈদৌঙৈদস্থু মহাক্লা কনাগুম্বী অমগী মায়থোং উবা ঙমদে, অনীশুবসিনা মানা অহিংদা কনাগী মনাক্তা লেকতে অতুগা অহুমশুবসিনা মঙোন্দা অরানবা চৎকন্থু লোনমগন্থু হায়না চৈ।

স্থন্দরলালি ব্না ঙাংদে ঙাংলৈনরবা থজাই অতুদা অরেপ্পা লৈতনা পি চেন্থরি। নেপ্রানা তপ্না

- সুন্দর ঙরাং অয়ুক চৎলমদাইদো ঐস্থু য়াওই মাগী য়েক্লবা পোৎচৈ খরস্থু গাড়ীদা হাপতোক হাপচিন তৌই মাস্থু ঐস্থু লাংই। ঐনা মাগী অতোপ্পা কাদা লৈরিবা লাইশিং অতু য়েংই। মসি মানা য়াম্না চেৎনা থমজবনি। ঐঙোন্দা য়েংহনখিদবদি নত্তে য়েংহনগ্রবনি অতুবু পেনখিদে ওনথোক্লা ফজখ্রে শক্তম অহুমদো অমুক্তগা য়েংগে হায়বসি মানা তাঞ্জা পীদে ঙরাংদি কাহু শো হাংই ঐনা তাঞ্জা লৌহুনা য়েংই। অরোইবগী ফিজঙতু হায়দোকতুনা য়েংতুনা লৈরিঙৈদা মানা কৌরক-পনা হানখি ঐস্থু পাখৎপোই করিওই মনাক তান্না চেন্থোরকখি।

নেপ্রা মপি চেন্থরকই

ঐ ফিজংতু চীংশিনবা কাওরমলে।

মানা হল্লক্লগা মতুগী কাদা চঙলমগনি অতুবু লৈরম্বা মুর্ত্তিতু উবদা মহাক্লা ঙক্কনি করি লানগ্রবগে হংজবনি। মহাক্লা মসিগী কা অসিদা পুন্নমক থাজবা থম্মী। অরোইবদা মানা থম্মোই শোক্লা কপলম্বনি লাল্লে হন্না হায়জরম্বনি। অতুবু লেঙদনা লৈবা মাগী পিদি মমি শামলম্লোই।

থোংলবা থা থোকত্রবা অহিং অত্তুগী সহরগী মতাই ওইরপ্পা লৈবা পার্ককী চৌত্রিন্দনি। নেপ্রা হান্নগী নেপ্রা ওইখিদরে। সুন্দরলালিনা হংলকই

- ঐখোয় অনীস্থ কায়নবা তান্নবরা ?

- সুন্দর, ঐখোয় অনী পুনবনা মাগী মৈচাক হেনগদৌরি, ঐ মাগী প্রায়শ্চিত তৌনিংই নঙ ঐবু থাদোকউ, ঐ পুন্সি চুপ্পা প্রায়শ্চিত তৌগে।

সুন্দরলালিনা কপ্পী, নেপ্রাদি কপখিদরে।

- হয়েংমক চংলগদরা ?

- উম !

- ঐস্ত হয়েংমক য়ুমদা চংলগনি।

- হয়েংমক ?

- উম !

মখোয় অনীমক ফনা থেংবা ফাওবা রারী শান্নরগা মাগী মাগী লৈফমদা চংনখ্রে। নোংঙাল্লগা মখোয় অনীমক গাড়ী অমমমদা তোংনরগা উন্নরিবমখৈ মখুৎ থাংগৎলদুনা বিদাই লৌনরে। ★

